মণিপুরগী বোর্ড ওফ সেকেণ্ডরী এডুকেসননা হায়ার সেকেণ্ডরীগী অমসুং
মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়না বি, এ, গী টেক্স বুক ওইনা থম্লবা

# মণিপুরী কবিতাগী ছন্দ

শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ



[illegible]
[illegible]

মণিপুরী কাব্যিজগী ছন্দ
—শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ



অনিশুবা সংস্করণ

অহমশুবা খুৎনম — ফেব্রুয়ারী, ১৯৯১ ইং

মরিশুবা খুৎনম — জুলাই, ১৯৯৮ ইং

কোপী মশীং — ১০০০

অপোঙবা — পুথ্রম্বম ওংবী মন্তৌলৈবী (দেবলা) না পিঃ এসঃ অমস্যুং তাম্রা পব্লিকেসন্সকী মক ৩৫শুবা লাইরিক ওইনা থুদোকঙবা।

মমল — লুপা ৩০/-

নম্ফম :

পিঃ এসঃ প্রিন্টিং এণ্ড ষ্টেসনরী

সগোলবন্দ, মোইরাং লৈরক মচিন।

ফোন : ২২৮৭৩৪

# ৱাহৌদোক

মণিপুরী ছন্দগী তোপতেংনা মশক অমা লৈজে। সংস্কৃত অমসুং বাংলা লোলশিংবা কয়াগী ছন্দগা মণিপুরী ছন্দগা নক্নবা থৱা লৈরবসু মণিপুরী লোননা আর্য্য নত্তবা ক্লাংলুপকী মনুং চনবনা মশাগী তোপ তোপ্পা মশক অমদি হৌজিক ফাওবদা লৈরি। হৌজিক ফাওবদসু অসিগুম্বা লোনগী ছন্দগী বৈজ্ঞানিক ওইবা মশক পুথোকপা থেংনদ্রি। লৈশ্রব, পণ্ডিত রাহেংবম য়ুমজাও সিংহ, কবি খাইরাকপম চাওবা সিংহ অমসুং পণ্ডিত কলাচাঁদ শাস্ত্রীনা মণিপুরী ছন্দগী মরমদা থর থরদি নৈনবা হৌরম্লবসু মপুং ফায় হায়না লৌবা ঙমদে। থোইদোক্লসু পণ্ডিত কালাচাঁদ শাস্ত্রীনা সংস্কৃতকী মাত্রিক ছন্দগী কুপশিনবা মওংদা মণিপুরী ছন্দবু মশক তাক্লবা হোৎনরকপসি থাগৎনীংঙাইদি ওইরগা লোন অসি অসিগী মরক্তা চাউনা থেম্লবা থৱা লৈবনা নকশিল্লে হায়বা ঙমদে। থায়নগী পেনাগী ওঝাশিংনা হেপলী, হেপলী পাবোৎ অমসুং হেপলী থাঙবৈনশিংবা থৱা শীজিন্নরদুনসু মণিপুরী শৈরেংগী কুপশিনবা মশক তাকহ হায়না লৌবা ঙমদে। থোইদোক্লসু চহি ৬০ মুক্কী মনুংসিদগী অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী ঈহৌ লাকপদা ছন্দগী তোঙান তোঙানবা শক্লোল কয়াম্লকসু থেংনবা হৌরক্লে।

চহি থরগী মমাংদগী হৌনা মণিপুরী ছন্দগী মরমদা থৱা কুপশিন্না য়েংশিনজবা হৌখি। মণিপুরী ছন্দবু মশক খঙনবা লাক্লবদা মণিপুরী লোনগী তোপ তোপ্পা মশক অসি খঙজনবা হোৎনরবদসু নত্তনা সংস্কৃত, বাংলা, হিন্দী অমসুং ইংরাজীনশিংবা লোলগী ছন্দগী মশকতু নৈনবা তাখি। অতুবু অহানবা লময়ানবগুম্বা থবক অমা ওইবনা অমসুং শাস্ত্রীয় ওইরবা য়ুক্ষমদা পুথৎনবা লাক্লবনা অরায়বা থবক অমা ওইনদি খোকাখিদে। থল্ল থল্লগা অনৌ অনৌবা ভাব খোরকই অমসুং অনিনা মরোইরনি

হায়বগী ফিবম অমা তাকপা ঙমজদ্রি। বাংলা ছন্দবু মশক তাক্নবা হোৎনবগী ইতিহাসস্তু অরায়বা ওইখিদে। হৌজিক ফাওবদা বৈজ্ঞানিক ওইরি হায়না লৌরিবা মওংদি শ্রীঅমুল্যধন মুখোপাধ্যাযনা লেংবা অমসুং কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়না ফোংবা বাংলা ছন্দের মূলসূত্র হায়বা লাইরিক অসিনি। বাংলা ছন্দগী লেখক অসিনা বাংলা ছন্দবু রীতিগী (Style) অমসুং লয়গী খেন্নবা মতুংইন্না ধ্বনিপ্রধান, তানপ্রধান অমসুং বলপ্রধান হায়না অহুম খোক্না খায়দোকলিবা অসি য়াম্মক বৈজ্ঞানিক ওই। অদুগা বাংলা লোন্না সংস্কৃততগী লাকপা লোন ওইরবস্তু বাঙ্গালীশিংগী আর্য জাতি নত্তবা খোঙ্গোক্কী শরুক্না চিংথহনা মাত্রা মান্নবা (মাত্রা সমকত্ব) হায়বা মওংদা ছন্দগী দুক্ষম ওইরকই। মণিপুরীস্তু আর্য নত্তবা কাংলুপকী লোন ওইবনা হায়রিবা মাত্রা মান্নবা হায়বা মওং অসিদা ছন্দগী মশক লায়না তাকপা ঙমই। অদুগা মণিপুরী ছন্দবুস্তু মশাগী তোপ তোপ্পা মওংদা মথক্কী অস্নুম্না মথল অহুম খোক্না খায়দোকপনা বৈজ্ঞানিক ওইবা মওং ওইগদ্রা হায়বসি লাইরিক ইজরিবা ঐহাক্কী চেৎনা খাজবনি। মাত্রাবৃত্ত ছন্দ হায়না খঙনরবা ধ্বনিপ্রধান ছন্দ অসি সংস্কৃত ছন্দগা নকশিন্নবা খরা লৈবনা লাইরিক্কী অহানবা শরুক্তদি মণিপুরী ছন্দদদি কয়া য়াওদে হায়বনহুম কগদ্রা হায়না খঙ্গক্নই। অহুবু খরগা অমুক কূপশিন্না খন্থজরবদা ইরৈ লৈত্তে হায়ববুদি খরদা ওইরবস্তু লৈ হায়বনা চুমগদ্রা হায়না মত পীজরি। অসিনা লাইরিক্কী অরোইবা শরুক্তদি মণিপুরী ছন্দগী রীতি অহুম অসি চপচানা ইগ্নরি।

লাইরিক অসি পুখোরকপদা ছন্দগী অকুপ্পা নৈনবগী মতাং অয়াম্বদা মথক্তা পনজখ্রিবা শ্রীমুখোপাধ্যায়গী লাইরিক অসিদগী মঙাল কয়া কংজে অমসুং লাইরিক্কী চত্থরকপা মওং অসিমকস্তু মথক্কী নমুনাদা ইজবনি। বাংলা ছন্দবু নৈনজবগী মতাংদা কবি মোহিতলাল মজুমদার, কবি বুদ্ধদেব বসু অমসুং বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর ফাওবদগী কান্নবা কয়া কংজরবস্তু শ্রীমুখোপাধ্যায়দি থওইনা মিং পঙ্গজনীংই। চহি চনিমুক্তি

বাংলাগা মণিপুরীগা তিন্না তোঁৎনরকপনা অমসুং সাহিত্যগী মতাংদসু নকশিন্নবা কন্না য়াওন্নবনা পারিভাষিক শব্দ(terminology) লৌরকপদা লেখকনা—সংস্কৃত অমসুং বাংলাগা চুনবা মওদা—অক্ষর, মাত্রা, ছেদ, যতি, পর্ব্বাঙ্গ, পর্ব্ব, চরণ, স্তবক, পয়ার, ত্রিপদী চৌপদীনচিংবা কন্নাবু শীজিন্নজরি। মণিপুরী লোনগী ব্যাকরণদসু তোপতোপ্পা অনৌবা মণিপুরী শব্দ পুথোকপগী মহুত্তা সংস্কৃতগী শব্দ কন্নামুক শীজিন্নবদা হেন্না খুদোং চাবনা ছন্দগী কন্নাৎ কয়া তাকপদসু মথক্কী শব্দ থরসি দরকারগী মতুং ইন্না মণিপুরী লোনগী অর্থগা কোন্ননা শিজিন্নরি। মসিদসু খুদোংচাবা কয়া য়াওরি হায়না লেখকনা থাজে।

লাইরিক অসিদা শীজিন্নরিবা শৈরেংগী মতেক কয়ামুক অসি মণিপুরগী থায়নগী অশৈবশিং অমসুং লৈখিদ্রবা অমসুং হিংলিবা মণিপুরী কবি কয়াগী লাইরিকশিংদগী লৌথোকচবনি। থায়নগী পেনাগী ছন্দবু মশক তাকপীরকপশিংগী মনুংদা লৈখিদ্রবা পেনাগী লৈবাক্কী ওঝা অহোংজাউ সিংহগী মিং পনজনীংই। শ্রীনিংথৌথোংজম খেলচন্দ্র সিংহনা লৈখিদ্রবা পণ্ডিত বাহেংবম য়ুমজাউ সিংহগী লোনগী বায়েন কৌবা লাইরিক্কী ছন্দগী মতাংদা য়াওরিবা শরুকশিং শিন্দোক্লগা অমসুং পণ্ডিত লোয়মংগী লৈখিদ্রবা পণ্ডিত থরগী মতসু পীবিরকই। ছন্দক্তা ফোঙবা থায়নগী শৈরেং হায়রবা লাইরিক্কীসু মতাং কয়া লৌথোকচনবগী অমুমতি পীবিরকপগীদমকসু সম্পাদক শ্রীখেলচন্দ্র সিংহবু থাগৎচরি। পনজখ্রিবা ময়াম অসিগী মতেং নত্তনদি অসিগুম্বা ছন্দগী লাইরিক অসি পুথোকপদা ওইথোকলোই।

লাইরিক অসি খণ্ডজখ্রিবা লেখক্কী মণিপুরী ছন্দবু মশক খঙনবা চহি থরা হোৎনজবগী মশক অমনি। অতুগা বৈজ্ঞানিক ওইবা অহানবা মীৎয়েং অমনি হায়নসু লৌজরি। মায়কৈ অসোমদা চথরবদি মনুংগী য়োঁশিনবা ছন্দগী মশক কয়াসু থেংনরকখিগনি হায়না থাজজে। মণিপুরী ছন্দগী অহানবা লাইরিক ওইনা দিল্লীগী বোর্ড ওফ সেকেণ্ডরী এডুকেসন্না

ইলেকটিভ মণিপুরী ছন্দগী পাঠ্যপুস্তক ওইনা অমসুং গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়নসু বি, এ-গী Alternative Manipuri গী পাঠ্যপুস্তক ওইনা খনবীবগীদমক দিল্লীগী বোর্ড অমসুং গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়না তৌবিমল খঙবা উংচরি। লাইবিক্কী অহানবা শরুক্কা (লামায় ৩২ ফাওবনা) হায়ার সেকেণ্ডরীগী ছাত্রশিংগীদমক ওইনা তোপ্পসু খমজরি

লাইরিক অসিনা মণিপুরী ছন্দবু শকখঙবগী লম্বেনদা মঙাল খরদং পীবা ঙমবদি লেখক্কা হোৎনজবসি মহৈ য়াম্লে হায়না লৌজগনি। প্রকাশক বি, কে, হৈরদসু তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

এলাংবম লৈকায়
তাং ১৫। ৭। ৬৮ ইং।

চঙজরিবা
শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ

## অনিশুবা সংস্করণগী য়াহৈ খরা

ঐহাক্কী মণিপুরী ছন্দগী লাইরিকসিগী অনিশুবা সংস্করণদা থোইদোক্না শেমদোকচরে। ছন্দগী লাইরিক খরা খরা ফোঙনরবপশিংগী মনুংদা শ্রীরাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎকী "ছন্দবীনা" মমিং পনবা য়াই। অদুবু ঐহাক্কী হায়নগী লৈজরিবা মত অসি হোংদোকচনীংবগী মতৌক চাবা প্রমান ফংজদ্রি। মৈতৈগী হেন্দী ছন্দগী য়ায়কৈদা কয়া চংশিনজরুবা ঙমজদবগী মুংঙাইংবা অমদি অচুম পোকচরি।

ইম্ফাল
তাং ১২। ৮। ৭৩ ইং

লেখক

## অনিশুবা সংস্করণগী অহুমশুবা খুৎলমগী ৱাহৈ খরা

খরা নৌতক্লা ছাত্রশিংগীদমক ওইনা ইবা লাইরিক মচা অসি ১৯৬৮ দা ফোঙজখিবনি। অথঙ অহৈশিংনা মুংশিবীদুনা লাইরিক অসি চংনবা য়াৱবা অমনি হায়না লৌশিনবীরক্লি। অদুবু অনিশুবা খুংনমগী মতুংদা কুইনা অমুক ফংলুদ্রে ছাত্রশিং অমসুং ওঝাশিংগী খুদোংচাদবা অমা তশেংনমক থোকখ্রবনি। ঐহাক্সু মায়কৈ অসোমদা পুক্নীং খিংজিনবা খরা রাৎচখি।

অদুবু ডি কলচরেল ফোরম মণিপুরনা অহুমশুবা খুংনম অসি ছাত্রশিংগী অরাৎপা মেনশিন্নবা ওইনা পুথোকপীরে মসিগীদমক তৌবীমল থঙবা উৎচরি। থোইদোক্সু শেলগী মতেং পুথোকপীদুনা খবক অসিবু পায়খৎপীরিবা ডাক্তর হুইরেম বিহারী সিংহ (মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়গী মণিপুরী বিভাগকী এসোসিয়েট প্রোফেসারবু থাগৎচরি।

লাইরিক অসি কোঙলকপনা ছাত্রশিংগী অনীংবা খরদং থুংহল্লগনি খনজবদা অপেনবা পোকচে।

ইম্ফাল — লেখক—

তাং ১১।২।৯১ ইং

# অহৌবগী বাম্নোল খরদং

ঐহাক্না মতম খরগী মমাংদা ইজখিবা মণিপুরী শৈরেংগী ছন্দগী লাইরিক মচা অসি মণিপুরীগী সেকেণ্ডরী স্কুল অমসুং বিশ্ববিদ্যালয় ফাওবগী থাক্তা ছন্দগী লাইরিক অমা ওইনা তম্নবা লৌশিনবীবা অসিদা নুংঙাইবা পোকচৈ। খুংনম খরসু ফোংগে মথংগী সংস্করণ (এডিসন) অমদদি মণিপুরী পেনাগী অশৈবশিংগী তঙ্গিগী শৈশক খরসি ছন্দগা চৃশিন্ননা নৈনজবা মতাং অমা হাপচগে খল্লি। তৌজিকমক্তি থিজবা মপুং ফাদ্রি।

লাইরিক অসি ইশানা ফোংজরম্বদগী দি কলচরেল ফোরম, মণিপুরনা খুংনম খরদি ফোংবীগ্রবনি। অদুবু হন্দক্তি লাইরিক ফোংবদা খুমাং চংশিনবীরক্লিবা পি, এস, পব্লিকেসননা ফোংবীগে য়াবীরকপগীদমক থাগংচরি। অসিগুম্বা লাইরিক্কী পব্লিসব মওং তানা লৈত্রিবা মণিপুরদা পি, এস, পব্লিকেসন্দগী থৌনা অসি থাগংচরি টেক্স্‌বুক ওইশিল্লরবনিনা মতম খরা ফংদবগী খুদোংচাদবা পোকহল্লখিবগীদমক্তা অপাবশিংদা ঙাকপীনবা হায়জরি

ইম্ফাল : এলাংবম লৈকায়

তাং ১৫।৬।৭৭

শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ

# পব্লিকেসন্সদগী

পি. এস. অমসুং তাম্রা পব্লিকেসন্স. পব্লিসর মরাঙ কায়না লৈত্রিবা ইরমদমসিগী অইবসিং মরুওইনা ইরুবগা মসাগী থুৎই লাইব্রিক অম্ব কোঙজবা ঙমদবদগী নীংহন্নরক্লবা অইবা কয়াবু পুক্নিং থৌগৎচবগা লোয়ননা অফবা লাইব্রিক কয়া পুথোকচদুনা মতম মতমগী ওইনা মীয়ামদা সীন্নজবা অমদি মণিপুরী সাহিত্যগী অঙম্বা সেবা তৌজবনি। পান্দমসিগী মথাদা ১৯৮৬ তগী লমসিদা খোঙ থাংজিল্লরকপনি।

এখোয়গী অঙোম্বা পান্দমশিগী মনুংদা অমনা, চহী খুদিংগী ওইনা পুরস্কার জয়চন্দ্র সিংহগী মীংদা লন্নাই সংস্থান কয়াদা মখল কয়াগী লাইব্রিকশিং মমল লৌদনা লাইব্রেরীগী ঈহৌ শাগৎপদা ঙংবাংজবা ওইনা খুদোল তমজবনি। পান্দমসিমসু সোক ১৯৮৮ দগী লেপ্তুনা চংথরক্লি।

হন্দক পুথোকচবিবা ইকাইখুম্নজরিবা পাবুং শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহগী "মণিপুরী কবিতাগী ছন্দ" পব্লিকেসন্সসিংসিগী ৩৫ শুবা লাইব্রিক-সিমসু লাইব্রিকসিবু ফংনদবগী অরাবা মায়োক্নবিবা মহৈরোইসিংগী মফমদা খুদোল ওমজরি।

লাইব্রিকসিবু মবিশুবা খুংনম পুথোকচনবগীদমক অয়াবা পীবিরকখিবা ইকাইখুম্নজরিবা পাবুবু থোইদোক হেন্দোক্না তৌবীমল খঙবা উৎচরি। লোইননা লাইব্রিকসিবু নম্নবগীদমক লাইব্রিকসিবু কংহনবীবিবা ঐগী ইবুং ডা: সগোলসেম লনচেনবা মীতৈবুসু পব্লিকেসন্সসিংসিগী মায়কৈদগী অমসুং ঐ ইশাগী মায়কৈদগীসু থাগৎচবগা লোইননা তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

"পব্লিকেসন্সসি সিগী ফোংপ্রবা লাইব্রিকসিং অমসুং মরী লৈনবা হীরমসিংদা অথঙ অহৈশিংনা তাকপীরকপা রাকম খুদিংমকপুসু হরাউ ওয়াম্না লৌজগান।'

মরী লৈনবা পুম্নমকপু অমুক্না হন্না থাগৎচরি

খ্বাইগী
পুম্নমম ওংবী মতৌলৈগী (দেবলা)
পি: এস: এণ্ড তাম্রা পব্লিকেসন্স
মণিপুর।

ইম্ফাল
তাং ১৩।৭।'৯৯

## হৌরম মাঙ্গায়

# মণিপুরী কবিতাগী ছন্দ

## অহানবা শরুক

(শয়গা নৈনবা)

### কাব্য অমসুং ছন্দ

য়ারেং (গদ্য) অমসুং শৈরেং (কাব্য) অানগী খেন্নরিবসি মতাং থম্নদনি। য়ারেংদা হায়দোক্লীংলিবা পুন্নমক ইচম চম্না কোমতক্না অমসুং নীংতম্না হায়দোকই। শৈরেংদা অচেৎপা নিয়ম অমগী মতুং ইন্না থম্মোইগী অকনবা ঈহল অমা ছন্দ অমা নাইনা কোঙদোকই। চুম্না হায়রবদা পেন্নক্তুনা শৈরেং ওইনা হায়দোরকপনি। মসিদা রসকী শরুক কয়ামুক অমসুং নাকোংনা তাবদা থুম্নবা মশক অমা য়াওরি। শম্না হায়রবদা য়ারেংদা মশাগী হায়দোকপগী ছন্দ অমা লৈজরবসুময়েক শেংনা অকক্নবা নিয়ম অমনা পুন্দে। শৈরেংদা ছন্দগী পান্থেনা হায়নীংবতু ফোঙদোকই— অকক্নবা ছন্দগী নিয়ম্না পুনশিল্লি অমসুং ছন্দ অদুসু নাকোংনা তাবদা অমসুং য়েংবদা ময়েক শেংনা পোপ পোপ তাই।

### ছন্দ

য়াহয়গী পুনশিনবা থবক্ নীংথিজনা শাদোকপদা তাবদা থুম্না খ্রোক্রপা অমসুং পুক্নীংদা রস পোকহনবা অদু ছন্দ কৌই।

খুদম —

"য়ুভম কুইনগী তুংদা,
লেংশিল্লক্‌ লে ইমা মৈতৈ চনু
মৈতৈ সাহিত্য মন্দির-মথুংদা
য়েন্দাই-থম্না লৈহাওগুম্না
কংলুপি ইমাগী থুয়াদা।" —কমল

মথক্কী অসি পাবদা হায়দোকপদা মুংঙাইবগী ইহুল ফাওবদসু নত্তুনা রাহয় ময়ামসিগী শমজিন্নরকপগী তোপ তোপ্পা কক্কবা অমা থম্মোইদা ফাওগনি। অদুগা ময়াম অসিনা পুনশিল্লগা থম্মোইদা মুংঙাইরবা রস অমা ফাওগনি। মতাং অসিদা করিগুম্বা "মতম য়াম্না কুইরগা ইমা মৈতৈ চনু মৈতৈ সাহিত্য মন্দিরদা লেংশিল্লক্লে য়েন্দাই পায়খংলো; লৈ খরা থিরগা কংশিল্লুসি" হায়রবদি তা'বগী মুংশিবা রাংকনি; অমসুং থম্মোইদা রস পোক্লোই।

অফাওবা লেখকশিংগী রারেংদসু ছন্দদি শোয়দনা থেংনপনি। অদুবু শৈরেংদা তৌবগুম্না অসুক য়াম্না ময়েক শেংলোই। অয়োনবা ময়েক শেংফাত্তবা রারেংগী ছন্দ ওইনা লৈগনি। তশেংবদি শৈরেংগী থরায়দি ছন্দনি। ছন্দ য়াওবা রারেংবু শৈরেং (পদ্য) কৌই।

অসিগুম্বা শৈরেংগী ছন্দদা রাহয়গী মশানা তাক্লবা খোন্থোক কায়চন্দে অমসুং নীংখিজবা, ময়েক শেংবা শকফম অমগী মওং লৌই মশাক অদুদি ছন্দ খেন্নরকপগী মতুং ইন্না তোঙান তোঙাল্লি।

## অক্ষর ( Syllable )

অক্ষর হায়বা সংস্কৃতগী রাহয়সি অর্থ অনিথোক্লা শীজিন্নৈ (ক) ময়েক ( letter ) হায়বগী অর্থ অমা অমসুং খ) অমুক্তং হায়দোকপদা ওন্না খোন্থোক ( Syllable )। অকোনবগী অর্থ অসিদনি অক্ষরবু ছন্দ শাস্ত্রদা শীজিন্নরিবা। অমুক্তং খ্বাইদগী য়ামদনা হায়দোকপদা খোরকপা খোল্লেলগী শরুক অদুবু অক্ষর ( খোন্থোককী য়ামখিপ্রবা মতুপ) হায়না খঙনগনি। মসিদা স্বরগী খোন্থোক ( অতেনবা নত্রগা অশাংবা ) অমতং য়াওগনি। ব্যঞ্জন ময়েক য়াওদুনা স্বর ময়েক্কা অমত্তা ওইনা পুমশিনখিদুনা অমতা ওইরবসু য়াই। "ইমা" হায়বা রাহয় অসিদা যাওরিবসি অক্ষর অনিনি —ই+মা। 'মণিপুর' হায়বা রাহয়দা য়াওরিবনা অহুমনি - ম + ণি + পুর।

মথক্কী অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙমলে মদুদি স্বর ময়েক অমত্তং নত্রগা মদুগা তিন্নরকপা ব্যঞ্জন-ময়েক অমা নত্রগা অমদগী হেনবা ময়াম

তিন্নরগা অক্ষর ( Syllable ) হায়বা অসি শাগনি। হায়রিবা অক্ষরসি স্বর ময়েক্না লোম্বা য়াই। খুদম চা, থা লা অসিনচিংবা। ব্যঞ্জন ময়েক্সু লোম্বা য়াই খুদম থক, কক লম অসিনচিংবা।

## মাত্রা

রাহয়গী হায়দোকপগী মতমগী চাং অদুবু মাত্রা কৌই। অক্ষর অমবু হায়দোকপদা তেনবা নত্রগা শাংবা য়াই। খ্বাইদগী হায়দোকপদা তেনবা মতম অদুবু মাত্রা অমা হায়না খঙনগনি। ব্যাকরনগী মতু ইন্না হ্রস্বস্বর ( অতেনবা স্বর ) পুন্নমক মাত্রা অমতনি খুদম – অ, ই, উ অসিনচিংবা। দীর্ঘ স্বর ( অশাংবা স্বর ) পুন্নমক মাত্রা অনি অনিনি। খুদম – আ, ঈ, ঊ অসিনচিংবা সংস্কৃততদি স্বর ময়েকশিং অসি ইবগা হায়-দোকপগা করিমত্তা থেন্নবা লৈতে। চাউবাক্না অতেনববু "লঘু", অশাংববু "গুরু" হায়না অদুমক চংনৈ। সংস্কৃত নত্তনা বাঙ্গালী, মণিপুরীগুম্বা লোন্দদি লঘু গুরুগী অকক্কবা হোংবা য়াদবা নিয়ম অসি লৈতে। হায়বদি "গুরু" স্বরবু মতম পুম্বদা মাত্র অনি অনিনি হায়না লৌদে– করিগুম্বদা মাত্রা অমত্তা ফাওবা লৌবা য়াই। মতাং মতাংগী মতুংইন্না অমম্বুং রাহয়গী খোনচায়না মাত্রাগী চাং লেপই। "মণিপুরী" হায়বা রাহয় অসিদা মাত্রা মরি য়াওরি – ম + ণি + পু + রী। "য়াওফম" হায়বা রাহয়দা য়াওরিবসি মাত্রা অনিদনি য়াও + ফম। "হো" হায়বদা মাত্রা অমতনি। অদুবু খোৌরী চিংনবদা খরা চিংনা – "হো হায়য়ো" হায়ববদি মাত্রা অমদগী হেল্লি—অনি নত্রগা অহুম ফাওবা য়ৌথিবা য়াই। মাত্রাগী মশকতি ইবনা লেপকদবা নত্তে ; নাকোংনা লেপকদবনি। তাবগী শক্তিনা মাত্রাগী চপচাবা মশক থঙবা ঙমগনি। সংস্কৃত, হিন্দি অমম্বুং বাংলা লোন্দা মাত্রাগী খরা হেন্না লৈরিবা অকুপ্পা মশক অদু মণিপুরী লোন্দা লৈতে।

## যতি অমম্বুং পর্ব্ব

শৈরেং পাবা মতমদা ছন্দ মওং মওংদা পারকপদা অমম্বুং রাহয়গী খোম্থোক উংলকপদা খোম্থোক্কী মতাং মতাংদা পোত্থাবা অমা

দরকার ওই। অয়াম্বা মতমদা লেপকমগী চাং অমসুং অশাংবা অসি মায়গনি মদুনা ছন্দ অতুগী অয়েপ্পা মশক অমা খঙহল্লকই। শৈরেং পাবা মতমদা লেপকম খঙদবা য়াদে অমসুং তাংকক অমমম নাইনসু পাদবা য়াদে। অসুম্না লেপলকপগী মকম অমমমবু যতি ( লেপকম ) হায়না খঙনৈ। মতেক ওইনা খজিক্কুং লেপ্পনা অর্দ্ধযতি ( তংখায় লেপকম ) অমসুং মপুং ওইনা লেপ্পগা পূর্ণযতি হায়না খঙনগনি।

খুদম —

(ক) ঙসিদি পুসিগী। অনৌবা ঈচম্পা। অনৌবা ঈথ্রকনা হৌরক্‌লে।

য়াথলগী ঈপাক্তা। অয়াংবা ঈরৈনা। পূক্‌ নিংবু থুক্কংনা ক্যারক্‌লে ॥

— খ্বাইরাকপম চাউবা

মথক্কী খুদম অসিদা ' | ' খুদম অসি অর্দ্ধযতিনি অমসুং ' ॥ ' খুদম অসিনা পূর্ণযতিগী মশক তাক্লি। মতাং অসিদা অক্ষর ( Syllable ) ৬। ৬ গী মতুংদা অর্দ্ধযতি অমসুং অক্ষর ২১ গী মতুংদা পূর্ণযতি লৈরে। মাত্রাগী শক্তমসু অমতনি — ৬ + ৬ + ৯।

(খ) ঈশিংদসু চাউদবী ¦ কংফাম্দসু হৌদবী ॥

উদা তাংলে উতাংবী য়াদা তাংলে য়াতাংবী ॥

— কমল

মতাং অসিদা অক্ষর ৭ | ৭ কী মতুপ অমমম শারি। মথক্কী শৈরেং অসিদা অহানবা অক্ষর ৭কী মতুংদা অর্দ্ধযতি অমসুং অকোনবগী অক্ষর ৭শুবগী মতুংদা হায়বদি পুম্না অক্ষর ১৪ শুবদা পূর্ণযতি লৈরে। অসিগুম্না অক্ষর ৭ | ৭কী মতুপ অসিবু পর্ব্ব ( য়াহয়গী মতুপ ) হায়না খঙনগনি। অয়াম্বা মতমদা যতিনা লেপ্পগী মতুং ঈন্না পর্ব্বগী মশকসু অদুম লেপই। যতিগা পর্ব্বগা অমতা ওইনা অয়াম্বদা চংমিন্নৈ। মথক্কী খুদম অনি অসিদসু যতিগা পর্ব্বগা চংমিন্নরি অসুম্না অর্দ্ধযতি ( যতি তংখায় ) অমনমনা লেপ্পকপা মতাং অমমমনা পর্ব্ব শাগনি। অককনবা মাত্রাগী

পব্ব'গী মতুং ইন্না মণিপুরী কবিতাগী ছন্দ লেপকনি। মতিগী মশক পব্ব'গী মশক তাকনি। মথক্কী খুদমদা (ক) দা পব্ব' অহুম অমসুং (খ দা পব্ব' অনি লৈরি। শৈরেং শৈরেংগী মতুংইন্না পব্ব' মরি নত্রগা মতানসু ছন্দগী মশক তাকপা য়াই।

পব্ব' হায়বসি হায়দোকপদা অমুক্তুং লেপ্পকপা মফম —impulse অমা ঐখোয়দা ফাওবা অতুবুনি। অতুগুম্বা অমুক অমুক লেপ্পকপা মফম অতু পব্ব' অমমমনি। শম্না হায়রবদা স্বরগী অমুক্তুং চিংখোকপদা ফোয়খিবা শকক মতেক অতুবু পব্ব' কৌবা য়াই। মথক্কী খুদম খবা অসিদগী ঐখোয়না উরে মতুদি পব্ব' খুদিংদা রাহয় কয়ামুক য়াওগনি।

**পর্ব্ব ক ( পর্ব্বগী কয়াৎ )**

পব্ব' খুদিংমক্তা য়েংশিল্লবদি উগনি – শরুক মচেৎ মচেৎশিংনা পূন- শিন্নগা পব্ব' অমা শারি। মশীংদি অনি নত্রগা অনিদগী হেনবা য়াই. মখোয়শিং অদুবু পব্বাঙ্গ ( পর্ব্বগী কয়াৎ ) কৌই। খুদম

মৈতৈগী ঈশাকনি। মাঙদা ঙাল্লিবা।

ঐখোয়গী লোক্তাক হায়বসে॥ — চাউবা

মথক্কী অসিদা লৈরিবসি পব্ব' অহুম্নি। অহানবা অমসুং অনিশুবা পর্ব্বদা পর্ব্বাঙ্গ ২।২ য়াওরি–মৈতৈগী + ঈপাকনি অমসুং মাঙদা + ঙাল্লিবা। অকোনবগী পব্ব' অসিদা অহুম য়াওরি —ঐখোয়গী + লোক্তাক + হায়বসে। পব্ব'না লৈপরেং অমগী মশক লৌরগা পব্বাঙ্গনা লৈ খুদিংবু খণ্ডনগনি। পব্বাঙ্গশিং অসি মফম মকমগী মতুংইন্না তেনবা অমসুং শাংবা য়াই। মখোয়শিং অসিগী মতাং চানা তিনশিন্নরকপনা পব্ব'গী মশক লেপই অমসুং ছন্দগী মওংসু তাই। মথক্কী খুদম অসিদা খরদং হংদোকতুনা— মৈতৈগী ঈপাকনি। মাঙদা ঙাল্লিবা অসি হায়রুবদা চন্দগী ফজবা মাঙহ অমসুং পব্ব'গী চপচাবা মওংসু তারোই।

পব্বাঙ্গগী তিনশিন্নবা মওংসু নিয়ম খরগী মতুংইন্না চৎলি। পর্ব্ব খুদিংদা মশীং মান্নানা চৎপা তামা নত্রগা মওং অমা নাইনা চৎপা তাই।

অসিনা পর্ব্বাঙ্গগী মশক্তা ২+২+৩ চংপা যাই ; ৩+২+৩ চংলকপদা অকায়বা লাকই। মথক্কী খুদমগী খোংচৎ্তি অসিনি ২+২+৩। পর্ব্ব অমগী মনুংদা য়াওরিবা কায়াংশিংসিদা নীংথিজবা খোংচং অমম্বুং ছন্দ অমা য়াওরি। মখোয়সিনা পর্ব্বগী থরায় ওইরি অমম্বুং পর্ব্বগী ছন্দগী মশক তাক্লি। মথক্কী খুদম অসিদা—"মৈতৈগী" হায়বদা কবিস্ত মু শিবা পোক্তে ; ছন্দ লৈতে। অদুবু "মৈতৈগী ঈপাকনি" হায়রকপদা তাবদা মুংশিবা ছন্দ চংলকই। ঈহুল অমা ফাওব মতু ছন্দগী থরায়নি।

## ছেদ ( Breath Pause—লেপফম )

ছেদ হায়বসি খোঙ্গোক্কী লেপফম তাংকক অমনি মতুদা অমুক হায়দোকপগী পোললোইনি। মণিপুরীগী য়ারেং অমম্বুং শৈরেং পাবা খুটিংদা মতাং মতাংদা ঐখোয়না লেপ্পা তাই। য়াহয় পারেং ( Sentence ) গী অরোইবদা লেপুবা য়ারোই ; অদুগা য়াহয়গী পুনফম ( Phrase ) অমমমদসু ভাইহাক ভাইহাক্তি লেপ্পা তাই। অসিগুম্বা য়াহয়গী হায়দোকপদা লেপফম অমমম অসিবু ছেদ কৌই ভাইহাক লেপ্পা য়াই নত্রগা থরা শাংনা লেপ্নসু য়াই। কোমা, সেমিকোলন চৈথনচি-বনসু চাউরক্লা লেপফমগী মশক তাক্লি। হায়রিবা লেপফমশিং অসিগা ফোংদোক্লিবা ভাবকা ওৎন-থানবা য়াদবা মরী লৈনৈ।

শৈরেংদসু মতাং চাবা মফমদা ছেদ লৈ। খুদম -

চেকলা নহবু কনানো ?*

লমফম কৈফবু থোহরানো ?*

মুংশিবা বাখোলফা তারিবা ?**

— চাউবা

মথক্কী অসিদা পর্ব্ব খুদিংগী অরোইবা ছেদ অমমম লৈ—মতু খুদম * অসিনা তাক্লি। অরোইবগী খুদম ** অসিনা মপুং ওইবা ছেদনি। মণিপুরী শৈরেংদা অয়াম্বা মফমদা মুত্তিবা ছেদকা লোয়ননা চংমিরৈ। মপুং ফাত্রিবা যতিশিংগা, মপুং ফাত্রিবা ছেদকা অমম্বুং মপুং

ফারবা যতি ( পূর্ণযতি ) গা মপুং ফারবা ছেদ ( পূর্ণছেদ ) কা লোয়নৈ। অতুবু করি করিগুম্বা মতাংদা তিন্নদবসু য়াওই। খুদম—

লেংথিল্লকউ অহুনা *। থিল্লরম্মে * থ্রোক্তাননিবু ॥ **

শাক্ক, * ঈশ আধ্যাইবা *। বীর রসক্তা তাউদুনা ॥ **

মথক্তী অসিদা ছেদকী খুদম * অসিগা যতি '।' অসিগা তিন্নদবা য়াওরি। অসিগুম্বা ছেদ অমসুং যতিগী কায়নরকপা মশক অসি অমিত্রাক্ষর ছন্দদা থেংনগনি।

## স্বরাঘাত

মণিপুরী রাহয়শিংগী হায়দোকপদা অয়াম্বা রাহয়গী অহানবা স্বর মায়েককী খোল্লোক অসি খরা কল্লপ তৌনা হায়দোকই, অহানবা স্বর অতুদা খরা কনা শাকপগুম্বা অমা তৌই। মতু খরা হেন্না কনশিন্না তৌরবদি মায়েক শেংনা শোকতুনা হায়দোকই মদুবু স্বরাঘাত (স্বরন ফুজিনবা) হায়না খঙনগনি।

শৈরেংদা যতিগী মতু ইন্না পর্ব্ব খরা খায়দোক্লবদি অয়াম্বা মতমদা অহানবা পর্ব্বগী অহানবা রাহয়গী মথক্তা হ'য়রিবা ফুজিনবা—স্বরাঘাত শান থোকই। করিগুম্বদসু পর্ব্ব অতুগী অতোপ্পা রাহয়দসু হায়রিবা স্বরাঘাত অসি তাবা য়াই। খুদম—

(ক) ঈশিংদসু চাউদবী ॥ নংক্রালদসু। লোদবী ॥
উদ্দা তাংলে উতাংবী ॥, বাদা তাংলে। রাতাংবী।

— কমল

(খ) তাং তাং তাংক্রুম্বী ॥
চক্রীক। নাক্রীক। চাবাইবী ॥

মথক্তী খুদম অসি অসিদা পর্ব্ব খুদিংগী অহানবা রাহয়গী মথক্তা হায়রিবা স্বরাঘাত অসি তাস্রি মতু খুদম "/" অসিনা তাক্রি।

## চরণ, পদ, স্তবক

ছন্দগী মতুংইন্না পূর্ণযতি ( মপুং ফারবা লেপকম ) য়াওরবা রাহয়শিং অদুবু চরণ কৌই। চরণগী খায়দোকপা মতুংইন্না অর্দ্ধযতি ( মপুং ফাত্রিবা যতি ) না পুরিবা শকক অদুবুনা পদ কৌই। চরণ খরনা ভাব অমা কোংদোরবা পুনশিন্নগা ওইরকইবা মশক অদুবুনা স্তবক (Stanza) কৌই। খুদম —

প্রাণনা উত্নিবা। চৌং অসি। ওন্থোর্না ফাজদা !
নোনা। পূকনিং হুনা। নিংথিদনা
ঈশনা। নিক নিক। লাউইদনা।
ঙংহানবা। অভিয়াময়কপুসু। নঙ্গ্বংবিদনা - কমল

খুদম অসিদা লৈবিবসি চরণ ৪নি অমসুং স্তবক (Stanza) অমনি। চরণ খুদিংদা লৈরিবসি পদ নত্রগা পর্ব্ব অহুম অহুম্নি। চরণ অনি অনিনা স্তবক অমমম শারবসি মণিপুরী সাহিত্যদা চংনবি অমসুং তাবদসু পায়না মুংঙাই। খুদম —

মিংচৎ হায়বা নহাকপু। লমদম কৈদা লৈবু্রবা ॥
ভারৎ-শেঙ্গা তিংদুনা। নঙবু করম ফংসিবা ॥
মপু সনা কৈথেন্দা। মিংচৎ নঙবু খোকপরা।
রাঙ পাদ পুক্কদা। মিংচৎ নঙনা লৈবরা ॥

— অংঙাংহল

নথক্কী খুদম অসিদা চরণ অনি অনিনা স্তবক অমা শারি। লৈবিবসি স্তবক ( Stanza ) অনিনি— খায়দোক্কনা অহুম লেপ্পনা চথবননি চরণ খুদিংদা পর্ব্ব নত্রগা পদ ২।২ লৈরি।

## মিত্রাক্ষর ছন্দ

খোঙ্গোক অমবু হন্না হন্না ভারবদি মতুগী ঈহুল ভোপ ভোগ্গা অমা নাকোংদা ফাওরকই। অসুম্না খোনকম মারবা অক্ষর অনিবু মিত্রাক্ষর

( Rime ) হায়না খঙনৈ। নিয়ম অমা মাইনা খোন্থোক অসিবু হল্লক্লবদি ছন্দ অমু তাবদা মুংঙাই অমসুং মসিগী মতেংনা ছন্দগী মশক ফাওবা ঙাক্পা ঙমই।

মণিপুরী লোন্দা চরণ অমগী অরোইবদা থোকপা খোন্থোক অমু অতোপ্পা চরণ অমগী অরোইবদা মান্ননা থোকপা কয়ামুক য়াওই। মসিগী মমিংবু অন্ত্যানুপ্রাস ( Rime ) নত্রগা অরোইবদা খোন্থোক মান্ননা হায়বা খঙনৈ। অন্ত্যানুপ্রাস হায়বসি সংস্কৃত রাহয়নি।

অন্ত্যানুপ্রাসহা চরণগী অরোইবা খোন্থোকশিং মান্নগনি হায়বদা নত্তে; অয়াম্বা মতমদা মসুং চনবা পর্ব্বগী অরোইবদা খোন্থোক মান্নবসু তোয়না থেংনৈ। খুদম –

(ক) য় ঙৱোদগী শঙাইনা
মচা কেক্রু খোক্রুরি
লম হাম্পুংগী কাকফৈনা
মনা হুন্নাই শাদরি— (লাইপাখং লাইনুবাপী পাউবৌশিং)

(খ) নোংপোক্কী কৌরো খোংথাকম ভাবহকী লংজি
লংদাইফম

প্রকৃতি ইমাগী নৃংঙাইবা শাম্নফম
চাকলবা প্রঘ্নেযগী অরাধা কোকনফম॥

– দরেন্দ্রজিৎ

মথক্কী খুদম (ক) দা চরণ অনিগী অরোইবা রাহৈ অনি - 'খোক্রুরি' অমসুং 'শাদরি' অনিসি খোন্থোক মান্নরি; চরণগী পর্ব্ব অনিদসু মান্নরি – 'শঙাইনা' অমসুং 'কাকফৈনা'। খুদম (খ) দদি পর্ব্ব খুদিংদসু মান্নবা খোন্থোক য়াওরি – 'খোংদাফম লংদাইফম' 'শাম্নফম' অমসুং 'কোক্লফম'।

মণিপুরী শৈরেং অয়াম্বদা অমসুং থোইদোক্লা অরিবা শৈরেংদদি অসিগুম্বা অন্ত্যানুপ্রাস অসি য়াওবা ঙাক্রুনি।

## অমিত্রাক্ষর ছন্দ

মণিপুরী শৈরেংদা অমিত্রাক্ষর ছন্দ হায়বসিদি কয়া চংনবদি নত্তে। অদুবু অনৌবা মণিপুরী কবিতাদা বাংলানচিংবা লোনগী প্রভাব তারক্লবা মতমদা অসিগুম্বা ছন্দগী মশক অমা থরা থরা চঙবা হৌরকই। বাংলা লোন্দা অমিত্রাক্ষর ছন্দ পুথোক্লম্বসি কবি মাইকেল মধুসূদন দত্তনি। ইংরাজী লোনগী কবিতাগী blank verse হায়বদু মতৌ তমদুনা ইবনি।

মধুসূদনগী অমিত্রাক্ষর হায়বা ছন্দ অসিদা—অর্থগী থায়দোকপগা ছন্দগী থায়দোকপা অনি অদু চপমান্নৈ লৈতে; হায়বদি যতিনা ছেদকী মতুং ইনদে। অয়াম্বা শৈরেংদা ঐথোয়না থেংনৈ - ছেদনা লৈবা মফম অদুদা যতিসু লে। অরোইবা ছেদনা লৈবা মফম অদুদা অরোইবা যতিসু লৈ। অমিত্রাক্ষর ছন্দদদি ঈচেলগুম্না চেম্বা ভাবনা পুথিদুনা অরেপ্পা মাত্রা অমদা ছেদ তাদে - ঈচেলগী অমসুং ইহুনগী মতুং ইন্না করিগুম্বদসু শাংনা অমসুং কবিগুম্বদসু তেন্না ছেদকী মফম লৈ। মণিপুরী শৈরেংদসু অসিগুম্বা ছন্দগী মশক থরা লৈরি। খুদম—

অসি হায়না কবিনা। থাউ মনম নুংশিবা
শম্নদা ভৈরে * হাত্তুনা। শমজি পুল্লে চংথোমনা।
লৈতেং মথল মথলগী। পূশিল্লকালে* নিংথিবী
হীরা, মনি, মুক্তানা। (য়েকপা-থোৎপা),* পুরকাল,
চন্দন, কেশর' লোয়ননা কুঙ্কুম চন্দন* কস্তুরী।

মথকী খুদম অসিদা যতিগী লেপকমদি ছন্দ অসিগী মতুং ইন্না মাত্রা ৭ ৭কী পর্ব্ব খুদম '।'না তৌরিবসিদনি। অদুবু ছেদকী (*) লেপকমদি মতম পুম্বদা যতিগা কোন্নদুনা চত্তে। অনিসুবা পরেংগী "ভৈরে" হায়বসিদা ছেদকী মফমনি; 'হাত্তুনা' হায়বা অসিদা নত্তে। অরোইবা পরেংগী 'লোয়ননা' হায়বসিদা যতি লৈরি। অদুবু ছেদকী মফমদি 'কেশর' হায়বা অসিদনি। অমুকসু যতিগী লেপকম খুদিংদা শৈরেং পাবদা ভাইহাক লেপ্তুবসু য়াদে। অসিনা ছেদকা যতিগা তোঙান্না

চৎনরকপা মতাং থরা অসিনা পাবদা থিংওমদবা ঈচেল অমা পুশিল্লকুনা অমিত্রাক্ষর ছন্দগী মথরায় হাপ্পী।

অমিত্রাক্ষর ছন্দ হায়বসি মণিপুরী শৈরেংদা থরা থবা মতাং মতাংদা য়াওবতনি। মধুসূদনগী "মেঘনাদবধ কাব্য" গুম্বা শৈরে' পুম্বা ছন্দ অসিদা ইবা অতুগুম্বা শৈরেং হৌজিক কাওবা মণিপুরী শৈরেংদা য়াৎত্রি। থ'য়নগী চৎথরিবা মিত্রাক্ষরদা মরক মরক্তা লৈথোং ওইনা হাপচিল্লকপা থেংনবনি।

ঐখোয়না খঙগদবা অমদি ছন্দ অসি পদগী মমৈগী না-পু তাবা মান্নবা মিত্রাক্ষর ছন্দদা মান্নত্রগা ওইরকপা মৎং নত্তে। ছেদ অমসুং যতিগী তিন্নদবা মওংনা মপুং ওইনা লেপ্পনি। পাথরকপা অমসুং নাকোংনা তাবদা লেপ্পবা ঈশিং ঈচেলগুম্বা অমা হেক্তা কাওগনি—মতুনা অমিত্রাক্ষর ছন্দগী থরায় ওইগদৌরিবনি। অরোইবা য়ায়গী খোন্থোক মান্নদবনা ছন্দ অসিবু মশক তাকপা নত্তে।

## মণিপুরী ছন্দগী মপুং ওইবা মশক

মণিপুরী ছন্দগী মুখ্যমদি যতি নত্রগা পর্ব্বনি। যতিগী লৈকমনা পর্ব্বগী মশক তাকই অমসুং ছন্দগী মশক লেপই। অককবা মতম অমদা শৈরেংগী ছন্দগী মশক্তা লোয়ননা যতিগী লৈকম লৈগনি। যতি নত্রগা পর্ব্বগী মশক্তি মাত্রা মশীংনা লেপই। অসিনা ঐখোয়না হায়বা য়াই - মণিপুরী ছন্দগী মশক্তি মাত্রা মাবনবনি ( quantitative equivalence )। শৈরেং খুদিংগী তোপ তোপ্পা মশক (pattern) অমা লৈ অমসুং মশকুগী মতুং ইন্না চরণ খুদিংগী পর্ব্বগী মশীং লেপই অমসুং পর্ব্ব খুদিংগী মাত্রাগী মশীং কায়হন্দনা থমই করি করিগুম্বদা অথোই অহেন থরা য়াওবসু য়াওই। অদুবু অয়াম্বা শৈরেংদদি মাত্রাগী মশীং কায়হন্দে। অসিনা করিগুম্বা শৈরেং অমগী পর্ব্ব খুদিংদা মাত্রা মশীং মান্নরত্রা, পর্ব্বাঙ্গদা মাত্রা মশীং কোন্নন শীজিন্নরত্রা হায়বসিনি মণিপুরী ছন্দদা কুপনা য়েংশিনগদবা। পর্ব্বাঙ্গ থবনা পর্ব্ব শারি ; পর্ব্ব

থরনা চরণ শারি অমসুং চরণ থরনা স্তবক ( stanza ) ওইরি অসিনা মরূদদি মাত্রাগী চাং মান্নবনা মণিপুরী ছন্দগী মশক ওইরি।

মথক্কী পীরিবা শৈরেংগী খুদমশিং অহুদা য়েংলবদি উগনি – শৈরেং খুদিংমক্তা অকক্লবা মাত্রা মশীংগী পর্ব্বাঙ্গ অমসুং পর্ব্ব লৈরি। পর্ব্ব কয়ামুক্তা পুনশিনবা চরণগী মশীংসু চং মান্ননা য়াওবা থেনগনি।

## চরণগী লয় ( Cadence )

ঐখোয়না রাইহ পরেং অমা নত্রগা শৈরেংগী মতেক অমা পাবদা পাবগী খোংচং – অতপ্নরা অথুবরা নত্রগা য়াম্নমক তপনা চংপরা – অমা থেংনগনি। মসিবু লয় হায়না খঙনৈ। শৈরেংগী চরণ খুদিংগী তোপ তোপ্পা লয় য়াওরি, লয় মথল অহুমনি – দ্রুত ( অথুবা ); ধীর ( অতপ্পা ) অমসুং বিলম্বিত (য়াম্নমক চিংনা তপ্না চংপা)। মণিপুরী ছন্দদা দ্রুত লয় অমসুং ধীরলয় য়াওরি। বিলম্বিতলয় দি পঙনা থেংনদে। অসিনা মথল তংদনা থোকনা থায়দোকপা খুদোং চায়।

দ্রুতলয় গী চরণদা হন্না হন্না স্বরগী ফুজিনবা ( accent ) অমা থেংনগনি। অদুগী মতুং ইন্না য়াম্নমক থুবা অক্ষরগী মতেং লৌই অমসুং পর্ব্বগী মশকসু শাংহন্দে। অসিগুম্বা চরণ অসিবু শ্বাসাঘাত প্রধান ( স্বরগী য়ৈশিনবনা মপুং ওইবা ) হায়না খঙনৈ। কনাগুম্বনা অসিবু কৌরি স্বরবৃত্ত। খুদম –

/ / /

(খ) তোং তোং তোংদ্রুগী ॥

/ / /

চক্রীক। নাক্রীক, চারাইবী ॥

/ / / /

(ক) ঈশিংদসু চাউদবী ॥ কংক্রালদসু। হৌদবী ॥

/ / / / / /

উদা তাংবে। উতাংবী ॥ রাদা তাংবে। রাতাংবী।

— কমল

ধীরলয়গী চরণদা য়ান্নমক চাংলেম্বা মশক অমা য়াওরি—য়ান্নমক তপ্পা খোংচত্তি নত্তে। ঈংনা লেম্না লেম্না চংপা খোঙথাঙনি। অদুগা অক্ষর (syllable) খুদিংগা কোন্নবা চিংদুনা চৎপা অমসু য়াওরি। অদুনা অসিবু তান-প্রধান ( চিংদুনা চংপা সুরনা মপুং ওইবা ) হায়না কৌবা য়াই। অক্ষরনা মপুং ওইনা লেপ্পনি হায়দুনা মসিবু অক্ষরবৃত্ত কৌবসু য়াই। মথক্কী খুদমশিংদা পীখ্রিবা দ্রুতলয়গী চরণ থরা অসি নগুম্না অত্তে শৈরেংগী চরণগী লয় পুন্নমক ধীরলয় ওাকুনি। খোঙ্হোক খুদিংদা অচিংবা অমসু য়াওবি। হায়দোকপদা য়ান্নমক থুবা (দ্রুত) অক্ষরদি চরণশিংদা থেংনবোই।

## মণিপুরী ছন্দগী মথলশিং

মণিপুরী ছন্দগী মকওইবা মশক্তি অমত্তা ওইরবসু চাউরাক্লা অনি থেংক্লা খায়দোকপা যাই। মদুদি—পায়ারজাতিগী ছন্দ অমসুং স্বরবৃত্ত ছন্দ

১। পায়ার জাতিগী ছন্দ ঃ- ছন্দ অসিগী লয় ধীর (অতপ্পা) নি। হায়রিবসি য়ান্নমক শাংনা চিংখিদুনা চৎখিবা লয়-বিলম্বিত হায়বদু নত্তে। ইংরাজী রাইদা steady নত্রগা constant হায়বদুনি। মসিগী অক্ষরগী খোঙ্হোক্কী মথক্তা অচিংবা সুর ( তান ) অমা য়াওই হায়দুনা মসিবু তান-প্রধান ছন্দ ( অচিংবা সুরনা মপুং ওইবা ) হায়নসু খঙনবা য়াই।

ছন্দ অসিবু খঙনবগী উপায় অমদি ময়েক্কী ( অক্ষর ) চপ চাবা মাত্রা অদু মকম অসিদা চত্তে। সংস্কৃতনচিংবা লোনগী ময়েকশিংদি ময়েক অমসুং মাত্রাগী চাং করিমত্তা কারহন্দনা থমই হায়রবদি হ্রস্ব স্বরনা মাত্রা অমা, দীর্ঘ স্বরনা মাত্রা অনি, তপরবা ময়েকসু মাত্রা অনি অসুন্না অকরুবা নিয়ম অমগী মতুং ইন্না। 'ই' মাত্রা অমতনি; 'ঈ' মাত্রা অনিনি 'নায়ক হায়বা অসিদা য়াওরিবা 'আকার' অসিগী মাত্রা অনিনি। মণিপুরী লোনগীদি খোঙ্হোক্কী তৌবা মতম অমদা

চঙ শনখিবা ময়েকশিং অদুসু মাত্রা অমা শাগৎপদা য়াওই। তুপশিন্নবা ময়েকশিংগী তোপ্পা উচ্চারণ তৌদে। মথকী খুদম অসি সংস্কৃতকী উচ্চারণদা পাবা ভারবদি ন ( মাত্রা অমা ) আ (মাত্রা অনি। য় (মাত্রা অমা) ক (মাত্রা অমা) পুন্না মাত্রা মঙা ওইগনি। মণিপুরী খোস্বোক্তা পাবা তারবদি শুপ্নগী মাত্রা অনিদদি - না + য়ক। মণিপুরী রাহয়গী খোস্বোক্তা পায়ারগী ছন্দদা লৈব্রিবা লয়গী খোস্বোক্তা য়াম্নমক নকশিন্নৈ হায়বা য়াই। অক্ষর (Syllable) অমগা মাত্রা অমগা মাননরি।

মণিপুরী শৈরেং অয়াম্বা পাবদা ময়েকী খোস্বোকী মথক্তা চিংদুনা চৎপা হেন্দোকপা স্বর অমা য়াওই। সংস্কৃততা অসিবু "তান" কৌই; ইংরাজী রাহৈদা Vocal drawl হায়না খঙনৈ। ময়েকী চপ চপ চাবী খোস্বোক অদু হায়দোক্লগা তোক্তে। অচিংবগী ঈচেল অমগা য়াওরি। ঈচেল অদুগী মকক অমমম্না অক্ষর ( Syllable ) অমসুং মাত্রা অমা শাবি। ঈশৈগী স্বরগী ঈচেলশুম্না পযাবগীসু অসিগুম্বা তাংকক নাইবা লেপ্পুবা ঈচেল অমা চেস্থরি। অসিনা পয়ার জাতিগী ছন্দ খিবদি মাত্রা মশীং ভাক্তগী পাপ্পৈনা মপুং কাদে। নাকোংগী মতেংনসু খিগদবনি। নাকোংনা তাবদা চিংদুনা হায়রা হায়বগুম্বা অমা চেকশিন্না যেংগদবনি।

২। স্বরবৃত্ত ছন্দ হায়বা অসিদনা পর্ব্বশিংগী খোস্বোক্তা স্বরনা কন্না য়ৈশিনবনি; অসিনা মসিবু স্বরাঘাত ছন্দ হায়নসু কৌই। খুদম "তেঁাং | তেঁাং | তেঁাংক্রন্দী" হায়বা অসিদা রাহয়গী খোস্বোক্কী অহৌব-শিংদা ঐথোয়গী স্বরনা কন্না থেংজিন্নদুনা কয়া কন্না উচ্চারণ তৌই। অক্ষর ( Syllable ) অমগা মাত্রা অমগা মান্ননা লৌই অমসুং স্বর ময়েক অমসুং খোস্বোক মশীংনা মাত্রাগী মশীংসু অয়াম্বদা লেপই হায়দুনা মসিবু স্বরবৃত্ত অমসুং স্বরমাত্রিক কৌবসু য়াই অয়াম্বা মতমদা খুল্লকী ঈশৈদা, কৌশুবদা, অঙাং কপ্পা থেম্বদা নত্রগা করিগুম্বা মুংঙাইরকপা মতমদা শক্লৈ হায়দুনা মসিবু খুল্লক ঈশৈ ছন্দ হায়নসু খঙনবা য়াই।

অতুবু ছন্দ অসিগী মশক লেপকদবদি অক্ষর অমসুং মাত্রাগী মশক মাল্লবনা লেপকদবা নত্তে, অথুবা লয়না লেপকদবনি অমসুং থুজিল্লকপা লয়গী মশক্তা পুশিল্লকপা পর্ব্ব খুদিংদা খোনহায় কন্না হায়রকপা অতুনা লেপকদবনি।

য়েংগদবা ঃ মণিপুরী ছন্দদা সংস্কৃত অমসুং বাংলানচিংবা লোন্দা লৈবিবা য়াম্নমক চীংলেম্না চংপা বিলম্বিত লয়না পুবা ধ্বনিপ্রধান ছন্দ হায়বসি ইথেং থেংনদে। মণিপুরী লোনগী ময়েক্কী খোম্থোক্তা অকরুবা নিয়মগী মাত্রাগী মশীংনা চংপা কয়া য়াওদে। বাংলা লোনগী ছন্দদা মসিবু মাত্রাবৃত্ত হায়নসু খঙনৈ। ধ্বনিপ্রধান ছন্দগী তোপ তোপ্পা মশক্তি ময়েক্কী ধ্বনি (খোম্থোক) ছন্দ অসিদা মপুং ওই। পয়ারগী অচিংবা স্বর অতু য়াওদে; ঈশৈগী স্বরগী ঈচেলগুম্না খোঙ্গোক্কী ঈচেল অতু ছন্দ অসিদা থেংনদে। বাংলা লোনগী খুদম অমা লৌরবদা—"জন গণ মন অধিনায়ক জয় হে ভারত ভাগ্য বিধাতা" হায়বা চরণ অসি পাথোকপদা নত্রগা ধীবদা চংলিবা বিলম্বিত লয় অমসুং স্বরগী ধ্বনিগী মশক অসিগুম্বা মণিপুরী শৈরেংশিংদা থেংনদে। অসিনা প্রব্বনি প্রধান নত্রগা মাত্রাবৃত্ত ছন্দ অসি মণিপুরী ছন্দদা লৈতে হায়বনা ক্ষগনি। বাংলা লোন্দা তৌবগুম্না মণিপুরী কবিশিনসু ছন্দ অসিবু পুশিল্লরুবা হোৎনবগী মওংসু উত্রি। মরমদি বাংলা লোন্দি সংস্কৃতগী পোক্পনি। মণিপুরী লোন্দি নত্তে। সংস্কৃতনচিংবা লোনগী রাহয় কয়ানা মণিপুরীদা চঙপ্রবসু মণিপুরী লোনগী শাগৈদি সংস্কৃতকা তিল্লদে।

## পয়ার জাতিগী ছন্দ

পয়ারগী মওং অমা অনি, ত্রিপদী চৌপদী অমিত্রাক্ষর ছন্দ অমসুং মুক্তক ছন্দনচিংবা অসিনা পয়ার জাতিগী ছন্দ হায়বতুগী মমুং চন্না লৈগনি। স্বরবৃত্ত ছন্দ নত্তবা মণিপুরী শৈরেংগী লৈরিবা ছন্দ পুন্নমক কাংলুপ অসিদা থম্বা য়াই। ধীর লয়গী খোঙচৎ ওইবা, চিংতুনা হায়বা অমা য়াওবা অমসুং অক্ষর (Syllable) মশীংনা মাত্রাগী মশীং লেপ্পা

ছন্দ পুম্নমক পয়ার জাতিগী ছন্দ ঙাক্তনি। মথাদা চাউরাক্লা চংশরিবা ছন্দগী মথল খরগী মশক তাক্লি।

(১) পয়ার ঃ—অয়াম্বা মতমদা অক্ষর ১৪ না চরণ অমা শাই। ওরেংশুরদা অর্দ্ধযতি অমসুং ওরামরিশুবদা পূর্ণযতি লৈ। চরণ অনিগী অরোইবদা খোম্নোক মান্নে অমসুং চরণ অনিনা অয়াম্বা মতমদা স্তবক (Stanza) অমা শাই। খুদম -

মিংচৎ হায়বা নহাকপু। লমদম কৈদা লৈগ্রবা॥
তারেং-শেঙ্গা তিংন্দুনা। নঙমু করম ফংসিবা॥
মপু সনা কৈথেলদা। মিংচৎ নঙমু থোকপরা॥
ম্নাও পাদ পৃক্রদা। মিংচৎ নঙনা লৈবরা॥ — অঙাংহল

মথক্কী খুদম অসি মণিপুরী পয়ারগী খুদম অমনি। পদগী মাঙ্গা মশীংদা খরদং খেন্নবা নত্তনা বাংলাগী অরিবা পয়ারগা ফনা য়াম্না মান্নৈ। বাংলাগীনা মাত্রা ৮+৬ নি। অক্ষর ৭ | ৭ কী খোঙচৎ অসিদি মণিপুরীগী অরিবা অমসুং অনৌবা শৈরেংদসু য়াম্না য়াওই। তশেংবসু অক্ষর নত্রগা মাত্রা ৭ | ৭ কী পদদি মণিপুরী লোনগা তশেংনমক চূশিননবা অমনি। অদুবু মথক্কী বাংলা লোনগী পয়ার হায়রগা খঙনরিবা মওংদা মাত্রা ৭+৭ না চরণ অমা শাবা অমসুং চরণ অনিগী মমৈ তাবা খোম্নোক মান্নহনবা অমসুং অনিনা স্তবক অমা শাবা হায়বা অ সদি খরা তাঙনা য়াওই। মাত্রা ৭ | ৭ কী মমৈগী না পু তাবা মান্নহনবা অমসুং ভাবকী লেপফম চরণগী মশক্তি অরেপ্পা লৈতে; খুদোংচাবা নতুং ইম্না পরে কয়া ফাওবা চথবা য়াওই খুদম -

(ক) অরাং কৌক্ত অসুপ্পা। লোইমনাই খুম্ভা অহানবা॥
চান্বিক মপাল থাবিবা। নোংথোগ্র মউ-লিংথিবা॥

(খ) কৈগে মোইরাং লৈবাক্তা। হনবা য়েংবা উত্রবা॥
মাগীদমক হায়দুনা। তুম্বিং ফাওবা পাইত্রবা॥
কোগে সরা ওইরবা। মোইরাং লমজা তারবা॥
থম্না থম্ন কৌবীদি। মচিন-মোপরা অনিদি॥ —অঙাংহল

(গ) হয়াহে। শ্রীরামচন্দ্র থোই কোইবা। চৌংশু নাভো ওল্লোক্‌পা॥

থোইমোম থায়াও নাথোমল্লা সমুদ্র ঈয়ায় লাওনা বাওনবা॥

সনা লঙ্কা লৈম্নাবা। রাবন শিংথোরেনবু মাওহনবগী

রামায়ণ মশা তরুক শুথিবা। লঙ্কা কাণ্ড মথংগী

উত্তরা কাণ্ড মশা অকোনবা॥ প্রসঙ্গ রারী নুংঙাইবরু। শেওল্লাক্লে।

— উত্তরা কাণ্ড ( রমায়ণ )

মথক্কী খুদম (ক) দা মাত্রা ৭ | ৭ কী খোঙচৎ অসি কায়দে। অদুবু পরেং অমমমনা চরণ অমনি হায়বদি য়াদে মরমদি পদ অনি অনির্সিনা ভাবকী লোইশিনবা পূর্ণ যতিগী লৈফম তাক্লে। অসুম মথং মথং অরোইবা নাইদনা চত্থরি। অসিমকপু পয়ারগী মশক্কি হায়বদা কায়দে।

খুদম (খ) দা মাত্রা ৭ | ৭ কী খোঙচৎ চুম্না চত্থরি। অদুবু চরণ অমা শারিবদি পরেং মরি অসিদা ওইরক্লি। পদ অনিনা চরণ অমা শাত্রি।

খুদম (গ) দা মাত্রা ৭। ৭ কী খোঙচৎনদি মপুংনি অদুবু মাত্রা ৮, ৯ অমসুং ১০ ফাওবা য়োৌবা পদ য়াওরি। অসিমকপু বাংলাগী চরণ অনি তাবা মান্নহনবগী মওং অমদি পুরক্কবা হোৎনরি। হৌজিক্কী পয়ারগী চপচাবা মওং তাত্রি হায়বা য়াই।

অসিনা মণিপুরী পয়ারদি মাত্রা ৭। ৭ কী মওংদা চৎলপা চরণ অনি অনিনা স্তবক অমা শাবগী মওং অসিদি চেকশিন্না চৎলি হায়বা য়াদে। মসি লোনগী খোঙচৎকী তোপ তোপ্পা মশক অমনি। অদুবু অমুকন্সু হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্যদা পয়ারগী অচেৎপা নিয়মসি ইন্তাক ভাক্রে হায়বসু য়াত্রে। কবি খরগী শৈরেংদদি অশেংবা মশক অসি থেংনরি।

খুদম -

কুম্নজা কয়াই মতুংদা॥ মৈতৈ পুম্না তিল্লরি॥
খোংজোম তীর্থ তোর্বান্দা স্মৃতি সভা ফম্লরি।
চীংমী ভম্মী পুম্বনা। মফমসিদা পুল্লরি॥
অকন-অপ্নী কোদুনা। মীৎকী পিবু রুংলরি॥
পাম্বী কায়না কাংবুনা। পাম্বী কোনা কপচরি।।
পারী শেংনা কয়ানা। পারী কোনা তেংথ্রারি।।

— নীলবীর শাস্ত্রী

মথক্কী খুদম অসি চপ্চাবা মাত্রা ৭।৭ কী মশক পদ অনিনা চরণ শাবা অমসুং চরণ অনিনা স্তবক শাবা পয়ারগী শকফমনি

থায়নগী মণিপুরী শৈরেংদা বাংলা লোন্দা তৌবগুম্না চপ্চাবা পয়ারগী মশক তাবা মওং য়াম্না তোয়না থেংনদে মাত্রা ৭ ৭ নদি মপুং ওইনা চংলবসু পদ অনিনা শোয়দনা চরণ শাগদবনি অমসুং চরণ অনিমক্কী মমৈ তাবা মান্নগদবনি হায়বা অরেপ্পা লৈরমদে। অসিনা রাহৈগী লৈতেং কয়া শীজিন্নদুনা পরেং মঙা তরুক্কা চরণ অমা শারম্বা মতাং কয়াদা থেংনৈ। মখোয়সিবু অরিবা পয়ার কৌবা য়াই। খুদম অমগা অমুক য়েংসি—

চংক্রদবা চংথ্রিসনু
নঙদা লৈবিয়ু নাক্তা।
চেক্লাগী বুংশিবা কোলোয়
লেপথ্রবনি য়াচংবদা।
লেপক্রদবা লেপথ্রিসনু
নঙদা লৈবিয়ু নাক্তা।
ঐগীসু কোলোয় বুংশিবা
লেপথ্রি মনাক্তা চঙবদা।

— চাউবা

মথক্কী পদ ২|২ না চরণ শাবা অমসুং চরণ অনিগী মমৈ তাবা মান্নবা পয়ারগী শক্তমনি। অদুবু মাত্রাদি ৭|৭ নত্তে; অহানবা পদদা

মাত্রা ৮ (চং + ক + দ + বা + চং + খি + স + মু) অমসুং অনিশুবা পদদা মাত্রা ৭ (নঙ + দা + লৈ + বী + য়ু + নাক + তা) অসুম্না মাত্রা ৭ + ৮ চংলি। অসিবু অনৌবা পয়ার হায়না খঙনবা য়াই। য়াম্নমক তোয়না শীজিন্নবদি নত্তে।

(২) ত্রিপদী চরণ খুদিংদা পদ ৩। ৩ লৈ হ'রকুনা মসিগী মমিং ত্রিপদী কৌই। চরণ খুদিংগী অহানবা অমসুং অনিশুবা পদদা মাত্রা মান্ননা লৈ। অমসুং অয়াম্বা মতমদা মমৈ তাবা খোম্লোক মান্নগনি পয়ারগুম্না য়াম্না তোয়না শীজিন্নবা ছন্দ মথং অমনি। খায়নগী অমসুং হৌজিক্কী মণিপুরী শৈরেংদা মসিগী খুদম য়াম্না লৈ। চাউরাক্না লঘু ত্রিপদী অমসুং দির্ঘ ত্রিপদী হায়না অনি থোক্না খায়দোকপা য়াই।

(ক) লঘু ত্রিপদী- মাত্রাগী খোঙচং পঙশাং শাংদে হায়রুনা মসিবু লঘু ত্রিপদী কৌই। খুদম—

(১) মোং পাম্থংগী মপাম্বি
মোংদান ক্নোবো হুনবনু
খুরুমগে দে। — কুমদমশৈ

(২) চৌংদা শাংপা ইঙোম্লে
চিন্নদনা ক্নেনম্বিবা
কললকই দে।

(৩) ঙসিদি পুসিগী। অনৌবা ঈচেলদা। অনৌবা ঈথক্না
হৌরকালে॥
বাথলগী ঈপাক্তা। অরাংবা ঈরৈনা পুক্লিংবু
থুক্কাংনা কাবকালে॥ — চাউবা

মথক্কী খুদম (১) অমসুং (২) দা লৈরিবা মাত্রাগী মশকসি ৭ + ৭ + ৫নি। অরোইবগী "দে" হায়বদি মাত্রা অনিনি হায়না লৌবা য়াই। খায়নগী অরিবা শৈরেংদা অমসুং ঈশৈদা মথক্কী মাত্রাগী খোঙচং অসি য়াম্না থেংনৈ। খুদম (৩) দা লৈরিবা মাত্রাগী মওংনা ৬ + ৬ + ৯ নি। অসুম্না অরি অনৌ খায়না লঘু ত্রিপদী গী মশক অনি অহুম থোক্না খায়বা য়াই। মাত্রাগী অহৌবা খোঙচংতি ৭ নত্রগা ৬ না ওইবনা থরা

য়াংবা ত্রিপদী—হায়বদি লঘু ত্রিপদী হায়না কৌবা য়াই। খুদম অমগা অমুক য়েংসি।

(৪) নোংদম্না বিথ্রিনা বপ্পবা শীন্দুনা
ভাইবং মীবু থারকলে।
পুসিগী ঈপাক্তা বাবগী ঈরিদা
ঐথোয়না ঈরাকনরে ॥ —চাউবা

মথক্কী খুদম অসিগী মাত্রা খোঙচংসি ৬+৬+৭ নি। মসিগী ত্রিপদী অসিনা মথক্কী খুদম (৩) অসিদগী খরা হেন্না য়াংবা হেন্নি। বাংলা লোনগী লঘু ত্রিপদীগী মাত্রা খোঙচং—৬+৬+৮গা নকশিন্নবা হেন্নি হায়তুনা কবি খ্বাইরাকপম চাউবনা মহাক্কী শৈরেং লাইরিক্তা মসিবু লঘু ত্রিপদীগী খুদম অমা ওইনা পীরমই অমসুং অস্মুম্সু পল্লমই 'লঘু ত্রিপদী অসি মমিংদি শীঞ্জিন্নরগা থবক্তদি কয়া শীঞ্জিন্নবা উদে।" রাফম অসিনা বাংলা লোনগী ত্রিপদি ছন্দগা চাংদম্নবদা হায়খিবনি।

অসিমকপু ঐখোয়না বাংলা লোনগী লঘু ত্রিপদী ছন্দগা চানবা-চানদবা ওাক্তা থিদনা মণিপুরী চন্দগীসু লঘু ত্রিপদী ছন্দ লৈ হায়না লৌবা য়াই। অহানবগী পদ অনিনা মাত্রা ৬।৬ নত্রগা ৭।৭ ওইবা অমসুং মমৈ তারকপা পদনা খরা য়াংতক চংপা ত্রিপদী ছন্দ অদুবু লঘুনি হায়না খঙনবা য়াই।

(খ) **দীর্ঘ ত্রিপদী ছন্দ** খরা শাংনা চংপা ত্রিপদী ছন্দনি। মাত্রাগী চপচাবা খোঙচং অরেপ্পা লৈতে। অসিমকপু চাউরাক্লা মাত্রা ৭+৭+৮ নত্রগা ৭+৭+৭ নি হায়না লৌবা য়াই খুদম—

(১) ইবুং সোরা তৈরকলে চৌংথ্র ক্রিদুপ ছুপ্লকলে
ক্লাক্কী লম্বাউবা শীনথরে।
খুনগী লৌরাং শুবনা য়াম্পাং লাক্তোন পান্দুনা
লৌবুক্কী মাইপ তম্থরে। —চাউবা

(২) য়াক্তাই খুরুপ থোদুনা বুংথিল ক্যোরোহনবনা
নোংচুপ চৌংয়া তম্থরে। —চাউবা

মথক্কী খুদম (১) অমসুং (২) অসিগী মাত্রাগী খোঙচৎসি মথংশিংনা ৭+৭+৮ অমসুং ৭+৭+৭ নি। অসিমকপু পাবা মতমদদি মাত্রাগী খোঙচত্তা খজিক্কুং থেন্নবা লৈরবসু অমত্তা ওইনা নাকোংদা তায় অসিমকপু পদ অহুম্মক পুনশিল্লকপদা ছন্দগী খোঙচত্তা লঘু ত্রিপদীগী ছন্দগী খোঙচত্তগী থরা হেন্না চিংবা অমসুং শাংবা ওইবনা মসিবু দীর্ঘ ত্রিপদী হায়না খঙনবা য়াই। কবি খ্বাইরাকপম চাউবনসু মহাক্কী শেরেংগী লাইরিক্তা মথক্কী খুদম (১) অসি দীর্ঘ ত্রিপদীগী খুদম ওইনা থীরগা অসুম্না পল্লমই "দীর্ঘ ত্রিপদী ছন্দ অসি মৈতৈ লাইরিক তৌবা ওঝাশিংসু মমাংঙৈদগী শীজিন্নরমই; তৌইগুম্বসুং ময়েক চাননবদি কনাসু থোইনা হোৎনদে।" বাংলাগী দীর্ঘ ত্রিপদীগী অকক্কবা মাত্রা খোঙচৎ ৮+৮+১০ দি মণিপুরী ছন্দদা ইন্দে; ইনবগীসু দরকার লৈতে। থোইদোক্নসু মণিপুরী ছন্দদা মাত্রা ৭ ৭ নত্রগা ৬।২কী খোঙচৎ অমি য়ান্নমক নাকোংগা চুননা থোকপনা অম্রিবা অমসুং অনৌবা মণিপুরী ছন্দদসু মপুং ওইবা মাত্রা ৭।৭ কী পদ অসিবু মপানগী বাংলা ছন্দনা কনমক অরিবা ওইহনসু থুগায়বা ঙমদে। অসিনা তোপ তোপ্পা মণিপুরী দীর্ঘ ত্রিপদীগী ছন্দ তাই।

(৩) চৌপদী ছন্দ অসিদা চরণ খুদিংদা পদ ৪।৪ লৈ। পদ শিংগী মমৈগী নাপু চরণ অমি অতোগী মমৈ তাবা মপ্পহনগনি হায়বা রাফমসু লৈতে। রাথলগী ফোংদোরকপদা চুম্নগী পদ ৪।৪ দা মপুং ফাহল্লি হায়বত্তনি। খুদম—

(ক) শক্তিক এনানৌ ক্রাব
হানৌ লেং-লেং হওবম
মালেম লৈমায় প্রক্তা
তিংগাই পুম্নমাক তোম্লকলে।
—লৈরোল তেংথা শৈহৌ

(খ) নুমিদাংবাইরম য়োকক্লুনা
সনা অহিংবা রাশকনা
ঊতোন রাতোন লৈরাংদুনা
পোখাররকালে অতাননা লোংচুন্না। - কমল

(গ) থাইনগী লৈরাং অমননা
মলল মলল লৈবুংশি
লৈরাংবিননা লৈতবনা
লৈম মিংথো য়োদ্রদো! - চাউবা

মথক্কী খুদম অহুম্মক অসি চৌপদী (পদ মরিগী) ছন্দ ওাক্তনি। অদুবু মাত্রাগী থোংচক্তি থেল্লে। অরিবা শৈরেং "(ক) দা মাত্রাগী মশক ৬+৭+৬+৭ নি। খুদম (খ) গী মাত্রানা ৯+৮+৮+১০ নি; অসি-মকপু অমুক কুপশিন্না নাকোংনা তারবদি ঈশৈগী শৈশক লৌববা মাত্রা ৭।৭ কী পদ মরিনি হায়না লৌরবসু য়াই।

মণিপুরী ছন্দদা বাংলা ছন্দগী মতৌগুম্না লঘু চৌপদী অমসুং দীর্ঘ চৌপদী হায়না কুপ্না খায়দবগী থোইনা দরকার লৈতে। অসিমকপু থরা য়াংনা অমসুং তেন্না হাপ্পবু "লঘু" অমসুং শাংনা অমসুং লূম্না চংপবু 'দীর্ঘ" হায়না পৌরপা লৌবা। তারবদি মথক্কী খুদম (ক) অমসুং (গ) বু মণিপুরী ছন্দগী লঘু চৌপদী অমসুং খুদম (খ) বু দীর্ঘ চৌপদী হায়না কৌবা য়াই অদুবু পয়ার অমসুং ত্রিপদীগী মতৌগুম্না চৌপদীদি অদুক হাক্লা তোয়না শীজিন্নবা থেংনদে অদুগা মাত্রা মশীং কক্লা লঘু অমসুং দীর্ঘগী মওং তাবসু থোক্তে। অসিনা অদুম পূম্না চৌপদী হায়না লৌরবসু থোইনা কায়দে।

(৪ পঞ্চপদী (পদ মঙা চংপী) মণিপুরী ছন্দদদি পদ ৫।৫ গী থোক্তচংবী চরণ কাওবা লৈ। বাংলানচিংবা অতৈ লোন্দদি লৈতে।

(ক) লিকলাই মশানো পোইব যুবরাজগী
চেংলোং শকাঙ্গাং শকতিবা য়েং
নুংশি ওকথি লুমলাং কোল
য়াপ্পং চৌংখাং খোইরেন হাগুম্না
শীনো কুমাং নাম্না পাওমল্লকায়ে।

— গম্ভীরসিংহ নোঙ্গাবা

(খ) খরদং হাওবা মতমদা
ঐগী বসন্তগী চৌকলবা খোঙ্গোমনুংদা
খুইজিল্লম্না মালিকা চায়োংবু
ভেকথংহন্দুনা মিংকী লুরবা ঈরাংনা
(শমজবি)— মোরিবু নাচোম।

—চাউবা

(গ) নুমিৎ-থা অপৃম্বনা
নয়াম্লং তুংইনা
মাগী মাগী শিম্বা লোরিবা
প.ও.লবা কায়দনা
নংমা জয়ম্বু ওইখ্রু।

— মীনকেতন

য়াম্নদি তোয়না শ.ঙিম্নবা উত্রবস্থু অনৌবা মণিপুরী ছন্দদা পদ ৫ ৫ গী খোঙচং অসি শীজিন্নরক্লে। অসিনা ছন্দ অসিবু পয়ার জাতিগী ছন্দগী কাংলুপ মমুংদা চনবা য়ারে। পদ ৫।৫ না খোঙচং ওইনা চংলি হায়দুনা অসিবু অনৌবা মমিং পঞ্চপদী (পদ মঙা চংবী) কৌবা য়াই।

য়েংগদবা— মণিপুরী ছন্দদ. মঙাং মত্তাংদা পদ ৬ না নত্রগা ৭ না অমম্ভুং অসিদগীস্থু হেনবা পদনা চরণ অমা শাবা থেংনৈ। অদুবু মরক মরক্তা য়াওবা ওইবনা মসিমক্তা শৌরেংশিং অদুগী ছন্দগী মশক লেপই হায়বা য়াদে। ভাবকী থোকউ থোকউবা ফোঙদোকপগী মওং ছন্দ পূম্নমক ইয়ান য়াম্নবনা চপ চাবা তোপ তোপ্পা ছন্দ অমগী মমিং থোনবা য়াদ্রি। অসিনা হৌজিক কাওবদা চংনরে হায়না লৌবা য়ারিবা পয়ার

জাতিগী ছন্দগী মখলসি পদ মশীংলোমদগী লৌবা তারবদা পদ ২।২ গী ছন্দ ( পয়ার ) পদ ৩। ৩ গী ছন্দ ( ত্রিপদী ) পদ ৪।৪ গী ছন্দ ( চৌপদী ) পদ ৫। ৫ গী ছন্দ ( পঞ্চপদী ) —মখল ৫ মসিখক্তংবু লৌখিবনা চুমগনি। অসিগী মতুংদা বাংলা লোন অমসুং সাহিত্যগী প্রভাব চঙলকপদগী কনা কুইনা শীজিন্নরক্রবা ছন্দগী মমিংনা পয়ার, ত্রিপদি অমসুং চৌপদী অসিনি। পঞ্চপদীদি নৌনা থোনবা মিংনি, পদ মঙা চৎপী হায়বা রানি।

## অমিত্রাক্ষর ছন্দ

৫। অমিত্রাক্ষর ছন্দগী মশক্তি মথক্তা থরা নৈনথে। থোম্ভোক ( অক্ষর ) ১৪ গী পয়ারগী চরণশিংগী অরোয়বা মমৈগী না পু তাবা মান্নবা লৈতবা অমসু যতিগী ফাজিল্লম্বা মশক্তগী ছেদনা নাম্ভোক্তনা ভাবকী ঈচেল মতু ইন্না ছেদনা তানিংবা মফমদা তারবা ছন্দগী মশক্তু অমিত্রাক্ষর ছন্দ নি। ভাবকী অবেপ্পা লৈতবা ঈচেল য়াওই হায়দুনা মওং তাবা স্তবক (Stanza) নচিংবা খায়দোকপগী দরকার লৈতে। অদুম লেপ্তবা ঈচেলগুন্না পদগী মাত্রা ৭+৭ কী ছন্দদা চথৈ অমসুং ছেদনা লেপ্লীবা মফমদা লেপই। অদুনা পাথরকপদা য়াম্নমক লেম্বা কজবা অমসুং লেপ্তবা ঈচেল অমা থেংনৈ মহৌশাগী পয়ারগী খোঙ-চংকী মাত্রা ৭।৭ কী তাংকক নাইনা চৎপা ছেদকা যতিগা পুন্না চৎমিন-নবা অদু লৈতে।

মিত্রাক্ষর পযার হায়বদি চরণগী মমৈগী না-পু তাবা মান্নহনবা মাত্রা ১৪ গী চরণগী ছন্দগী ফাজিল্লিবা শক্তি অসি অনিনি- চরণ অনিগী মমৈগী না-পু তাবা মান্নহনবা অমা অমসুং ছেদ অমসুং যতিগা থানবা লৈতনা চৎমিন্নবা অমা। ফাজিল্লিবা অনি অসিদগী অমিত্রাক্ষর ছন্দদি নাম্ভোকই। মমৈ তাবা মান্নহনবগী দরকার লৈতবা মরম্না ভাবপু ফোঙদোকপদা নীংতম্না থোকই। যতিগী ফাজিনবা অদুদগী নাম্ভোক্লকপনা

হায়নিংলকপা ঈহুলগী মতুংইন্না করিগুম্বদসু শাংনা অমসুং করিগুম্বদসু তেন্না তানীংবা মফমদা ছেদ তাই। অসিনা ঈংনা লেম্লবা অমসুং চেক-শিল্লবা ছন্দগী মশক অমা থোক্লকই। খুদম অমিগী মতেংনা মিত্রাক্ষর অমসুং অমিত্রাক্ষর ছন্দ গী খেন্নবা অতু য়েংসি -

(ক) মিংচৎ হায়বা নহাকপু। লমদম কৈদা লৈথ্রবা।
তারেং-শেঙ্গা তিংদুনা। নঙবু করম ফংসিবা॥
মপু সনা কৈথেন্দা। মিংচৎ নঙবু থোকপরা॥
রাস্ত পাদ পুক্লদা মিংচৎ নঙনা লৈবরা॥ —অঙাংহল

(খ) অসি হায়না রতিনা। *থাউ মনম মুংশিনা॥
শমদা তৈরে; *হাত্তুনা। শমজি প্যল্লে চঙথোন্না॥
লৈতেং মথল মথলগী। পুশিল্লকালে*লিংথৌবী॥
হীরা মণি, মুক্তানা। য়েকপা, থোৎপা; *পুরকালে॥
চন্দন কেশর *লোয়নবা। কুঙ্কুম চন্দন, কস্তুরী॥
রতন মথল মথলগী। মঙাল য়াওই ফাগেদা॥ —নবদ্বীপচন্দ্র

অহানবা খুদম (ক) অসিনা মিত্রাক্ষর ছন্দ নি। অনিশুবগী খুদম (খ) অসিনা অমিত্রাক্ষর ছন্দ নি। অকোনবগী খুদম অসিদা ছেদ (*) কা যতি (।) চৎমিন্নদবা মতাং কয়ামুক য়াওবা অসিনা ছন্দগী লেপ্পুবা ঈচেল অমা ঈংনা লেম্না চত্থবা থেংনগনি।

ইংরাজী লোনগী Blank Verse কী মতৌ লৌহুনা বাংলাগী কবি মাইকেল মধুসূদন দত্তনা ইহান হান্না বাংলা লোন্দা অমিত্রাক্ষর ছন্দ পুশিল্লকপনি মণিপুরী লোন্দসু 'মেঘনাদ বধ কাব্য" গী অনুবাদ তৌরক-পদা থোকহল্লকপা ছন্দগী মশক্তি। খেন্নবা হায়ববু মধুসূদন দত্তদি মহাকী শৈরেং কয়া ছন্দ অসিদা মপুং ওইনা ইরমই। মণিপুরী অনুবাদ-শিংদদি ছন্দ অসি মতম পূম্মক্তা শীজিন্নবা ওমদে। কয়া করিগুম্বা মতাংদদা থেংনৈ। অসিনা ছন্দ অসিবু চপচাবা মণিপুরী শৈরেংশিংদা মওং তামা য়াওরে অমসুং লোনরক্লে হায়বা য়াদ্রি. মণিপুরীশিংগী

নাকোংদা য়াম্নমক হেক চুনবা মাত্রা ৪ অমসুং ৩গী পর্ব্বাঙ্গ অনিনা শাবা মাত্রা ৭কী পর্ব্ব অনি অসিনা পূনশিল্লগা চংমিন্নবা মাত্রা ১৪গী পয়ার অমসুং যতিগা ছেদগা ভোয়না চংমিন্নবগী মওং অসিনা মণিপুরী ছন্দদা হৌজিক ফাওবা মপুং ওইনা চথরি। অমিত্রাক্ষর ছন্দদা চপচানা মপুং ওইনা ইবা থেংনব্রি। খুদম –

(ক) মাহোক্রকনবা লানফমদা। অক্রমবগী লুচিংবা
শিবা মতম চাদনা। বীর বাহু তুগ্গা
হায়দু ইমা ভারতী। বাঙাং খোইহৌ ভৈরবী
হিংচা-শাগে-য়াইওইবা। রাঘব-তাগি অথোইবা
সেনাপতি হাপ্তুনা। লান্দা কনা থাখিবা? – নবদ্বীপচন্দ্র

(খ) হুন্দোরকালে অঙাবনা। শেঙোং চৌংগী চৌংয়াঙদা
কয়দেংবপুম থয়াহুক। চৌঙ্ থয়াল খোঙাহৌবা।
মিংথা থয়ানমাঙবা। মিংচি খোই খোই তেকাথোং
য়েংজয়কালে মালেমতম। পূকনিং হেন্দৌ তন্ন কা।
– মীনকেতন

মথকী খুদম (ক) অমসুং (খ) অনি অসিমক অমিত্রাক্ষর ছন্দদা ইবা কবি মাইকেল মধুসূদন দত্তগী মেঘনাদ তুবা কাব্যগী মণিপুরী অনুবাদনি। অদুবু অনিমক্তা ছেদ অমসুং যতিগী খোঙচং অনিমক পুন্না চংপনা থোক্লিবা ছন্দসি অমিত্রাক্ষর নত্তে মিত্রাক্ষরনি।

## চতুর্দ্দশপদী কবিতা (Sonnet)

মণিপুরী ছন্দদা ইহান হান্না কবি দবেন্দ্রজিৎ সিংহনা পদ ১৪ গী শৈরেং ইংরাজীগী 'সোনেট' (sonnet) হায়বদু পুশিল্লকখা হোৎনরমই। থেংনবদি খুদম অমথক্তং থেংবৈ—'স্মৃতি' হায়বা শৈরেংদা। পয়ার ছন্দগী চরণ ১৪ না—৮ গী মশক অমা অমসুং ৬ কী মশক অমা অসুন্না পরেং ১৪ না শাবা ছন্দগী মশক্নি। চরণ অমদা হায়বদি পরেং অমদা

মাত্রা ৭।৭ কী পদ অনিনা পূন্না মাত্রা ১৪ য়াওই। অসিগুম্বা শৈরেংদা মিত্রাক্ষরগী মমৈগী না-পু ভাবা অমা চাংচৎ অমা ওইনা চৎলি। মণিপুরী 'সোনেট' অসিগী মশক অসি না-পূ ভাবা মান্নবা rhymeগী মশক য়েংলুরবদি ইংরাজী নত্রগা সেক্সপিয়ারগী সোনেট মশকা নকশিন্নবা উই। খুদম — দোরেন্দ্রজিৎকী 'স্মৃতি'

রান্নবা পুসি'সিনা। মুন মুন য়েংলম্মী —ক
মতম্ম কৌবা ঈপাক্কী। নুংঙ কোয়বা খোঙবান্দা —খ
পীক্ক পীক্ক হকলিবা। ময়েক লাবা ময়িদা —খ
মশক প্রঙাগে তান্দুনা মুন মুন য়েংলম্মী। —ক
চেন্নি তংপা নাইদবা। ঈপোম্ম চাউনা ইচেনবা —গ
কনন কনন ৈয়্যবমম্মী। নুংপাকশিংনা লৈবদো —ঘ
লাকৌন হোংগৌন মুখংকে। ময়েকশিংনা ভাবদো —ঘ
শকমুং মুংস্থু য়ারমদে। হল্লি থোইনা লংবনা। —গ
হনবা 'মকুং য়েংদুনা। ময়েকতুনা লাউরকখ্রি —ঙ
খোঙ্গেন্দনা হৌবনা। ঈরাউখোনবু নজ্বংখ্রি —ঙ
''মীওইপোক্কী অাইশিংগী। অক্ষ খোগা মণিবে —চ
মাঙকদ্রবা ফক্কানদ। থিল্লম্নবা উরোংগে —চ
বিশ্ব তাইবংপানবন। কপ্ন কপ্ন লোইখিবি— —ছ
নুংদা ইবা ঐখোয়না বোকব বোকম লৈহৌনি — —ছ

মথকী খুদম অসিদা ঐখোয়না খেংনরিবা না-পূ ভাবা মান্নবা চরণগী মায়কৈদগী সোনেট অসিগী মশকসি ৭ নি — ক খ খ ক গ ঘ ঘ গ ঙ ঙ চ চ ছ ছ। মসি পৌরপ্পা ইংরাজী সোনেটকী rhyme ৭ কা চানৈ। ইটালিয়ান সোনেটকী ৪ নত্রগা ৫ গা মান্নদে। পরেংগী পুনশিন্নবনা ৪+৪+২+২+২ গী মশকনি।

য়েংগদবা—সোনেট অসি ইহান হান্না শীজিন্নরকপদি ইটালিগী কবি পেত্রার্কনি। মহাকা লোয়নবা কবি টাসো (Tasso) অমসুং

দান্তে ( Dante ) সু য়াওই। পরেং ৮ অমসুং ৬ কী কাংলুপ অনিনা মরক্তা ভাবকী অহোংবা অমগা লোয়ননা পরেং ১৪ না শাবনি। অহানবগী পরেং ৮ অহুবুনা Octave কৌই।— rhyme অনিথক অসুম হায়না য়াওই— ক খ খ ক ক খ খ ক অমসুং অরোইবগী পরেং ৬তনা মথক্কী rhyme অনিথুদগী তোঙানবা rhyme অনি নত্রগা অহুম য়াওই - গ ঘ গ ঘ গ ঘ নত্রগা গ ঘ ঙ গ ঘ ঙ। ইংরাজী কবি সেক্সপিয়াবনা শীক্তিন্নরকপা মতমদা ইটালিগী চপচানা মওং লৌদে— পরেং ৪।৪ গী কাংলুপ অহুম অমসুং পরেং অনিগী অমগা চংমিন্নরকই। কবি মিলটননা ইরকপদা অমুক ইটালিগী মশকলোমদা ওনশিনখি অমসুং মহাক্কী মতৌগু ৱার্ডসৱার্থ অমসুং টেনিসন্নচিংবা কবিশিংনা মতো তমখি। মথক্কী মণিপুরী সোনেটকী মশক অসি সেক্সপিয়ারলোমদা নকশিনবগী ৱাদনি চপচাননা ইবদি নত্তে।

## মুক্তক ছন্দ (Free Verse)

মণিপুরী ছন্দদসু থোইদোক্লসু অনৌবা কবিতাগী ছন্দদা মুক্তক ছন্দ নত্রগা মুক্তবন্ধ ছন্দ ( Free Verse ) হায়রবসি চংনরক্তি অসুম চেম্বরকপা পয়ারগী ছন্দগী ঈচেলবু মতুপ মতুপ ককতুনা হায়দোক্লীংবা ভাবকী ঈহুন মতুং ইন্না। চরণশিংগী মাত্রা মশীং মান্নদে। পর্ব্ব থুদিংগী মাত্রাসু থেন্নবা লৈ- ভাবনা থরা য়াংনা চংলগা মাত্রা ৫।৬ কী অহু রাইদা থমই ; থরা লন্না চংলগনা মাত্রা ৮।৯ ফাওবা য়ৌই। পদশিংগী নত্রগা চরণশিংগী মমৈগা না-পু তাবা মান্নবা মান্নদনা থোইনা খিদে।

(ক) কৌক্ল চীংগী চীংদোন্দা। ইবানিনা শাগংলম্বা উনাগী
খাংপোক নিংশিংলিবরা মনোরমা ?
নিংশিংলিবরা ?
মওং নাইত্রবা উনাগী খাঙপোক। হায়ফম খঙত্রবা
কৌক্লগী মুংশিং

পল্লেপক্কম খঙত্রবা মীওইবগী পুন্সি। নঙত্তনা খঙবা ঐগী থম্মোই।
মুংশিংনা রা-রা শীংলকপা। নোংলৈনা উরূ উরু
লৈশিল্লকপা
মুংশিহৈত্রবা মমশিল্লকপা। অমুংবা নোংগী মপৈ
নোংথাংগী তথক্রবা শাথেক
অকিবা নোংখোং। —নীলকান্ত

(খ) কনাবু ওইরিগবা ?
কনাবু ওাইরিবনো ইবেম্মা !
থোঙনাওদা ম.না ম.না
থরাই খোঙ্গাল পাংনা
ঙসাই মখৈ য়েংবদি
মুনিং য়ুংদোরে :। লাক্কনি কাউব্রা-ও
কনানো তাকথোকউ। তাকপীগে
অথঙবা কনানো। উথ্রবা মীশক্লা। তাগ্রবা মমিংলা
কনানো ? — বেদজিং

মথক্কী খুদম (ক) অমসুং (খ) অনি অসিদা পরেং খুদিংদা অকক্লবা মাত্রা মশীং অমসুং পদ মশীং লৈতে ভাবকী ফোংদোকপগী মতুং ইন্না অশাংবা অভেনবা অমসুং য়াম্নমক তেনবা (কনানো ? -মাত্রা ৩) য়াওরি। খুদম অসিদা পয়ার ছন্দগী মাত্রা ৭।৭ কী রাফম লৈতে; লোইবা নাইদবা ভাবকী ঈচেল অমদা অতুম ছন্দগী ঈচেলসু চেঙ্করি অশাংবা অমসুং অভেনবা পদশিংগী পুনশিন্নতুনা। অতুবু অচিংবা থোনকম অমদি য়াওবনা অমসুং মথালয়দা চৎপা ছন্দগী খোঙচৎ ওইবনা পয়ার জাতিগী ছন্দগী মমুংদদি চনফম থোকই

## ( খ ) স্বরবৃত্ত ছন্দ

মথক্তা রাহয়গী হায়দোকপদা স্বরনা রাহয়গী অহৌবদা ফুজিন্দুনা থোকপা — স্বরাঘাত হায়বহু নৈনপ্রে। ছন্দ অসিগী লয় অথুবনি

( দ্রুতলয় )। অক্ষর ( Syllable ) অমগা মাত্রা অমগা মান্নবা লৌবনা মসিবু কনাগুম্বনস্ত স্বরমাত্রিক কৌবা য়াই। পদ খুদিংগী অহৌবদা য়ামত্রবদা স্বরগী অকনবা শাফু অমা য়াওনা হায়দোকই। মণিপুরী জাতিগী অচম্বা পুন্সিগী মতাং কয়াদা লৈবা ফৌস্নু ঈশৈ, নোংলাউ ঈশৈনচিংবা পুম্নমক ছন্দ অসিগী মমুং চনবা য়াই। খুদম –

(ক) হয়ুম য়ানবা। খোঁদাংকোক
শীং চল্লকউ। হায়রগা
ফো পুররকপা। য়ানবা
মগুনা চাকপু। হায়রগা
ফোগাক চজীক নমথৌবা
চাকপু শানা। পীজগে॥ — ফৌগু ঈশৈ

(খ) লোং ও। চুথারো
লাংজিং মাত্তোন। খুন্নুংগনো
পাশোয় মুরাবী। তাওথারো
উনয় পাথং। খুণ্ডরো॥ — নোংলাউ ঈশৈ

(গ) শাজেন্নী। খোরকালো

/ /

মতুম পোক্লেল। শাবিগে

/ /

লাই খুবাক। থুবিগে॥

/ / /

(ঘ) ঈশিংদসু। চাউদবী। কংফান্দসু হৌদবী॥

/ / / /

উদা তাংলে। উত্তাংবী। রাদা তাংলে রাত্তাংবী॥

/ / / /

পারেং লেংসি। পেন্দংনবী। বাচোম শাসি ন্যাওথী শাবী॥

/ / / /

ঘুংশিং শিংলে। মিপাই থিবী। খোইমু লাকলে ইকাইথৌবী॥

কমল

মথক্কী খুদম অসিদা চংলিবা মাত্রাগী খোঙচংসি মণিপুরীগী নাকোংদা য়াম্নমক হেক চুনবা মাত্রা ৪ অমসুং ৩গী পদ অনি অনি নি। অহানবদা মাত্রা ৪ অমসুং মথংদা মাত্রা ৩ নি। পয়ার জাতিগী ছন্দদসু মাত্রাগী খোঙচং অনি মপূং ওইনা য়াওই। অদুবু পদগী অহৌবা রাহৈ খুদিংদা স্বরগী শাফু (স্বরাঘাত) পীবা অমসুং দ্রুতলয়গী খোঙচংতি পয়ার ছন্দদা যাওদে।

খুদম (ঘ দা অনৌবা কবিতাগী মশক্তা কমল না মাত্রা ৭।৭ না পূম্না পয়ারগী চরণ অনি মান্নবা খোঙচত্তা (couplet) স্বরবৃত্ত ছন্দ অসি পুশিন্নবা হোৎনরমই। মাত্রা ৪ অমসুং ৩ গী পদ ২।২ গী চরণ নি। চরণ অনি অনিমক মমৈ তাবা মান্নহল্লি। অসিনা খুদম (ঘ) গুবদা "চাওদবী" অমসুং "হৌদবী", 'উত্তাংবী" অমসুং "রাত্তাংবী" অনিমকী না-পু তাবা মান্নররি। করি করিগুম্বদা মাত্রা ৪ অমসুং ৩ গী পদশিংগী অহানবা রাহৈদা স্বরগী চৈফু অমা পীরিবসি থরগা হেন্না কুংশিন্না মাত্রা ২+২+৩ গী পদ ৩ খোল্লা চংলকপসু য়াওই। খুদম –

/ / /

তোং। তোং। তোংজ্রুম্বী॥

/ / /

চকুক। নাকুক। চব্রাইবী॥

মথক্তা খুদম অসিদা মাত্রা ২ গী পদ ও অমসুং অরোয়বা মাত্রা অহুমগী পদ দা স্বরগী চৈক্ পীরি। 'তোং' হায়রিবসি মাত্রা অমা নত্তে; মাত্রা অনি ওইগনি। অকোনবগী "চকুক নাকুক" হায়বসিগা মাত্রা মাম্নানা চংমিন্নগদবনি।

## গদ্য ছন্দ (Prose Verse)

ছন্দ হায়বসি কাব্য-শৈরেংদদা লৈবা নত্তে; চুম্নগী ৱারেং (Prose) দসু লৈবা য়াই। ৱারেংদা লৈরবদি ভাবকী ছন্দ ওইনা লাকই। য়াম্নমক অচেৎপা নিয়মদা যতি, ছেদ অমসুং পদনচিংবা মওং লৈতনা য়াম্নমক মচুং হুনজিন্না অমসুং ভাবকী পুনশিল্লকপা মশক অমগী ফজবদা গদ্য ছন্দ ( Prose Verse ) লৈ। মপানগী পদগী থোঙচত্তা অমসুং অকক্কবা মাত্রা মশীংদা ছন্দ অসি লৈজবা নত্তে। লোম্না থুপ্না লৈবা ছন্দগী মশকনি। ৱাহৈগী পুনশিল্লকপা মকক মকক (phrase) ময়াম অতু নীংথিজনা পুনশিন্নবদি পদ্যগী মওংগুম্না শাদোকপা য়াই অমসুং অসু পাথবদা ছন্দগী মিহুল-rhythm অমা থেংনৈ। মসিবু গদ্য ছন্দ কৌবা য়াই।

(ক) অহনগী মতুং। ইন্নুই নোংমা
পীকলি। অঙাং ওইরিঙদনি
মোইরাং থাংজীং। লৈকোন্দনি।
পঞ্চবতী। উনুংদা
রাম সীতা। লক্ষ্মণগুম
তুংথ মাংথ। চংলকই—
গুরুদবনা। চিংলকই॥

—সমরেন্দ্র

(থ) মোংম্বা। হায়খ্রি মঙনা
পুন্সি হায়ববু। তৌখ্রিসিনি।
অদুগা ভিনখ্রি
মেঙলবা। রাসপূর্ণিমাগী শ্রাবণগী সমুদ্রদা।
ইহানৌ মপাল। চাইথরবা।
বোকুল লৈরাং। চোইজাইনবা তারবা
নবদ্বীপকী। গঙ্গা মপান্দা॥ শ্রীবীরেন

মথক্কী থুদম অনি অসিদা ঐথোয়না উগনি পর্ব্ব ২ নত্রগা না পরেং অমমম শারি। ছন্দগী লৌনরিবা নিয়মশিংগী মথা পোনবদি নত্রবসু অসুম পাথবকপদা অমসুং পরেংশিংগী মশক্তা তোপ তোপ্পা ছন্দ অমদি অপাবদা ফাওগনি। পরেংশিংগী মমৈগী না পূ তাবা মাম্নবগী থোইদোকপা নিয়ম লৈত্রবসু অসুম শৈরেং অসি থীরকপদা নাকোংদা ছন্দগী ইহুল অমা শোয়দনা ফাওই। মরম অসিনা অসিগুম্বা ছন্দ অসিবু গদ্য ছন্দ ( Prose Verse ) কৌবা য়াই।

মণিপুরী কবিতাদা থোইদোক্লসু হৌজিক মতমগী নহারোল কবিশিংগী শৈরেংশিংদা অসিগুম্বা গদ্য ছন্দসি কন য়াম্না নীংথিজনা চঙবা থেংনরক্লে।

মেংগদবা ঃ মুক্তক ছন্দ ( Free Verse ) গা গদ্য ছন্দ গা খেন্নরিবসি মশক থরদনি। মুক্তক ছন্দদা শৈরেংগী নিয়ম থম্না ভাক্তনা লৈ —চরণগী মাত্রা অমসুং পর্ব্বগী মাত্রাশিংগী অকক্নবা নিয়ম অমা থমদনা ঈশিং ঈচেলগী মতৌগুম চেন্থবনি; অদুবু পর্ব্ব অমসুং চরণনচিংবগী মওংদি শোয়দনা অমা লৈগনি। গদ্য ছন্দ দা হায়রিবা নিয়মশিং অসিদগীসু থম্না হেন্না লাম্থোকই। বাহৈগী মতুপ (Phrase) অমমম্না হায়নীংবা মওংদা অমসুং লৈনীংবা মওংদা লৈ। অদুমকপু শৈরেংগী মতৌ অমদি হুন্দোক্লে; গদ্যগুম্না পরিং ওইনা চংথখিদে। পদ্যগী - - অসি থাদোক্লবা অদুগা গদ্য ছন্দগী রসভি পোকহনবা গদ্যগী মশকনু মণিপুরী সাহিত্যদা শীজিন্নবা হৌরক্লে। থুদম—

ইমা! কয়াদা নুংশিন্নবা রাহয়নো! নুংঙাইরে ইমা, রাম্রে ইমা। পঙলবসু ইমা, শিংলবসু ইমা। মহারাণীগী ফীজোলসু ইমা, চাক্লিবীগী ফিজেতসু ইমা। মমানা কোনবীরবসু অঙাংনা কৌই — ইমা। মমানা ফুবিরবসু অদুম মকপই — ইমা ইমা ইমা হায়না।

—নীলকান্ত

মথক্তী অসি গদ্যনি - রারেংনি। অতুবু গদ্যছন্দগী ইছল অমদি অপাবগী নাকোংদা ফাওগনি। অসুম তৌনা মণিপুরগী রারেং ইবদা শীংথানরবা চাউবা, কমল, অঙাংহলনচিংবগী রারেংশিংদা অসিগুম্বা গদ্য ছন্দগী রস অসি থেংনগনি।

### অনিশুবা শরুক

## মণিপুরী ছন্দগী মরু ওইনা খঙগদবা থরা

**(১) রাহয়গী পদশিংবু পূনশিল্লকপদা থোরবপা মশক অদুনা ভাবদা নুংশিনা থোকলবা অমসুং থম্মোইদা রস পোক্লবদি মহুবু ছন্দ কৌই।**

য়াম্না অপাকপা অর্থদা লৌরবদি ছন্দ হায়বসি অথোংপা কলা ( fine arts ) পূম্নমক্তা য়াওরি। ঈশৈদা, জগোইদা, অয়েকপা মূর্ত্তি-নচিংবা পূম্নমক্তা ছন্দ লৈরি। ফোংদোকপা থেম্নবগী মতুংইন্না তোঙান তোঙানবা মশক ওইবতনি। অদুগা ফোংদোকপগী নীংথিজবা নিয়ম অমা ঙাক্লবসু থম্মোইদা রস পোকপা ওমদে। অসিগুম্বা ফোংদোকপগী ইটইল মওংশিং অসিবু rhythm নত্রগা ছন্দ হায়না কৌই। মীওইবগী রাহৈশিংদসু হায়দোকপদা ছন্দ য়াওরি। চুম্নগী রাম্নী রাতাই শানবদসু অথোই অহেন নাইনা ছন্দ য়াওরি। রারী নীংথিজনা ইবা হৈবা কনাগুম্বা লেখকশিংগী রচনাদসু নীংথিবা ছন্দ য়াম্না য়াওই। শৈরেংগী শরুকনা

খ্বাইদগী হেনবা চাংদা ছন্দ য়াওই। তশেংবস্তু ছন্দনা কাব্যগী থৱায়নি ছন্দনা ভিন্নবা য়াহৈনা কাব্যগী শাদোংনি।

লাইরিক অসিদা মপুং ওইনা নৈনগদৌরিবদি মণিপুরী শৈরেংশিংগী অকুপ্পা মশক অমসুং কোংদোকপগী মতৌ অতুগী মশকনি। অসিনা ছন্দ হায়না খঙনগদৌরিবসি মতাং অসিদদি পদ্যগী ছন্দ (metre) বু খঙনগনি।

(২) খোম্হোক্কী মশানা নৈজবা অদু কায়হন্দনা থৱায়গা তোঙান তোঙানবা য়াহৈশিংবু ময়েকশেংবা নীংথৗজবা মশক (Pattern) অমদা পুনশিল্লকপদা থোরকপা মওংদা ছন্দ য়াওরে হায়না খঙনগনি।

ঈশৈ শকপদা খোম্হোকী নিয়ম কায়হন্দনা তাল চানা থমই হায়বদি ছন্দ কায়হন্দে। 'থায়ন মমাংঙৈদা নিংথৌ অমা পাল্লমই' হায়বসি ঈশৈদা য়াওবা য়াই। অতুবু শৈরেংদদি অস্তুম্না ওইবা য়াদে। তোপতোপ্পা মশক (pattern) অমগী মতুং ইন্না য়াহৈশিং অতু পুনশিল্লবতদা ছন্দ থোকই। পুনশিল্লগা থোরকপা অপুনবা মশক অতুনা ছন্দগী মশক লেপই। ঐখোয়না ইমুংদা চুন্নগী পোংচৈ লোইশিনবদস্তু পবেং পরেং থম্বগুম্বা নত্রগা জুরা জুরা লেংশিনবগুম্বা মওং অমদা হায়বিবা রস পোকহন্নবগী মুক্তি অসি থোরকই। নত্তদনা ইচাই চাইখায়রবদি ছন্দ পোক্রে; মশক থীরে।

অস্তুম তৌনা লোরকপা নমুনা অমগী মথক্তা হন্না হন্না উৎলকপদা পুনশিল্লিবা মচাক ময়ামশিং অতুগী মরক্তা অমত্তা ওইরকপা (unity) অমা থোরকই—অতুবু ছন্দনা পুনশিল্লবা মশক কৌই। অসিগুম্বা অমত্তা ওইনা পুনশিল্লকপগী মশক অসি ছন্দ পোকহন্নবগী য়ুম্ফম্নি।

(৩) মণিপুরী শৈরেংদা অরুব্বা মতমগী মরুংদা ভিন্নবা য়াবা য়াহৈশিংনা পুনশিল্লকপদগী ছন্দ কৌই।

তোঙান তোঙানবা লোনগী তোপ তোপ্পা ছন্দগী মশক লৈ। লোন খুদিংমক্তা ঐখোয়না থেংনগনি—লোন্দুগী জাতিগী মশক অমসুং

হায়দোকপগী নিয়ম মতুংইন্না তোঙানবা ছন্দগী মশক লৈরি। বৈদিক অমসুং অরিবা সংস্কৃততা থেংনৈ—ময়েক (অক্ষর) কী অশাংবনা ছন্দগী য়ুম্ফম ওই হায়বদি তোপ তোপ্পা শক্তম অমগী মতুংইন্না অতেনবা অমসুং অশাংবা অক্ষরগী পুনশিল্লকপনা ছন্দগী মশক থোকই।

ইংরাজী লোন্দা খোঙ্হোক্কী য়ৈশিন্নবা মতাংনা (accent) ছন্দগী য়ুম্ফম ওইরি। চরণ খুদিংদা accent কয়া য়াওবা অমসুং চরণ অমগী মন্নুংদা accented অমসুং unaccented গী লৈনবা মরীনা ছন্দগী মশক লেপ্পি।

অনৌবা সংস্কৃত, প্রকৃত অমসুং বাংলা ছন্দদা হায়দোকপগী ঙাই-হাক্কী লেপকম নত্রগা যতিনা ছন্দগী য়ুম্ফম ওইরি। মণিপুরী লোন্দসু মতাং অসিদদি মান্নররি। কয়া কুইরগা যতি ওইরকদগে হায়বত্থনা মপুং ওইনা ছন্দগী মশক লেপ্পি। যতি অনিগী মরক্তা লৈরিবা মতমগী চাং অত্থনা মণিপুরী ছন্দগী মরুওইনা নৈনগদবা বিষয়নি।

## অক্ষর (Syllable)

(ম) ধ্বনিবিজ্ঞানগী (phonology) মত মতুং ইননা য়াহৈগী কুহ্ব মশকপু অক্ষর নত্রগা Syllable কৌই। অক্ষর হায়বসি ময়েকপুসু খঙনৈ; অদুবু মতাং অসিদদি অমুক্কং হায়দোকপদা ঙস্না খোঙ্হোক (syllable) অদুবু খঙনগনি।

অক্ষরবু কুপ্প খায়দোকপদা তোপ তোপ্পা খোঙ্হোক (sound phone) থেংনৈ; অদুগুম্বা খোঙ্হোক (ধ্বনি) পু য়াহৈগী খায়দগী কুপ্পবা মশক কৌবা য়াই। খুদম .— লা, চাক, শম, থোক অক্ষর ঙাক্তনি।

দাকপগী থ্রায়দগী য়াম্নদবা মশক্তা থোরকপা থ্রাঙ্হোক্কী মশক অদুবু অক্ষর কৌই। অক্ষর খুদিংদা য়ামত্রবদা স্বরগী খোঙ্হোক অমদি য়াওগনি। স্বরগী খোঙ্হোক্তা অপুনবা ব্যঞ্জন ময়েক থরসু য়াওগনি স্বরগী পান্থৈ য়াওদনা ব্যঞ্জন ময়েকী খোঙ্হোক ওইথোক্তে।

অক্ষর মথল অনিনি স্বরনা লোম্বা ( open ) অমসুং ব্যঞ্জনা লোম্বা (closed)। চা, কি, পু নচিংবা স্বরনা লোম্বনি। থক্, শম্ অসিনচিংবসি ব্যঞ্জননা লোম্বনি।

(৫) ছন্দবু নৈনবা মতমদা হায়দোকপা খোম্থোক উচ্চারণগী মায়াক্রদা মতম পুম্নদা য়েংশিনগদবনি। ইরিবা ময়েক অমসুং অক্ষর অমতা নত্তে তোঙান তোঙানবনি। মণিপুরী ময়েকশিংদগী খোম্থোক্কী মশক পুন্নমক লেপ্পা ওইথোক্তে। করি করিগুম্বদা অইবা ময়েক অনি পুনশিল্লগা খোম্থোক অমতা ওইনা থোরকপসু য়াওই। "মাবু ফাও" হায়বা ৱাহৈ পরেং অসিদা য়াওবিবা "ফাও" হায়বা ৱাহৈ অসি অক্ষর অমতনি অকোনবগী "ও"গী উচ্চাবণ তোপ্পা তৌদে। 'আ" অমসুং "ও ' গী অপুনবা উচ্চারণনা অমতা ওইনা "ফ"গী উচ্চারণ খোম্থোক্তা পুনশিন্নদুনা অক্ষর অমতা ওইরি অদুবু কনাগুম্বী মুপী মচা অমদা নফি নান্না শেংলগা "কেও" হায়ববদি অকোনবা "ও"গী তোঙানবা উচ্চারণ তৌগনি অমসুং ৱাহৈ অসিমক অক্ষর অনিনা শারি।

স্বর ময়েক্কী হায়দোকপগী শাংবা অমসুং তেনবা লেপ্পা মতমদা খোম্থোক্কী কায়দা অদু কূপশিন্না য়েংগদবনি 'হো" হায়বসি অক্ষর অমতনি; অদুবু শীজিন্নবদা ভন্না লোইবা অমসুং শাংনা লোইবা য়াই। চুন্নগী কৌবদা "হো ইমা' হায়বদা "হো"গী লোইশিনবসি অতেনবা স্বরনি; অথাপ্পদগী কৌরকপদা "হো ইমা" হায়না শাংনা চিংলকপদা থোরকপা "হো"গী লোইশিনবা অসি অশাংবা স্বরগী খোম্থোক্নি।

অসিদসু নত্তনা স্বর ময়েক্কী মন্নুংদসু মৌলিক অমসুং যৌগিক (dipthong) হায়দুনা অনি থোক্না থায়রি অ, আ, ই (ঈ) উ (ঊ), এ, ও নচিংবসি মৌলিক স্বর হায়বদুনি। "ঐ" দি যৌগিক স্বরনি মরমদি ও+ই গনা শেম্বা ময়েক্নি। মত্তৌ অম্মুম তৌনা 'ঔ ' "আই" নচিংবসি যৌগিক স্বরনি।

ধ্বনি বিজ্ঞানগী মতুংইন্না যৌগিক স্বরনা লোম্বা অক্ষরদি ব্যঞ্জণনা লোম্বা হলন্ত অক্ষরগা মাম্নৈ।

(৬) ধ্বনি বিজ্ঞানগী মত মতুংইন্না স্বর ময়েক্কী মশক মরি লৈ — (ক) তীব্রতা (pitch) নত্রগা অয়াকপা - মুংশা স্বর হোন্দোরকপদা খনাউগী শরুক্তা শোকপগী মতুংইন্না অথুবা নত্রগা অতপ্পা অনৌকপা মওং অমা থোরকই। অদুক্কী মতিক শোক্লগা অথুবা অনৌকপা ওইগনি অমসুং হায়দোরকপ্পা স্বরগী অয়াকপা মশক অমা থোরকনি। (খ) অহৌবা (intensity) নত্রগা loudness) ময়েক্কী খোঙ্গোক্তা হোন্দোকপা মুংশা স্বরগী য়াম্না অমসুং খজিক্তা থোকহল্লকপগী মতুং ইন্না স্বরগী অহৌবা নত্রগা অতপ্পা লেপই। (গ) স্বরগী অশাংবা নত্রগা মতমগী চাং (length নত্রগা duration) খোঙ্গোক্কী মওং মতুং ইন্না ময়কপু হায়দোকপদা স্বরগী অশাংবগী চাং লেপই। (ঘ) স্বরগী মচু (tone-colour) চুম্নগী স্বরত্তবু উচ্চারণ তৌবা কনানসু ওমদে; স্বর অদু হায়দোকপদা অতোপতোপ্পা ধ্বনি থরসু তিন্নরকই অমসুং অপুনবা মশক অদুদা কনাগীনা থুম্বা কনাগীনা য়াকপা অসিনচিংবা শোয়দনা থোরকই। মতুবু স্বরগী মচু (tone–colour) হায়না খঙনৈ।

মথক্কী মশক মরি অসিগী মনুংদা অহৌবা (intensity) অমসুং অশাংবা (duration) অনি অসিনা মণিপুরী ছন্দগী মশক লেপক্কনি। তৌববুদি tonal language গী কাংলুপ্তা মণিপুরীসু চনবনিনা রাহৈগী খোঙ্গোক্তা অনেম্বা, অরাংবা হায়রিবা অনি অসিগী মথক্তা মরক্কী ওইবা খোঙ্গোক অমসু তোয়না থেংনরি। অদুবু মসিনা রাহৈগী অর্থ পুথোকপগী মতাং ওইবনা ছন্দগী মতাংদদি মথক্কী হায়রিবা অনি অসিনা মপুং ওইনা নৈনবা ঙাম্নি। চুঙ্গী মপাং ওইবগী রাফমতনি। অদৈ অসিসু কান্নদে হায়বগী রাদি নত্তে। থোইদোক্নসু খোঙ্গোক্কী অনেম অরাংদি অর্থগা কোম্নবা ওইবনা রাহৈগী অর্থ খঙবদদি অমসুং হায়দোকপদদি ইয়া য়াদবা অমগী মওংসু লৈরি।

## ছেদ, যতি অমসুং পর্ব্ব

(৭) ঐখোয়না ৱা ঙাঙবা মতমদা অতৎ অথম লৈতনা ঙাঙ- খোকপা ঙমদে হোন্দোকখিবা স্বরগী মতুং ইন্না অমসুং হকচাংগী শক্তি মতুং ইন্না ঙাইহাক ঙাইহাক লেপ্পা তাই। অসুম্না অমুক অমুক পোত্থারগা মুংশাস্বর অমুক চিংশিনবা তাই। চিংশিনবদা ৱাহৈ হায় দোকপা ঙমদে।

অসুম্না মরক মরক্তা লেপ্পা অসিবু ছেদ ( breath–pause ) নত্রগা স্বরগী লেপকম হায়না খঙমৈ। কবিশুম্বদা ৱাহৈ পরেং অমবু মচা ভানা খায়দোকপদা ছেদ য়াওবগী মতুং ইন্না তাংকক নাইনা লৈবা থেংনগনি। অসিগুম্বা মতুপ অমমসু স্বরগী তাংকক (breath-group) অমমম ওইনা লৌবা য়াই। ব্যাকরণগী মতুংইন্না ৱাহৈ পরেং (Sentence) অমা হায়বসি অসিগুম্বা তাংকক ময়ামগী অপুনবা অমনি। করি কখিগুম্বদা clause (ৱাহৈ পন্দুপ) অমদা অসিগুম্বা তাংকক ময়ামগী অপুনবা মশকসু থেংনৈ।

ৱাহৈ পরেংগী অরোইবদা লৈবা ছেদতি শাংই: অতুনা মতুবু মপুং ওইবা ছেদ ( major breath–pause) কৌবা য়াই অর্থ খঙনবা তোঙান তোঙানবা phrase গী মরক মরকসু ছেদ লৈরি; মখোরতুবু মচেৎ ওইবা ছেদ ( minor breath pause ) কৌই। অসিগুম্বা ছেদপু ভাব যতি ( sence-pause ) সু কৌবা য়াই। মচেং ওইবা ছেদনা লৈবা মকম অদুদা অর্থ অমা খঙনবা কাংলুপ অমা তোঙ্গা লৈরে হায়না খঙনগনি। তশেংবসু মচেৎ ওইবা ছেদ ময়ামদুনা পীরিবা ৱাহৈ পরেং অদুগী কবি হায়রিবনো হায়বদু লেপই। অসিগুম্বা ছেদশিং অসিনা ৱাহৈ পরেং অমবু মচেৎ মচেৎ কয়া খোক্সা খাযদোকই। মপুং ওইবা ছেদনা লৈবা মকম অদুদা অর্থগী মপুং ওইবা মশকসু ওই অমসুং ৱাহৈ পরেংগী অরোইবসু ওই। মবম অসিনা phrase অমসুং sentence পু অর্থ বিভাগ (sence-group) হায়না খঙনগনি।

ইবগী নিয়ম মতুংইন্না কোমা, সেমিকোলন নচিংবা খুদম লৈবা মফম খুদিংদা মওং অমগী ছেদ লৈ - মপুং ওইবা ছেদ নত্ত্রগা মচেং ওইবা ছেদ। ব্যাকরণগী নিয়ম মতুং ইন্না (full stop) নত্ত্রগা চৈথে লৈবা মফমদা মপুং ওইবা ছেদ তাই ; ছন্দগী নিয়ম মতুং ইন্না মফম অদুদা মপুং ওইবা ছেদ ( major breath-pause ) লৈগনি অদুবু কোমা, সেমিকোলন নচিংবা থমদবা মফমদা মচেং ওইবা ছেদ লৈবা যাই অমসুং syntax কী মতুং ইন্না মপুং ওইবা ছেদ তাদবা মফমদসু ছন্দগী ওইবা মপু ওইবা ছেদ লৈবসু য়াই। খুদম :— ঐথোয়না তেংবানবা অসিদা *কনাবু কবিনি হায়না খঙতুনা *মহাক্কী থুয়াদা *কবিগী মতিক চাবা খুদোল* নত্ত্রগা * লৈরাংগী খুজোক অমতংসু * কৎতুনা লেন্নসিগে * ফনা লুবা পাউথুম্মি **।

(কবি – খ্বাইরাকপম চাউবা)

মথক্কী পীরিবা য়াহৈ পবেং অসিদা খুদম * অসি থম্লিবা মফমশিং অসিদা পাবা মতমদা ঙাইহাক ঙাইহাক লেপ্পা তাই ; মফম অসিদা মচেং ওইবা ছেদ লৈরি। ঙাইহাক্তং লেপত্রবদি করম্বা য়াহৈগা করম্বগা তিন্নদুনা অর্থ থোক্লিবনো হায়বছু চপচানা খঙবা ঙম্লোই। অসিগুম্বা মচেং ওইবা ছেদশিংগী মতেংনা য়াহৈ পরেং অসিবু অর্থ থোকপা মতুপ কয়া থোক্না থায়দোক্লি। মপুং ওইবা ছেদ তারিবা মফম অসিদা খুদম ** থম্লি অমসুং মফম অসিদা য়াহৈ পরেংগী লোইশিনবগা লোয়ননা অর্থগী মপুং ফারবা মওং অমসু তাবি।

(৮) ছেদ তারবা মফম অদুদা য়া ঙাঙথোকপগী শরুকশিং অসি ঙাইহাক পোত্থাবা তাই ; অদুগা মথংগী ছেদ অমা লাকত্রিবা ফাওবা অমুক মুংশাম্বর হোন্দোকপগা লোয়ননা ঙাঙথোকপগী থবক অদু চৈথে। মধ্যম তৌবদা ঙাঙবগী শরুকশিং অসি চোকথে অমসুং নৌহৌননা শক্তি লাকপগী দরকার ওইরকই। ছেদ অমা তারকপা মতমদা ঙাইহাক্তং পোত্থাদুনা শক্তি থরদং লাক্লবগী খুদোং চাবদি ফংহৌই। অদুবু ছেদতি

ভাবকা কোম্লনা চংপা ওইবনা মতম পুম্বদা নিয়ম অমা নাইনা অমস্তুং পঙথু থুনস্থ তারক্তে ; ছেদ অমা লাকহিঁদা ভাঙলিবা লৈয়েংগী চোকথবা ওইরকই অমস্তুং ভাইহাক্তুং লেপ্পগী দরকার ওইরকই। অমুক অমুক মুংশাম্বর হোন্দোরকপদা অক্ষর থরা হায়দোক্লবা মতুংদা নৌহৌনা পাঙ্গল হাপ্পনবা লৈযেগী ভাইহাক পোথাবা তাই। অস্তুম্না মরক মবক্তা চাং অমা ওইনা লেপ্পা মফম অসিবু যতি হায়না খঙনৈ। যতিনা লৈবা মফম অতুদা খোংথোক্কী ( impulse ) লেপফম অমা ওই অমস্তু মতুংদা অতোপ্পা অমা অমুক হোরকই।

অয়াম্বা মতমদা ছেদকা যতিগা পুন্না তাম্মিন্নে। অতুবু মতম পুম্বদা তামিন্নবা নত্তে। যতিগা ছেদকা তিন্নদবা মফমদা ধ্বনিগী ইচেল অমনি লেপ্নুনা চেন্থরি। ঋাহৈ ওইনদি লৈয়েংদগী থোরক্তে ; স্বরনা শাংনা চিংবগুম্না (Jrawl) মথং অমা হৌরকই। অতুগা অমুক খোংথোকী ইতুল অমদা চেন্থরিঁডা খঙহৌদনা ছেদ তারকপস্থ যাওই মফম অতুদস্থ ভাইহাক্তুংনি .থাম্থোক লেপ্পুবা য়াদে ; অদুবু লৈয়েংদি পোথাবা নত্তে : .খোংথোক্কী ইতুল (impulse) লেপত্রি : মতুংদা ছেদকী খোংথোক চথবকপদা অনৌবা ইতুল অমা ওইনস্থ হৌরক্তে। অস্তুম্না ছেদকা যতিগা চংমিন্নদবা মতাং কয়াস্থ থেংনৈ। অমিত্রাক্ষর ছন্দগী তোপতোপ্পা ফজবা অমদি অনি অসিগী তোঙান তোঙান্না চংমিন্নরক্কবা মতাং কয়াদগী থোরকপনি।

(৯) যতিগী খোঙচতগী মণিপুরী ছন্দগী অপুনবা মশক অমা থোরকই। অকক্লবা মতম অমগী মতুংদা শকফম অমগী মতুং ইন্না যতি লৈগনি। ছেদনা অর্থ নত্রগা sence কী মতুং ইল্লি. অসিনা শৈরেং অমবু অর্থগী মতুং ইন্না খায়দোকই। খোংথোক পোকহল্লকপা লৈযেংগী শক্তি মতুং ইন্না যতি লৈ। অসিগী মতেংনা শৈরেং অমবু অকক্লবা ছন্দগী কাংলুপ কয়া থোক্লা খায়দোকই। অসিগুম্বা ছন্দগী মখায়দোক মতুং ইন্না হায়দোকপা খোংথোক্কী ইতুল অমমম ওইনা মাত্রা মশীং লেপতুনা মতুপ মতুপ চথৈ। অসিগুম্বা খোংথোক্কী ইতুলগী মশক্লা ছন্দগী অপুনবা মশক ওইরকই।

মণিপুরী ছন্দদা অসিগুম্বা ছন্দগী কাণ্ডলুপ অমমম্বু পর্ব্ব (measure নত্রগা bar) হায়না খঙনৈ। চাউরাক্লা অকরুব মাত্রা মশীংগী মতুং ইন্না মণিপুরী ছন্দগী তোঙান তোঙানবা মশক লেপই। অমুক অমুক হায়দোকপা খোম্থাক্লী ইতুলদা চোকথবা নত্রগা ওাইহাক লেপ্পগী দরকার লৈত্রিবা কাওবা চপ্পরিবা শরুক অদুবু পর্ব্ব কৌই। পর্ব্বনা মণিপুরী ছন্দগী কয়াংবনি।

পর্ব্ব মথং মথং লেংশিন্নরগা ছন্দগী লৈপরেং শেমই। পর্ব্বগী মাত্রা মশীংদগী ছন্দগী থোঙচং খঙবা ঙমই। পর্ব্বগী অশাংবদি কায়হন্দনা থম্নগা মঙং কয়ামুক্তা চরণ অমসুং স্তবক (stanza) শেম্নবদি ছন্দগী অমত্তা ওইবা মশক থঙদে। অদুগা পর্ব্বগী অশাং অণ্ডেন্দা অকায়বা থোক-হন্নবদি চরণ অমসুং স্তবককী মশক্লা শৈরেংগী ছন্দগী মশক অদু নীংথিজনা কায়হন্দনা খম্বা ঙমদে। খুদম—

"মালেম পোকপী লাঙোন্দা/ভাইবঙ চন্নু'শায়োন্না"—

হায়রবসিদা লৈরিবসি মাত্রা ১৪ নি। মাত্রাগী শককমদি ৪+৩+৪+৩ অসিনি।

"গুম্লি/মীকুপ্তা/লোনম্বা/বা'শীনা'মালংগী"—

হায়রবসিদা লৈরিবসিসু মাত্রা ১৪ তনি। অদুবু মাত্রাগী মশক্তি ২+৩ ৩+৩+৩ অসিনি। মরম অসিনা মথক্কী খুদম অনি অসিদা মাত্রাগী মশীংদি চপ মান্নরবসু থোঙচং খেন্নবনা ছন্দগী মশক তোঙাল তোঙাল্লি।

(১০) মণিপুরী শৈরেংদা অয়াম্বা মফমদা মচেং ওইবা ছেদকা মচেং ওইবা যতিগা, মপুং ওইবা ছেদকা মপুং ওইবা যতিগা চংমিন্নগল্লি। অদুবু মতম পুম্নমক্তদি নত্তে। করি করিগুম্বা মতমদা ছেদনা ছন্দগী মতুপ অমগী মনুংদা ভারকতুনা তোপতোপ্পা ছন্দগী লেপ্পুবা ঈচেলগী ইহুল অমা পী।

মথাগী খুদমশিং অসিদা * অমসুং ** অনি অসিনা মথংশীংনা মচেং ওইবা ছেদ অমসুং মপুং ওইবা ছেদ খঙনগনি (I), (II) অসিনা মচেং ওইবা যতি অমসুং মপুং ফারবা যতি খঙনগনি।

ক) মায়োক্লবা লাণক্ষমদা* । অক্রনবগী লুচিংবা* !
শিবা মতম চাদনা * । বীর বাহু তুম্ববগা * ।
হায়যু ইমা ভারতি * । রাঙাং খোইহো তৈরবী * ।
হিংচা–শাগ-য়াই ওইবা * । রাঘব ভাখি আথোইবা ৩ ।
সেনাপতি হাপতুনা * । লাল্দা কনা থাখিবা ৩ ।
(মেঘনাদ তুবা কাবা - নবদ্বীপচন্দ্র)

খ) লেংবীরকউ অদুনা * । বিশ্বরাম, * খোক্তানবী * ।
শক্রে * ঈশে আথোইবা * । বীররসতা তাউদুনা ** ।
ইমা * লেংবীরকউকো * । নথোং মরুম থুপচগে ** ।
(মঘনাদ তুবা কাব্য – নবদ্বীপচন্দ্র)

পর্ব্ব (Bar) অমসুং পর্ব্বাঙ্গ (Beat)

১১। মণিপুরী ছন্দদি অমুক হায়দোকখিবা থাক্তোকী ইহুলদা ওইরবা পর্ব্ব কয়াগী পুনশিন্নবা মশক্নি। ছন্দ পুথোকপদা অকক্লবা চাংদা মান্নবা পর্ব্বগী মশকশিং নিয়ম অমা ওইনা শক্তিনৈ পর্ব্ব অসিগকসু রাহ থরনা পুনশিল্লগা শাবনি। রাহ কয়ামুক্তা পুনশিল্লগা হেন্না চাউবা পদ অমা ওইহল্লবসু ছন্দগী মথন্ত তাক্লকপদদি রাহ কাংলুপশিংবু তোঙান তোঙান্না লৌগনি।

মথকী নৈনবা শরুকসু খওহনথে—পর্ব্বনা নৈ পরেং অমগী মশক লৌরগা পর্ব্বাঙ্গ (পর্ব্বগী কায়াৎ) শিংনা নৈরাংশিংগী মশক্নি হায়বা য়াই। পর্ব্ব খুদিংদা পর্ব্বাঙ্গ অনি নত্রগা অহুম নৈগনি।

খুদম চংক্রদবা ঃ চংখিসনু ।
নওদা নৈবীযু ঃ নাক্তা ॥
চেকলাগী ঃ বুংশিবা কোবোয় ।
লেপথ্রবনি ঃ রাচংবদা ॥

— চাউবা

মথক্কী খুদম ( : ) অসিনা খায়দোক্লিবসি পর্ব্বাঙ্গগী শরুক্কি। খুদম (।) অসিনা পর্ব্বগী কাঙলুপনি। পর্ব্বগী রাহৈ খুদিংনা পর্ব্ব শাদে করিগুম্বা রাহৈ অনি নত্রগা অহুম্না পর্ব্বাঙ্গ শাবা য়াই।

(১২) স্বরগী অমুক হোন্দোকপগী অরুম্বা চাং ( গাম্ভীর্য্য ) গা লোয়ননা ঐখোয়না উচ্চারণ তৌই। অহানবা হেক হায়দোবকপদা অহৌবা রাহৈ অতুদা চাং খরা য়াম্না শোকই অমস্তুং পর্ব্বাঙ্গ অমগী লোইশিল্লকপা রাহৈদা খরদং শোক্লগা লোইশিনবদৌনা তৌই ; অতুদগী অতোপ্পা পর্ব্বাঙ্গ অমা হৌগংলকপদা অমুক শাফু কন্না অহৌবা পর্ব্ব অতুদা শোকই। মথক্কী খুদমদা—"নঙদা লৈবীয়ু নাক্তা" হায়বা পর্ব্ব (পদ) অসিদা 'নঙদা" হায়বসিদা স্বরগী শাফু অমা কল্লি ; "লৈবিয়ু" হায়রকপদা শোম্থরকই ; অতুগী "নাক্তা" হায়বা অসি হায়দোকপদা অমুক কনশিল্লি। অস্তুম তৌনা মণিপুরী ছন্দগী রাহৈশিং অসি হায়-দোকপদা অক্ষর মান্নবগী চাং মতুং ইন্না উচ্চারণ তৌদে। অহৌবদা খরা কন্না স্বরনা শোকপা অমস্তুং লোইশিল্লকপদা শোম্থরকই। অস্তুম্না স্বরগী ইহুল (গাম্ভীর্য্য) কনবা তপথবা মতুং ইন্না পর্ব্বাঙ্গগী শরুক খায়দোকই। মথক্কী খুদম—'নঙদা" লৈবীয়ু নাক্তা" হায়বা পর্ব্ব (পদ) অসি হায়দোকপদা "নঙদা" হাযবসিদা কল্লপ হাযরগা "লৈবিয়ু" গী "য়ু" হায়বা মতাং অসিদা য়াম্নক শোম্না হায়দোকই। "নাক্তা" হায়দোকপদা অমুক স্বরগী শাফু খক্তিক্তং অমা ফাওরকই অমস্তুং অহানবগী খোম্থোক্কী ইহুল (impulse) অমগী ঈচেলতু লেপই। "নঙদা লৈবিয়ু নাক্তা" হায়বা অসিনা শৈরেংগী পর্ব্ব (পদ) অমা শারি।

অস্তুম তৌনা পর্ব্বাঙ্গ অনি নত্রগা অহুম্না পর্ব্ব শারকপদা স্বরগী ইহুলগী কনবা শোম্থবা মতুং ইন্না পর্ব্ব অনিগী মন্নুংদা হাযদোকপগী তনিকপা খোঙচৎ অমা থেংনগনি। অসিগুম্বা তনিকপা ইহুল অসিনা ছন্দগী খরায়নি। অসিগুম্বা ইহুল অসি য়াওবদগী পর্ব্বনা শৈরেংগী

কায়াং ওইরকই অমসুং অনৌ অনৌবা ভাব কোংদোকই। মাহৈশিংগী খোন্থোক নাকোংদা ভাবমক্তদা ভাবকী ইহুল অমা ফাওই অমসুং রস পোকহল্লকই।

## মাত্রা (Mora)

(১৩) মণিপুরী ছন্দগী হিসাব পুম্নমক মাত্রাগী মতুং ইননা লেপই। মাত্রাগী মনুংগী অর্থদি duration মত্রগা মতমগী চাংনি. ময়েক খুদিংগী উচ্চারণ তৌবদা মতম কয়া চঙবগে হায়বতুগী মতুং ইন্না মাত্রাগী চাং লেপই। অতুবু চুন্নগী ময়েক খুদিংগী খোন্থোক্কী চাংনা মাত্রা লেপ্পা য়াদে। হায়দোকপা মতমদা ওইরকপা মতমগী চাং মতুং ইন্না মাত্রাগী কুপশিনবা মশক লেপই। অয়াম্বা মতমদা হ্রস্বনা মাত্রা অমা দীর্ঘনা মাত্রা অনি অসুন্না চৎনরি। করি করিগুম্বা মাত্রা অহুমগী দীর্ঘ কাওবা লৈবা য়াওই। দীর্ঘ অক্ষর হায়বদা হ্রস্বগী খোন্থোক্কী শরুক অনি চপচানা য়াওই হায়বা নত্তে। দীর্ঘ অক্ষর অসি হায়দোকপদা হ্রস্বগী খোন্থোক্কী শরুক্তুগী থরা হেন্না চঙবা ওইনা তৌই। অসিনা থরা হেন্না মতম চঙবা ময়েকপুনা দীর্ঘ, থরা অতাবা অতুবুনা হ্রস্ব (অতেনবা) ময়েক হায়না কৌনবনি।

সংস্কৃতনচিংবা লোন্দদি করম্বা ময়েক্কী মাত্রা কয়া য়াম্না ওইগদগে হায়বতুগী লেঙবা য়াত্রবা নিয়ম লৈরি। মণিপুরীদদি অসিগুম্বা অচেৎপা নিয়ম লৈতে। ময়েক্কী মফম অমসুং ছন্দগী মওং মতুং ইন্না মাত্রাগী চাং লেপই। মতাং অসিদা বাংলা লোনগা মণিপুরীগা নকশিন্নবা থরা লৈ। ময়েকনা শাংলপ হায়বা অমসুং তেল্লপ হায়বা অসি মতাং মতাং অমসুং ছন্দগী শকওং অতুনা লেপই। হ্রস্বতবু ওইরবদি মাত্রা অমা, দীর্ঘতবু ওইরবদি মাত্রা অনি ওইগনি হায়বা নিয়ম লৈতে। তশেংব-মকসু মণিপুরী ময়েকশিংদদি সংস্কৃতনচিংবা লোন্দা তৌবগুম্না অতেনবা অশাংবা (হ্রস্ব দীর্ঘ) হায়বা অতুক কম্না লৈতে; অনেম্বা অরাংবা হায়বা খোন্থোক্লতুম হায়দোকপদা হেন্না মরু ওই-মসিমক্কীদি মাত্রাগী মতাংদদি

নৈনরুবা দরকার লৈতে। মরম অসিনা মাত্রাগী মায়কৈদা য়েংলু-ররদি মণিপুরী খোম্থোক্কীদি অচেৎপা ক্রায়দবা নিয়ম লৈতে। চৎলিবা ছন্দগী শকওং (Pattern) য়েংদুনা মায়েক্কী নম্রগা খোম্থোক্কী মাত্রা মশীং লেপ্পা তাই।

১৪। অতেনবা স্বর (হ্রস্ব স্বর) অমা হায়দোকপদা চঙবা মতমগী চাং অছু মাত্রা অমনি হায়না লৌই। অশাংবা স্বর (দীর্ঘ স্বর) গী ময়েক অমবু মাত্রা অনিগী চাংনি হায়না লৌই।

সংস্কৃততদি হ্রস্ব স্বর মখৈ লঘু অমসুং দীর্ঘ স্বর মখৈ গুরুনি হায়না খঙনৈ লঘু গুরু হায়বসি উচ্চারণগী অনেম অরাংবু খঙনবনি সংস্কৃত রাহৈশিংবু উচ্চারণ নীংথিজনা তৌননবা সংস্কৃত ছন্দদা হ্রস্ব অমসুং লঘু, দীর্ঘ অমসুং গুরু হায়না মান্নৰা লৌবনি মণিপুরী উচ্চারণদদি অসিগুম্বা নিয়ম লৈতে। হ্রস্ব স্বর মখৈ লঘু ওইগনি, দীঘ মখৈনা গুরু ওইগনি হায়বা অকরুবা নিয়ম লৈতে। তঃশংবসু হ্রস্ব (short) অমসুং লঘু (light)— অনি অসি অর্থ মান্নদে; অসুম্না দীর্ঘ (long) অমসুং গুরু (heavy) অনি অসিসু তোঙান তোঙানবনি। হ্রস্ব অমসু' দীর্ঘনা ময়েক্কী মতমগী চাং খঙহল্লি। লঘু অমসুং গুরুনা ময়েক্কী খোম্থোক্কী অরূম অয়াংগী মশক তাকপনি। মণিপুরীদদি রাহৈগী অর্থগী মতুং ইন্না ময়েক নম্রগা অক্ষরগী উচ্চারণদা অরূম অয়াং থায়রি।

মথক্তসু নৈনপ্রে—মণিপুরী ছন্দদদি দীর্ঘ স্বর মখৈদি মাত্রা ২।২ ওইগনি হায়বা নিয়ম লৈতে। অয়াম্বা মতমদা হ্রস্ব স্বরগা দীর্ঘ স্বরগা মাত্রা মান্নৰা লৌরি। দীর্ঘ স্বরবু উচ্চারণ তৌবদা চপচানা অশাংবা (অচিংবা) অমা য়াওবত্থু মতম অয়াম্বদা য়াওদে হায়না লৌবা য়াই। করি করিগুম্বা ছন্দগী মশক মতুংইন্না অতেনবা স্বর কাওবা চিংথোক্লুনা হায়রকপা য়াওই। অসিনা ছন্দগীদমক্তদি মণিপুরী লোনগী হ্রস্ব অমসুং দীর্ঘদি মান্নমক মরূওইবা নত্তে হায়বা য়াই।

(১৫) ময়েকক্কী (অক্ষর) অসুম তৌনা মাত্রা খেননবরপসি খোম্থোক্কী খোঙথাং (গতি— speed, tempo) খেননবগী মতুং

ইননা থোক্রপনি। খোঙথাং মথল অহুম্নি— অথুবা (দ্রুত), ময়ায় ওইবা (মধ্য) অমসুং অতপপা (বিলম্বিত)। ময়ায় ওইবা খোঙথাংনা হায়দোকপদা খ্বাইদগী হেন্না চুনৈ অমসুং অয়াম্বদসু চংনরি। স্বরগী যৈশিনবা (স্বারাঘাত) থোকপা মতমদা অথুবা খোঙথাং থোকই। অইংনা লেম্না চিংহুনা হায়দোকপা মতমদা অতপ্পা খোঙথাং ওইরকই। অথুবা অমসুং ময়ায় ওইবা খোঙথাংদা ময়েকী মাত্রা চিংথোক চিংশিন থোইনা লৈতে; চাউরাক্না অক্ষর (syllable) গী মাত্রা খোঙচংনা অহুম পুহুনা চংলি। অহুবু অতপ্পা লয় (tempo) দদি ময়েক খুদিংমক্কী মাত্রা থীবা ভারকপগুম্বা অমসুং করিগুম্বদা চিংথোকপা কাওবা ওই রকই। খুদম —"মতম" হায়বসি মাত্রা অনিনি; "তুংদা" হায়বসি চুম্না হায়দোকপদা মাত্রা অনিনি। অহুবু —"মতম কুইনগী তুংদা/লেং-শিল্লকলে ইমা মৈতৈ চনু/মৈতৈ-সাহিত্য মন্দির মনুংদা" (কমল) হায়বা শৈরেং মতেক অসিগী মনুংদা য়াওরিবা "মতম" অমসুং "তুংদা" হায়বিবা অসিদদি মাত্রা ৩/৩ লৈগনি। মরমদি শৈরেং মতেক অসি পাবদা চিংনা ঈংনা অমসুং লেম্না অতপ্পা খোঙথাংদা পাবগুম্বা মওং অমদা চথগনি।

খোঙথাংগী কুপশিন্না নৈনবদা অহুম অসিগী মনুংদসু অমুক ময়ায় ওইরপ তপ্পা, য়াম্নমক তপ্পা (অতি বিলম্বিত), য়াম্না থুবা (অতি দ্রুত) অসিনচিংবা কয়ামুকসু ছন্দ শাস্ত্রদা পুশিন্নৈ। পুম্নমক অসি পুশিল্লক্রগা য়াম্নমক মতাং চাকাত্তুনা কুপশিনখিবা ভাবনা মণিপুরী ছন্দগীদমক্তি চাউরাক্না দ্রুত, মধ্য অমসুং বিলম্বিত হায়দুনা খোঙথাং অহুমগী মশক অসিনা অসুম চংনবা য়াগনি। অশেংবসু অতপ্পা লয়দি য়াম্না তোয়না শিজিন্নবসু নত্তে। ময়ায় ওইরপ্পা অমসুং অথুবা খোঙথাং অনি অসিনা মপুং ওইনা চংনরি।

## স্বরাঘাত (Stress)

(১৬) মথক্তা স্বরগী গাম্ভীর্যগী মতমদা নৈনখ্রে। রাইে খুদিংগী হায়দোকপদা অহানবা স্বর ময়েকী থোম্হোক অসি কল্লপ তৌনা

হায়দোকই। করিগুম্বা মতমদা য়াহৈ পরেংগী মতেক অমগী তোপতোপ্না মকম অমদা অতৈদগী থরা কল্লপ তৌনা খোম্থোক উৎপা স্বরনা থরনা কন্না ফুজিনবা থেংনৈ। অসিগুম্বা স্বরগী গাম্ভীর্য্যগী অহেনবা মশক অসিবু শ্বাসাঘাত নত্রগা স্বরাঘাত (stress) কৌই।

চুম্নগী হায়দোকপদা ওইবা খোম্থোক্কী চাং অদুদগী থরা হেন্না কন্না উচ্চারণ তৌবা মতমবা অসিগুম্বা স্বরাঘাতকী মশক অসি উবা ফংই।

/ /

নোং ও। চুথরো

/ /

লাংজিং মতোন্। থুমহুৎলো

/ /

পাশোয় নুরাবী। তাউথরো

/ /

উনম্ব পাথ্রং। খুঞ্জরো — নোংলাউ ঈশৈ

মথক্কী অসিদা খুদম (/) অসি তৌরিবা অক্ষরগী শরুক খুদিংদা হায়দোকপদা থরা হেন্না কন্না হায়দোকই। অদুবু য়াহৈশিং অসি মওং পুম্বদা অম্মুম তৌনা পাগনি হায়বদি নত্তে। মথক্কী ছন্দগী মওং অসিদা ওইরকপা ছন্দগী মশক অমত্তনি।

১৭) স্বরাঘাত অসি থোকলবদি খোম্থোক্কী চাং অসি থুজিললকই, অসিনা য়াম্নমক থুনা উচ্চারণ তৌবা তাই।

অমুম্না উচ্চারণ তৌবা অসিদা দীর্ঘ ওইরকপা চিংবগী মওংগী মহুত্তা ময়েক অমা অনিনা পূনশিন্নগা মাত্রা অমা শারকপগী মওং কাওবা লাকই। অদুগা অমুকস্সু দরকারগী মতুং ইন্নসু চিংথোকুনা ছন্দগী খোঙকমগা চাননবা শেন্নকপসু য়াওই। মথক্কী খুদম অসিদা য়াওরিবা "নোং ও" হায়বসি চুম্না হায়রবদি মাত্রা অনিদা ওইবস্নু য়াই। অদুবু মথক্কী অসিদদি মাত্রা মরি ফাওবা শুনা চিংথোক্লি। মতুংগী লাক্লিবা "লাংজিং মতোন" গী মাত্রা মরি অসিগা চানহল্লি।

অমুকনু "স্বরাবী" হায়বসি চুম্না হায়রবদি মাত্রা অহুম্নি—স্ব+রা+বী। অতবু মথক্কী শৈরেং অসিদদি মাত্রা মশীং হেন্দনবা থুজিন্না মমাংগী ময়েক্কী স্বরাঘাতকা কোয়না মাত্রা অনিথক্তা হায়দোক্লি। মরমদি মথক্কী ময়েক্কী স্বরাঘাতকা কোয়না মাত্রা অনিথক্তা হায়দোক্লি: মরমদি মথক্কী ফোঙ ঈশৈগী ছন্দ ওইনা তৌবা স্বরবৃত্ত হায়রিবা ছন্দ অসিগী খোঙচৎকী মাত্রাগী চাং অসি ৪+৩ নি পুন্না ৭/৭ কী খোঙচৎনি।

স্বরাঘাত অসি খোক্লবদি খোঙ্গোক্কী যন্ত্রগী মথক্তা শাফু অমা চঙলকপনা ভাইহাক্তুং পোথাবা অমা চঙই। অসিনা পর্ব্বাঙ্গ অমদা অমুক্তুগী হেনবা অসিগুম্না স্বরাঘাত অসি তাবা য়াদে। মরমদি পর্ব্বাঙ্গ অমদা স্বরগী গাম্ভীর্য্যগী নিয়ম মতুং ইন্না হাইগৎপা অমসুং কুমথবগী মতুং ইনবা নিয়ম অমা চৎপনা অসিগুম্বা স্বরাঘাত অমিথক পর্ব্বাঙ্গ অমদা তারবদি নিয়ম অমা কায়গনি। মরমদি স্বরনা হাইথরকপনা পর্ব্বাঙ্গগী মশক অমা লেপ্লিবনি। অসুম্না হাইথরকপগী মীকুপ্তা অমুকসু স্বরাঘাত অমগীদমক্তা হাইগৎলবদি হায়রগী পর্ব্বাঙ্গগী মসুং চনকম খোক্লে। অতোপ্পা অনৌবা পর্ব্বাঙ্গ অমা হৌরে হায়না খঙনগনি। অসিনা নিয়ম অমগী মতুং ইন্না চাউরাক্লা স্বরাঘাত অমময়া পর্ব্বাঙ্গ অমমম শাগনি।

মণিপুরী ছন্দদা থ্রাইদগী য়াম্না তোয়না চৎনবা স্বরাঘাত য়াওবা ছন্দগী মাত্রা মওংসি ৪+৩ নি। পর্ব্ব অমমমদা মাত্রা ৭ ৭ লৈ হায়না লৌগনি - পর্ব্বাঙ্গ অনি অনিনি। পর্ব্বাঙ্গ থুদিংগী হৌগৎলকপা স্বরগী খোঙ্গোক্তা স্বরাঘাত তাই; মতুংদা ভাইহাক্তুং হাইথরক্তুনা পোথাবগী মওং লৌই। মথংগী পর্ব্বাঙ্গ হৌগৎলকপদা অমুক অহানবা স্বরগী খোঙ্গোক্তা স্বরাঘাত তাই। অসুম্না মাত্রা ৪ অমসুং ৩ গী পর্ব্বাঙ্গ অনিনা মাত্রা ৭ কী পর্ব্ব অমা শারি।

## মণিপুরী ছন্দগী নিয়ম থ্রবা

(৮) মণিপুরী ছন্দগী পর্ব্ব থুদিংদা মপুং ওইবা বাহৈ

থরা য়াওগনি বাহৈ অমবু মচেৎ মচেৎ খায়দোক্তুনা পর্ব্ব অনিদা হায়্না য়াদে। খুদম—

নোংদম্বা বিথ্রিনা, কপ্পবা শীন্দুনা তাইবং মীবু থারকলে (চাউবা) হায়বা পরেং (চরণ) অসিদা মাত্রা ৬/৬ কী নি হায়দুনা

নোংদম্বা বিথিনা/কপ্পবা শীন্দুনা/তাইবং মীবু থারক/লে

অদুম হায়না ছন্দগী মশক তাকপা য়ারোই।

মণিপুরী ছন্দদা য়ারিমখৈ বাহৈ মপুং মপুংনা পর্ব্ব অমমমদা য়াওগনি। বাহৈ অমবু মচেৎ থুগায়দুনা ছন্দগী মওং লেপ্পসি চংনদে। ছন্দগী খোংচত্তা করিগুম্বা অহেনবা বাহৈ থেংনরম্মু মদু কবিনা লৈতেং ওইনা হাপ্লিবনি—মদু অদুম তোপ তোপ্পা কায়হন্দনা থমং নি নত্রগা মমাং নত্রগা মতুংগী পর্ব্বদা চঙহনগনি। মরমদি মাত্রাগী চাউরাকপা অবক্নবা মশীং অমা ছন্দ থুদিংদা য়াওরবসু বাহৈশিংবু থেংনোক্তা চুপশিনবগী শক্তি অমা তোপ তোপ্পা মণিপুরী ছন্দদা লৈ। অদুনা করি করিগুম্বা মতমদা নীংতম্না মাত্রাগী চপ চাবা নিয়ম থুগায়না ইব থেংনৈ। মদুনা কবিতাবু ফজহল্লি— ছন্দগী লৈতেং হাপই। খুদম—

শেমজদুনা শোমজদুনা/খ্রিক্তুনা চাইদুনা=৮ ৬
হৌরকলে চাউরকলে/লৈরাং শাংলকলে=৬ ৬
থারসি লিংলসি/শল্লসি/থোরকলে ইমাসু=৬ ৩ ৬

হরাওজরে ঙসিদি। —সমরেন্দ্র

মথক্কী শৈরেং মতেক অসিদা চংলিবা মাত্রাগী থোংচৎ অসি মপুং ওইনা ৬/৬ নি; চমু হৌবদা য়াওরি। অহুমশুবা পদদা "থারসি লিংলসি" হায়না অসিদা "শল্লসি" হায়বা অমা হাপচিন্দুনা মাত্রা ৩গী পর্ব্ব অমা খোকহল্লি। অদুগা অরোইবা "হরাওজরে ঙসিদি" হায়বা মাত্রা ৭ কী পর্ব্ব অমসু হাপচল্লি। অসি ওইদুনসু পর্ব্ব অমদা বাহৈ থরা য়াওগনি হায়বা নিয়ম অসিমদি কায়হন্দে।

(১৯) পর্ব্ব খুদিংদা পর্ব্বাঙ্গ অনি নত্রগা অহুম লৈগনি। য়াংমত্রবদা পর্ব্বাঙ্গ অনি লৈত্রবদি পর্ব্বগী মপুংদা কয়ম্বা ছন্দগী খোঙচং অমম্তুং ইঙুল লৈরিবগে হায়বদু খঙবদা লুনা থোকই। খুদম—

ঙুম্বিদাংবাইরম ঃ য়োরক্তুনা
সনা অহিংবা ঃ মশেন্না
উত্তোল ব্রাত্তোল ঃ লৈত্তেংদুনা
পোথারক্লে ঃ অঙানবা ঃ নোংচুপ্তা। —কমল

মথক্কী খুদম অসিদা পরেং অমমমনা পঙ্গ নত্রগা পদ অমমম শারি। পর্ব্ব খুদিংদা পর্ব্বাঙ্গ ২/২ লৈরি—মতু খুদম (:) অসিনা তাক্লি। অরোইবা পর্ব্বদা পর্ব্বাঙ্গ অনি ওইনা "পোথারক্লে অঙানবা : নোংচুপ্তা" হায়না লৌবগু য়াই; অদুবু অহুমথোক্লা মথক্কী অমুম্বা লৌবনা হেন্না মওং তানা উই। অসিগুম্বা পর্ব্বাঙ্গ খুদিংদা অয়াম্বা মতমদা মপুং ওইবা বাহৈ অনি নত্রগা অহুমদি শোয়দনা য়াওই। বাহৈ অমঙনা শাবা পর্ব্বাঙ্গসু লৈ।

(ক) পর্ব্বাঙ্গ খুদিংদা অয়াম্বা মতমদা মাত্রা অনি, অহুম নত্রগা মরি য়াওই। মাত্রা অমতগী পর্ব্বাঙ্গ লৈবদি য়াই—অদুবু তাঙনা য়াওই। মণিপুরী বাহৈসু অয়াম্বা মতমদা মাত্রা অমা, অনি, অহুম নত্রগা মরিগী তাক্লনি। পৌরপা লৌবা তারবদি বাহৈ অমগা পর্ব্বাঙ্গ অমগা কোম্নবনি। অদুবু ছন্দগী মতুং ইন্না বাহৈ অনি নত্রগা অহুম্না তিন্নরগা শেম্বা পর্ব্বাঙ্গ য়াম্না য়াওরি। মথক্কী খুদম অসিদা বাহৈ অমগী অমম্তুং অনিগী পর্ব্বাঙ্গগী মশক উৎলি। মণিপুরী লোনগী মশক কুপ্না য়েংলুরবদি বাহৈগী মরক্তদি অয়াম্বনা মাত্রা অমমমগী তাক্লনি—খুদম, "থক", "চা", "পি", অসিনাচংবা। মসিদা বিভক্তি কয়া হাপচিল্লগা অমম্তুং বাহৈ মচেৎ কয়া মাওদা তুংদা তোপশিল্লগা মাত্রা কয়ামরুম য়াওবা বাহৈগী মশক ওল্লকই।

(খ) মণিপুরীদা মাত্রা ৬ অমসুং ৭ কী পর্ব্বনা খ্বায়দগী হেন্না য়ান্না তোয়না শিজিন্নৈ হায়বা তাই। মাত্রা ৭ অসি অমুক স্বরবৃত্ত ছন্দগী মওং লৌরকপদা অমুক মাত্রা ৪ অমসুং মাত্রা ৩ গী পদ অনি থোক্না শিজিন্নরকপসু য়াওই। থরনা অমুক অথুবা খোঙচত্তা ২/২ ফাওবগী পদ ওইরকপা য়াই। অচৌবা পর্ব্বশিংদদি মাত্রা ১০ য়ৌনা অমসুং করিগুম্বা ১০ দগী হেন্নবু ওইরকপা পর্ব্ব থেংনৈ।

মাত্রা ২ অমসুং ৩ গী পর্ব্বগী খোঙচৎতি—য়াংই, থুই অমসুং তাবসু ওয়াং ওয়াংই। শ্ব'সাঘাতনা মপুং ওইবা ছন্দদা শিজিন্নৈ। খুদম—

/ / /

তোং | তোং | তোংক্রুপ্পী

/ / /

চক্লক | নাক্লক | চৱাইবী॥

মাত্রা ৬ অমসুং ৭ কী পর্ব্বগী খোঙচৎতি ময়ায়নি—য়ান্নমকসু থুদবা য়ান্নসু ওপতবা। মপুং ওইনা পয়ার ছন্দদা মাত্রা ৭/৭ কী ছন্দ অমসুং লঘু ত্রিপদীনচিংব ছন্দদা মাত্রা ৬/৬ গী পর্ব্ব শিজিন্নৈ।

পয়ার— মিংচৎ হায়বা লহাকপু। অমদম কৈদা লৈথ্রবা॥
তাবেৎ শেঞ্জা তিংদনবা। নওবু করম্ম ফংলসিবা॥

লঘু ত্রিপদী—নোংদম্না বিথ্রিনা। ক্রপনবা শান্দনা
তাইবং মীবু থারকালে।
পুন্সিগী ঈপাক্তা/য়াএগী ঈরৈদা
এথোয়বা ঈরাক্লারে॥

মাত্রা ৯ নত্রগা ১০ গী খোঙচৎতা ছন্দগী ইহল য়ান্না ওপ্পা ঈংনা লেন্না চৎলি। পৎতোয় তোয়না শিজিন্নবদি নত্তে। মণিপুরী ছন্দগী অনৌবা শকফম অমনি।

মতম কুইনগী তুংদা, —৯
লেংশিল্লকালে ইমা মৈত চনু —১০
মৈত সাহিত্য-মন্দির-মনুংদা, —১০
য়েন্দাই থননা লৈ হাপতুনা —১০
কংলুসি ইমাগী খুয়াদা। —৯

মথক্কী খুদম অসিদা "মতম কুইনগী তুংদা" হায়বা পর্ব্ব অসি অক্ষর লোমদা পারবদি ৭ খক্তনি; অতুবু চপচানা পাবা তারবদি রাহৈশিংগী মাত্রা মশকসি ৩+৩+৩ অমুম্না মাত্রা ৯ না পর্ব্ব অসি শাহনবনা হেন্না মওং তাগনি। অমুম্না চিং চিংদুনা পারকপদা মাত্রা মশীং হেনগৎলকপসি মরক মরক্তা থেংনৈ।

করিগুম্বদা মাত্রা ১২ ফাওবগী পর্ব্ব থেংনৈ। থরদি তাউনা থেংনবনি

পুক্লিং লৈকোন্দা শাৎপা লৈরাং হেক্তুনা —১২
লিংজেল মাননবগী লংবা লেংদুনা —১২
থাওবা কনবগী য়েন্দাইদা হাপ্তুনা —১২
কংলুসিনে ইমাগী খুয়াদা - ১০ [কমল]

য়েংগদবা — মণিপুরী ছন্দদা ৪+৩ গী খোঙচৎ অসিনা য়াম্নমক তোয়না শিজিন্নরবসু মাত্রা ৩+৩ গী ছন্দগী খোঙচৎসু থায়নগী শৈশক অমসুং শৈরেংদা থেংনৈ। খুদম হা ও হায়েং থোবীতেং লোইবীতেং। শিনগুডে শাগুডে। চরোইনা খোংদমডে। য়াম্বীনা খোংথোকডে। হুইথৌনা চীকেংডে। কৈরেন্না য়াথোকডে : (নহাইরোল)

মথক্কী খুদম অসিদা চৎলিবা শৈশক্কী ছন্দসি পর্ব খুদিংদা মাত্রা ৬/৮ নি। রাহৈ খুদিংদা মপুং ওইনা মাত্রা ৩/৬ লৈরি।

(২০) থ্রাম্বোকক্কী নিয়ম মওং লোদুনা অমসুং ছন্দগী শক্রফম (pattern) গী মতুং ইনন্না অক্ষর (syllable) গী মাত্রা মশীং লেপপা তাই।

মথক্কী নিয়মশিংদা হায়রিবা অসি খঙনপ্রবনি। মণিপুরী ছন্দদা খোঙ্গোক অমনা মাত্রা অমা লৌবা হায়বা অসি চংনরি। অদু লোম্দা তৌবগুম্না দীর্ঘ ওইবা ময়েক অমদা মাত্রা অনি লৌগনি হায়বা লৈতে। অদুবু দরকারবু লৈরবদি ছন্দগী মতুং ইন্না অক্ষরগী মাত্রাগী চাং অসি শাংদোকপস্যু য়াই ; ভেনশিনবস্যু য়াই। হ্রস্ব ওইবা ময়েক ফাওবা পাবদা শাংদোক্না পাবা য়াই—মাত্রা অমনা অনি ওইরকপা য়াওই। অদুগা অমুক শৈরেং অদুদা অকরুবা মাত্রা মশীংগী ছন্দগী খোঙচৎ অমা লেপপ্রবদি ছন্দ অদু কায়দনবা হোৎনবদা শাংলবা মাত্রাস্যু শমজিনখিদুনা পাবা য়াই অদুগা ব্রাংলম্না মাত্রাগী শককস্যু চিংথোবদুনা মান্নন্না হোৎনরকপা য়াই।

স্বরাঘাত ( stress ) য়াওবা ছন্দদা মাখা মশীং ককশিল্লকপা তোয়না থেংনৈ। স্বরগী শাকৃগা কোন্নবা অকরুবা তাম্বাদা চথরকপা ছন্দগী মশক অদু কায়দনবা ময়েক কয়াবুস্যু শায়জিনখিবা য়াই। অদুগা পাবা মতমদা ব্রাইহে অমবু মচেৎ মচেৎ থুগায়দুনা তোঙান তোঙানবা পর্ব নত্রগা পর্বাঙ্গ শেম্বদি মণিপুরী ছন্দদা কয়া চৎনদে।

(২১) ছন্দগী মশক তাকপা ( ছন্দোলিপি ) মতমদা অহানবা য়েংগদবদি চরণ খুদিংদা মাত্রা চপ মান্নবা পর্বনা শাগৎলিবরা নত্রগা তোঙান তোঙানবা মাত্রা মশীংগী পূনশিন্নবা চরণগী মশক ওইরিব্রা হায়বদু য়েংগদবনি। অসি খঙলবা তুংদা অহানবা পর্ব বিভাগ ( পর্ব্ব খায়-দোকপা ) তৌগদবনি। ব্রাইহেশিং অদু পাখরকপদা অর্থগী মতুংইন্না চাউরাক্না অদুম পর্ব্বগী খায়দোকপগী মশক খঙগনি। মতুংদা পর্ব্বশিংদা মাত্রা কয়া কয়া য়াওরিবগে হায়বদু য়েংগনি। মথংদা পর্ব্ব খুদিংবু অমুক চূনবা পর্বাঙ্গশিংদা খায়দোকদবনি।

অনিশুবা ছন্দগী মশক তাকপা অসিদা অকরুবা মাত্রা মশীংগী ছন্দগী মশক অমা থেংনরবদি দরকারগী মতুং ইন্না অক্ষরশিংবু ভেনশিনবা অমসুং শাংদোক্না হায়বা তাই। খুদম—

থারাংননা ঃ লেপলিউ
মায়য়োক পাশী ঃ থ্রাংবনু
উবন্না দে।
চেংলো মিংকী ঃ মথক্তা
মখুলাই ঃ শিদবদুবু
কদায়নো দে। — কুমদমৈশ

মথক্কী শৈরেং মতেক অসিগী ছন্দগী মাত্রাগী খোঙচৎ অসি ৪/৩ নি-লাইশিনবগী মতেক অসি তোপ্পা থয়গা পাবদসু মতম পুম্বদা ছন্দগী খোঙচৎ অসি কায়হনবা য়াদে। অসিনা "মনু লাই" হায়বসি মাত্রা ৩ ওইবগী মহুত্তা মাত্রা ২+২ ওইহল্লি-থরা চিংনা হায়তুনা অদুগা "শিদবদুবু" হায়রিবা অসিদা য়াওরিবা মাত্রা ৫ অসি শায়জিন্না হায়খিতুনা মাত্রা ৩ ওন্তোকপা তাই।

অসিনা মণিপুরী ছন্দগী মশক তাকপা (ছন্দোলিপি) মতমদা খ্বাইদগী হন্না মক ওইরিবসি শৈরেং অদুদা অকরুবা মাত্রাগী ছন্দ অমসুং কোন্নবা পন্দবনা মপুং ওইনা পুবন্না হায়বসিনি। চুন্নগী খোম্লোক্কী পাম্নেনা অক্ষরগী মাত্রাগী মশীং লেপ্পা ঙমদে—ময়েক্কী অশাংবা (দীর্ঘ) অমসুং অতেনবনসু (হ্রস্ব) মাত্রাগী চপচাবা চাং থঙহনবা ঙমদে।

(২২) পর্ব্বগী অহৌবা শরুক অদুগী মমাংদা অদুগা করিগুম্বদসু মরক্তা ছন্দগী অহেনবা রাহৈগী শরুক (hyper-metric) অমা নত্রগা অনি হাপচিনবা য়াওই। মখোয় অদু ছন্দগী মশক লেপ্পদা য়াওরোই।

(ক) পাঙুরিবী লৈপাকৌলনি। মথনতগী মথৌনানা
হে পাথংশা! থ্রোওইদবা তোংগবু। পাকল শোনবীনি হায়দুনা
—কমল

(খ) অদুগা—

পাম্মুবী কাওরবরা অদুডু
কোগে মোইরাং হরাওডু
চৌংখুবগী মঙোমলোই
অমত্তা পোকপী থাদোইনা
শাবী মৌল লাংবগা
লাংম্মিননবা লৈরাংদা
লৈরাং লফম কায়দরি

শাংলিদো—সমরেন্দ্র

মথক্কী খুদম অনি অসিদা "হে পাখংশা", "অদুগা", "শাংলিদো" হায়বা অহুম অসি ছন্দগী অহেনবা শরুক (hyper-metric) নি।

(২৩) ছন্দগী মশক পুথোকপা (scanning) মশক অমনিদং খুদমগী মশক ওইনা মথাদা পীরি। খুদম (:) অসিনা পর্ব্বাঙ্গগী মশক তাকপনি খুদম (।) অসিনা পর্ব্বগী মফমনি অমসুং খুদম (॥) অসিনা অরোইবা খণ্ডনবনি।

ইরিপাক : ইরিপাক। উজ্জ্রি : নংগুম্না
নংগুম্না : বুংশিবা। পুকনিংগী : পেননবা॥
লোংপোক্কী কোরৌ : খোংথাকম। ভারতকী শক্তি : লংদাইফম
প্রকৃতি : ইমাগী : নুংঙাইবা : শাননফম।
চাকলবা : থম্মোই। তরাবা : কোকনফম॥ দরেন্দ্রজিৎ

মথক্কী খুদম অসিদা পর্ব খুদংদা মাত্রা ৬ (৩+৩) গী ছন্দনা মপুং ওইনা লৈরি। পর্ব্বাঙ্গ অমদা মাত্রা ৩ না শারি। অহুমশুবা পরেং অসিতদা মাত্রা ৮ (৫+৩) গী পর্ব্বগী খোঙচং অমতং থেংচল্লি অদুবু মপুং ওইনদি ছন্দ অসি মাত্রা ৬/৬ গী পর্বগী ছন্দগী খোঙচংনি। হায়না লৌগনি। ছন্দ অসিদা থোইদোকপা মাত্রাগী চিংথোক চিংশিন লৈতে। ময়াম ওইবা লয় (মধ্যলয়) দা পাগনি।

খুদম অমগা অমুক য়েংসি—

থাপনা উরিবা চীং অসি | ওয়্যাক্ ফাজদা
নোঙা পুরিং ছুনা | নিংথিদা।
ঈংনা লিক লিক ' লাউইদা।
শংবানবা অতিয়ামকপুসু | নঙ্কংলিদা॥

—কমল

মথক্কী খুদম অসিদা চৎলিবা পর্ব্ব অমসুং পর্ব্বাঙ্গী মাত্রাগী শরুক অসি ইয়ান য়াম্নরে। "থাপা উরিবা চীং অসি" হায়বা পর্ব্বদা মাত্রা ৮ অমসুং "শংবানবা অতিয়ামকপুসু" হায়বা অসিদা মাত্রা ১০ অমসুং অতোপনা মাত্রা ৬, ৫ অমসুং ৩ গী ফাওবা য়াওনা পর্ব্ব অমমম শরে। অসিমকপু ছন্দগী মওং অমদি কায়দনবা অহৌবা পরেংগা অরোইবগা চাউরাক্না মান্নবা অমসুং মযায়গী পরেং অনি অসিমা মান্নবা চৎনবা হোৎনবগুম্বা মওং অমমু উরি। মাত্রা মশীংদা চপ চপ মায়ত্রবসু হায়দোকপগী ছন্দ অমদি নকশিন্নবগুম্বা অমা থেংনরি। ছন্দমক্কী থোঙ-চৎসু থরা চীংলেম্না ঈংনা চৎপনা মাত্রা ৩ অমসুং ৬ কী পর্ব্ব য়াওরবসু মাত্রা ৮ অমসুং ১০ না মপুং ওইনা পুতুনা চৎলি। মথক্কী খুদম অসিসু থরা কুপশিন্নকপা মণিপুরী ছন্দগী মশক্কি। অসিমকসু অমুক মাত্রা অসি থরা চি থোক চিংশিন তৌরবদি নাকোংদা তাবদা অমুকসু হেন্না মুংঙাইগনি—

॥ ০ ০০০ ০০ ০০ ০ ০ ০ ০ ০ ০

থাপনা উরিবা চীং। ওয়্যাকনাঃফাজদা।=(৬+৪)+(৬+৬)

০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০

নোঙাঃপুরঙিং ছুনা। নিংথিদা।=(২+৪)+৩

০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০

ঈংনাঃলিক লিক। লাউইদা।=(২+৪)+৩

০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০

শংবান্নবাঃঅতিয়ামকপুসু। নঙ্কংলিদা॥=(৪+৬)+৪

য়েংগদবা ঃ—খুদম (।) অসিনা মাত্রা অনি খণ্ডনবনি ; খুদম (॰) অসিনা মাত্রা অমা খণ্ডনবনি। ম্নাক্তৈগী মরক্তী খুদম (:) অসিনা পর্ব্বাঙ্গগী মশক তাকপনি।

মথক্তী অসুম হায়না ছন্দগী মশক তাক্লবদি পাবদা খবা হেন্না ছন্দগী চুনবা মশক থেংনগনি। মরম অসিনা ঐথোয়না খণ্ডগদবদি ছন্দগী চুনবা মশক থেংনগনি। মরম অসিনা ঐথোয়না খণ্ডগদবদি করিগুম্না অকক্কনবা নিয়ম অমগী মতুংইনবা অক্ষরগী মাত্রা অসক ওইগনি হায়বা আপপ্পা লৈতে ; পীরিবা ছন্দ অদুগী মতুংইনবা মাত্রাগী মশীং ক্রোননা লেপকনি। মসি মণিপুরী ছন্দগী কাউবা য়াদবা মশক অমনি।

চরণগী লয়

(২৪) মথক্তা ছন্দগী খোঙচৎ (গতি) গী মতাংদা খরা নৈনখ্রে। অসিগুম্বা খোঙচৎকী মতুংইন্না অক্ষরশিনা চরণ অমদা পুনশিল্লকপনি। অসিনা মণিপুরী শৈবেংদা পাবগী খোনহায়গী ( উচ্চারণ ) মশক্তা কুপ্পা য়েংশিনগদবনি

অমুকসু অক্ষরশিংগী খোঙ্খোক্তসু নত্তনা চরণ খুদিংগী তোপ-তোপ্পা লয় অমা লৈতে। অসিগুম্বা লয় অসি তাননবা তোঙান-তোঙানবা ময়েকশিংগী মতাং চানা লৌশিনবা অমসুং লৌখোকপা দরকার ওই। মদু মশানা অতুম শৈবেংশিং অতুদা য়াওজরকই।

চরণগী লয় মখল অহুম্নি—দ্রুত ( অথুবা ) ধীর ( অতপ্পা ) অমসুং বিলম্বিত ( য়াম্নমক চিংনা তপ্পা চৎপা )। মণিপুরী ছন্দগী অয়াম্বা মশক্তি দ্রুত অমসুং ধীর লয়দনি ; বিলম্বিত লয়গী মশক পঙনা থেংনদে। অদুবু ইয়াও য়াওদবদি নত্তে। খুদম খরদং য়েংসি :—

(ক) দ্রুত লয়গী চরণদা হন্না হন্না স্বরগী যুজিনবা (accent) অমা য়াওই। মসি থোক্লবা হায়দোকপদা থুনা থোক্তদবা অক্ষরগী মতেং লৌই অমসুং পর্ব্বগী মাত্রা মশীংসু য়ামহন্দে। খুদম —

/ /
মোং ও | চুপ্পারো
/ /
লাংজিং মতোন থুমহৎলো
/ /
পাশোয় মুন্নাবী | তাউথারো
/ /
উনম পাগ্রং | খুঞ্জারো —নোংলাউ ঈশৈ

(খ) ধীব লয়গী চরণদা অক্ষরগী খোম্লোক্তা ময়ায় ওইবা চাংদা চংলি। অসিগুম্বা চরণদা উচ্চারণ তৌবা অক্ষর পূমমক চুম্নগী ভাঙন শানবদা তৌবা মওংগা মান্নবা (স্বভাবমাত্রিক) লঘু অমসুং গুরু অক্ষর শীজিন্নৈ।

চেষ্টুরি মতমগী ঈচেল। অপনবা লৈতনা॥
রাত্তনা মতম্নগী লোক্তুগী। ঈরম কয়া ওইনা॥
— নবদ্বীপচন্দ্র

(গ) মণিপুরী ছন্দদা চপচাবা নিয়ম অমগী মতুং ইন্না বিলম্বিত লয়গী চরণদা লঘু অমসুং বিলম্বিত অক্ষর শোয়দনা লৈগনি হায়বা নিয়মদি লৌত্ত অদুবু অক্ষরগী খোম্লোক্তা চিংনা লেম্না অমসুং ঈ.না হায়বা মশক থরা য়াওবা চরণ থেংনবনা মখোয় থরসি বিলম্বিত লয়গী চরণনি হায়না লৌবা য়াই। খুদম—

লৈ খিননবগীদমক্তা।
নাত্তে। অথাপপা উমংদা চৎকদবা॥
নাত্তে। অরাংবা উপাল ক্রাগদবা॥
ইনক নক্রপদা। খুৎনা লাম্না ক্ষংবা।
থিরুসি পুকনিং লৈরোক্নদা॥

মথক্কী চরণশিং অসিদা অক্ষরশিং অসি হায়দোকপদা ঈংনা অমসুং চিংনা মচা তানা উচ্চারণ তৌবগুম্বা অমা থেংনগনি। অতুনা চংলিবা

গতি অসিনা ভাঙন শানবদা চৎলিবা ছন্দগী থোঙচন্তগী খরগা হেন্না তপনা চৎলি। অসিনা বিলম্বিত লয়গী চরণশিংনি হায়না লৌবদা থোইনা কায়দে।

## চরণ ( Verse )

(২৫) পর্ব্বদগী হেনবা শাংবা ছন্দগী বিভাগকী মশক্রপু চরণ ( Verse ) হায়না প্রঙনৈ। অয়াম্বা মতমদা চরণ খুদিংমক ভোগান তোঙানবা পরেং (line) অমমমদা ইনৈ। করিগুম্বদা চরণ অমবু পরেং কয়াদা শেমদোক্লনা ইবা থেংনৈ। খুদম ওইনা হায়রবদা ত্রিপদী ছন্দদা চরণ অমবু পরে অনিদা ইরি ভশেংবদি পরেং অমিমক চরণ অমতগা শরুক্তি। অসিগুম্বা পরেংগী অরোইবদা মতেক ওইনা লেপ্পগী খুদম কোমা ( , ) সেমিকোলন ( ; ) নচিংবা হাপই অমসুং অরোইবা খঙনবা চৈথৈ ( । ) দি হাপভে।

চরণ খুদিংমক্তা পর্ব্ব খরা অমসুং অরোইবদা চৈথৈ ( । ) হাপই। চরণগা শককম অদুগী মতুং ইন্না ছন্দগী মশক ( pattern ) অদু চপ চানা থঙবা ঙমই। পর্ব্বগী মশীং অসি চাউরাক্লা অনি, অহুম নত্রগা মরি কাওবা রোই। করিগুম্বদসু পর্ব্ব অমতনা মপুং ফাকাত্তবা চরণ অমা শারকপসু থেংনৈ। অদুবু অসিগুম্বা চরণ অসিদি করিগুম্বা মথং অমগী স্তবক ( stanza ) থোকহল্লকপদা চঙলকপনি। পঞ্চপদী (পদ মঙা চংপী) চরণ ফাওবা মণিপুরী ছন্দদা থেংনৈ; যাম্নমক ভোয়না শীক্তিন্নবদি নত্তে। করি করিগুম্বদসু ভাবকী কোংদোকপগী দরকার মতুংইন্না অকক্লবা পদ মশীং ইন্দনা পর্ব্ব ৬ নত্রগা ৭ . অমসুং অসিদগীসু হেনবা পদ মশীংনা চরণ শাবা থেংনৈ। অদুবু নিয়ম অমগী মতু ইন্না চত্থদবনা অমসুং শাংনিংবদা শাংদোকখিবগুম্বা অমা থেংনবনা পর্ব্ব অদুকী চরণ মখলনি হায়না লেপ্পদা লুই। অসিনা চাউরাকনা পর্ব্ব নত্রগা পদ মঙা কাওবগী চরণ অসি ফাওবদং লৌবনা খুদোং চাবা ওইগনি।

(মথক্তা পর্ব্ব অনিগী (পয়ার), লঘু ত্রিপদী, চৌপদী অমসুং পঞ্চপদীগী মশক অমসুং খুদমশিং নৈনগ্রে। মতু য়েংশিল্লগা চরণশিংগী মশক অমা কূপশিন্না খঙবা ঙমগনি)

**স্তবক ( Stanza )**

(২৬) অকল্লব। নিয়ম অমগী মতুং ইন্না চরণশিং পূনশিন-নরকপগী মশকপু স্তবক (Stanza) হায়না খঙনৈ। অয়াপ্পা মতমদা মমৈগী না-পু ভাবা মান্নবা অমসুং কোংদোক্লিবা ভাব অতুগী লোইশিনবা অমগী মশকনা ( Stanza ) গী মশক লেপই। মমৈগী না-পু ভাবা মান্নবগুম্বা চরণ অনিনা স্তবক অমা শাবা চংনৈ। মথক্তা পীথ্রিবা খুদমশিংসু অমুম্না চরণ অনি অনিনা স্তবক অমা শাবা থেংনগনি। অতুবু হৌজিক্কী সাহিত্যদদি চরণগী অরেপ্পা মশীং অমা কক্তনা পাংবা মশীংগুম্বদা মান্নহন্নবা হোংনবা মওং কয়ামুকসু থেংনৈ। স্তবক খুদিংদা চরণগী অরেপ্পা মশীং কক্তে; করিগুম্বদা অনি, অহুম নত্রগা মরি ফাওবা য়াওহল্লি—দরকার লৈরগসু চরণ অমনা স্তবক অমা শাদে। ককপসু য়াওই। খুদম অমত্তং য়েংসি—

কদায়দা লৈথ্রে ইমা!
কেতকীগুম লৈনম চাউরপ্পী!
নংগী পোম্মশাংনবা মতমদা,
ভাওথংলকপা নচাশিংনা,
শাননরম্বা মনিং মথা তৌনা।
কদায়দা লৈথ্রে ইমা।

থংলবা অহিংদা থোংলকপা,
বাঁশীগী খুংসিরবা থোঞ্জেনগুম্না,
'ইমা লাকলে' হায়না কৌবদা
চেনশিল্লকপদা নুথোং থম্নাল তম্না,
পুকচেল অমত্তা ওইনা তিন্দুনা
'অমুত্ত থকলগে, হায়দুনা। —কমল

মথক্কী (stanza) অনি অসিদা অহানবগী অসিদা য়াওরিবসি চরণ ৩ নি হায়না লৌবা য়াই - অহৌবা অমসুং অরোইবগী ' কদায়দা লৈংখ্রে ইমা" হায়বা অনি অসি চরণ অমমম্নি হায়না লৌবা য়াই। অনিশুবা stanza অসিদদি পরেং তরুকমক অসিনা চরণ অমা শারি অমসুং চবণ অমগা স্তবক অমগা চপ মান্নবা চংমিন্নরি। অস্থুম তৌনা মণিপুরী ছন্দদদি অয়াম্বা শৈরেংগী চরণ অমসুং স্তবক্কী মশক কুপ্না য়েংবদা চবণ মশীং অকরুনা থম্বগী মতুত্তা স্তবক খুদিংগী পরেং মশীং মান্নহন্নবা হোং-নবনা হেন্না মপূং ওইমা থেংনৈ পরেং মশীং চপ চপ মান্ননবা হোংনবা stanza গী মশক্তি তোয়না থেংনৈ। অকরুবা চরণ মশীংনা stanza অমমম শাননবদি থেংনববুদি ফনা য়াম্না থেংনৈ। অদুবু মসোমদা করা য়েংশিল্লি হায়না লৌবদা খরা লুই। মায়কৈ অসিদা মণীপুরী ছন্দগী তোপ তোপ্পা নীংতম্বগী মশক অমা থেংনৈ হায়না লৌবা য়াই।

মমাংঙৈদদি স্তবক অমগী মনুংদা লৈবা চরণশিংগী মশীং মান্নবদসু নত্তনা পর্ব্বশিংগী মশীং অমসুং মশকসু মান্নরমই। হৌজিক্তি নীংতম্বা যাম্না থেংনরে (স্তবক অমসুং চরণগী কুপশিন্না নৈনবা মশক্তি মখাগী "স্তবক অমসুং চরণ" হায়বা মতাংদা য়েংউ)

## মিত্রাক্ষর (Rhime) অমসুং অমিত্রাক্ষর ছন্দ

মথক্তা ঐখোয়না থেংনখ্রে—মণিপুরী ছন্দদা যাওরিবা চরণশিংগী অরোইবদা অমসুং করিগুম্বদা মরুকসু য়াওরিবা পর্ব্বাঙ্গশিংগী অরোইবদা না-পু তাবা মান্নবা (মিত্রাক্ষর)। মণিপুরী সাহিত্যদা কুনশুবা খৃষ্টগী শতাব্দীগী হৌগংলকপদা ইরুকপা শৈরেংশিংদা হায়রিবা না-পু তাবা মান্নবগী মশক অসি খরা কুপশিন্না ঙাক্না চৎনবা হোৎনৈ। খোইদোক্সু চাউবা, নবদ্বীপ, কমল, দরেন্দ্রজিৎ অমসুং অঙাংহলনচিংবগী শৈরেংশিংদা হায়রিবা মিত্রাক্ষরগী শরুক অসি নীংথিজনা ঙাক্নবা হোংনৈ। থায়নগী শৈরেংশিংদসু য়াওদবা নত্তে, অদুবু চপ চাবা পন্নারগী মশক অমা

তাহন্না পুথোকপগী শরুক্তি থরা ৱাংলি। চরণগী অমস্থং স্তবক (stanza) কী অশাংবা অসি নীংতম্না শীজিন্নবগী খুদম কয়ামুক থেংনবনা হায়ৱিবা মিত্রাক্ষরগী মশক অসি মনুংহুন্নদি চেল্লবস্থু ফোংনা হেক য়েংবদা ময়েক শেংনা উবা হায়বত্থু থরা ৱাংনা উই। অদুবু ঈশৈ ওইনা শকপগুম্বনা মপুং ওইবনিনা মমৈগী না-পু তাবা অসি মান্নত্রগস্থু নাকোংদা চঙলকপদা থুম্না থোক্কে। থায়নগী শৈরেংগী খুদম অমনিদং য়েংসি—

(ক) চীংঙু খোইমোম্ন লাইবিংথৌ
হৈনুং ঙাল্লে য়াওল্লে,
হাওৱ নোংপোক পাংবদা
সনা চীংদোম্ন পোক্কগী
মশেক মঙাল লোয়নবা
মঙাং গুরু চাকৱায়াৱ।
কোৱৌ নোংদোল ঙাল্লকলে। —য়াকৈবা

(খ) জয় য়াইফৱেন য়াইফথোইবা
ৱঘুবংশ শাগৈ পূম্নমক্কী
লাইপক থেল্লাই থোঙ্ফা
শীংলেন চন্দন লৈবু ওইনৱিবা
চীংঙু লীকলাং সুমেরু
দশৱথ নিংথৌ মপারি
দাশৱথি-অহেনবা
পলেম্ন মমা পোকন্নাবী
সতী কৌশল্যা অহেনবীনা
আনন্দ মুংঙাইনবা। —কৃত্তিবাসী রামায়ণগী মতাং অমা

(গ) খিং খিং লৌজসে
পানা লৌজসে।
য়াওরোদগী শঙাইনা
মচী কেক্রু থোক্তুরি
মনা হুমাই শাদরি। —লাঈপাখং লাঈমুরাগী পাউরোশে।

মথক্কী খুদম অহুম অসিদা অহানবগী শৈরেং অনি অসিদদি মিত্রাক্ষরগী শরুক অসি কন্না ঙাক্তুবা উরি—ছন্দগী ঈচেল অসি মাত্রা ৭/৭ কুম্বগী মপুং ওইনা চৎপা থেংনরি। অদুবু না-পু তাবা মান্নবগী মশকস্তু ইয়াও য়াওদবদি নত্তে। মপান্দা ময়েক শেংনা য়াওদবতনি। অহুমশুবা খুদম অসিদদি মিত্রাক্ষর অসি ময়েক শেংনা য়াওরে। অসুম ভৌতুনা থায়নগী ঈশৈ ওইনা শরুরম্বা কয়াদা না-পু ভাবা মান্নহনবা অসি তোয়না থেংনৈ।

কবিতাগী থরায় ওইরিবদি ছন্দনি—মিত্রাক্ষর অসি নত্তে। তোঙান তোঙানবা ম্বাহৈশিংনা পুনশিন্নরকতুনা চরণ অমদা থোকহল্লিবা ছন্দগী মশক অমস্তুং ইহুল (Rhythmic pattern) অদুনি মপুং ওইরিবদি। ছন্দগী ইহুল অদুবু কায়দ্রিমখৈদি নাকোংদা তাবদা থুম্না থোকনি অমস্তুং অতাবদা রস পোকহন্দুনা শৈরেংগী মশক লৌগনি। অদুবু না-পু তাবা মান্নহনবা অসিমস্তু ছন্দ অদুগী মশক থোকহল্লকপদা দরকার ইরৈ লৈতবদি নত্তে; মিত্রাক্ষর যাওদ্রেগস্তু শৈরেং ইবা য়াই; অদুবু য়াওরগনা হেন্না ফজনা শৈরেংগী মশক থোকই হায়বসিমদি মণিপুরী শৈরেংশিংনা চপ চানা প্রমান তৌরি। না-পু তাবা হেক মান্নহল্লগা শৈরেং ওনবদি নত্তে— মিত্রাক্ষর হায়বসি তশেংবদি লৈতেংগী মশক্কি। অদুবু লৈতেং অসি য়াওবনা কবিতাগী মশক ফজবা হেক্কৎহল্লি অমস্তুং নাকোংদা য়াম্নমক থুম্না থোক-হল্লি হায়বসিমদি শোয়দবনি। অসিগুম্বা না পু তাবা মান্নহন্দবা ছন্দগী পুম্নৌ নৌবা মশক অমা পুশিল্লম্বদি বাংলা সাহিত্যগী অমিত্রাক্ষর ছন্দ

পুথোক্লম্বা কবি মধুসূদন দত্তনি। মহাক্কী শৈরেংগী অনুবাদ তৌদুনা মণিপুরী শৈরেংদসু ছন্দসিগী মওং অমা পুশিল্লকুবা হোৎনখি। মসিনসু কুপশিন্না য়েংশিনবা য়াবা মশক অমনি।

অমিত্রাক্ষর ছন্দগী মশক্তি মথক্তা নিংথিজনা নৈনখ্রে। মসি তোপ তোপ্পা ছন্দগী মশক অমনি মিত্রাক্ষর ওইদ্রবগা হেক্তা অমিত্রাক্ষর ওইবা নত্তে; পয়ার জাতিগী ছন্দদা না-পু তাবা মাম্নহন্দ্রগা হেক্তা অমিত্রাক্ষর ছন্দ ওইদে। মসিনবু ওইবা য়ারবদি থায়নগী মণিপুরীগী পেনাগী ঈশৈ কয়াসু ছন্দ অসিদা ইরমই হায়বা তারে না-পু তাবগী কয়া চেকশিল্লমদবনা। অদুগা অমুক পয়ার জাতিগী ছন্দগী মওংদা চন্দ্রবসু হায়বদি অক্ষর ছন্দগী স্বর বৃত্ত নত্রগা মাত্রা বৃত্ত ছন্দদা ইরম্লবসু অমিত্রাক্ষর ছন্দ হায়বসি ওইথোক্লোই।

মধুসূদনগী অমিত্রাক্ষর ছন্দগী মপূং ওইরিবা য়াকমদি— ছন্দ অসিদা অর্থগী কাংলুপ অমসুং ছন্দগী কাংলুপ অনি অসি পুন্না চৎমিন্নদবনি হায়বদি যতিনা ছেদকী মতুং ইন্দবনি। যতিগী খোঙচৎ অমদি কায়দনা অদুম চৎলগা ছেদকী হায়বদি অর্থগী খোঙচৎকী লেপকমদি তুরেনগী ঈচেল-গুম্না চেন্নিবা ইচল অদুগী মতুং ইন্না লেপনিংবা মফমদা লেপই। করিগুম্বদা শাংনা চেন্থে; করিগুম্বদা তেম্না লেপথোকই— অরেপ্পা লেপফম লৈতে।

অদুবু অসিগুম্বা ছন্দ অসি মণিপুরী শৈরেংগী য়াম্নমক চৎনরকপা মশক অমা হায়বদুদি ওইরকত্রি। হান্নগী ছন্দগী খোঙচৎ অমসুং মপূং ওইনা ছেদকা যতিগা পুন্না চৎমিন্নবা অদুনা হেন্না চৎনরি। অনৌবা শৈরেং থরদা মুক্তক ছন্দ ( Free Verse ) অমসুং গদ্য ছন্দ (Prose Verse) গী মশক লৌরকপা অসিনা মও অমনি। অমিত্রাক্ষর ছন্দ কৌবা য়াদে মরমদি পয়ার ছন্দগী মাত্রা ৭/৭ কী খোঙচৎ য়াওদে অমসুং অরেপ্পা লৈতনা চেন্থরকপা অর্থগী ইচলগী শাফু অদু যতিগী শক্তিনা কাজিন্দুনা থম্বা অদু থেংনদে অসিনা মণিপুরী শৈরেংদদি অমিত্রাক্ষর ছন্দ হায়বসি চপ চানা চৎনরে হায়বা য়াদ্রি।

———

# চরণ অমসুং স্তবক

মথক্তা মণিপুরী ছন্দগী মতাংদা থঙফম থোকপা থরা লৈনে। মণিপুরী ছন্দগী মপূং ওইবা মচাক্তি—পর্ব্ব অমসুং মাত্রা মান্নবা নত্রগা চাউরাক্লা মাত্রা মান্নবা পর্ব্বশিংগী পুনশিনবা চরণ অমসুং চরণশিংনা শাগৎলকপা স্তবক (stanza) অসিনচিংবা অসিনি। সংস্কৃততসু অসিগুম্বা ছন্দশিংগী তোপ্পা তোপ্পা মমিং লৈরি—অনুষ্টুপ ত্রিষ্টুপ, ইন্দ্রবজ্র, স্রগ্ধরা মালিনী, মনদাক্রান্তা অসিনচিংবা। মণিপুরীদসু চাউরাক্লা মমিং থোন্নরি—পয়ার, ত্রিপদী চৌপদী অসিনচিংবা মমিং থরা অনৌবা সাহিত্যগী হৌগৎলকপদগী মমিংশিং অসি চংনরি। মতাং অসিদা লোনগী শক্তমগী মতুং ইন্না অমসুং মন্নুংগী নকশিন্নবা থরনা বাংলা অমসুং মণিপুরী ছন্দগী মমিং মথানচিংবদা মান্নবা থরা লৈ অসিগুম্বা ছন্দশিংগী মন্নুংদা অয়াম্বনা খঙনবা থবা মথাদা খুদম ওইনা নৈনরি।

পয়ারদা চরণ অনি অমসুং চরণ খুদিংদা পর্ব্ব অনি লৈ। অহানবা পর্ব্বদা মাত্রা ৭ অমসুং অনিশুবদসু মাত্রা ৭ লৈ। অয়াম্বা মতমদা চরণ অনিগী মনৈগী না-পু তাবা (মিত্রাক্ষর) মান্নে।

মিংচৎ হায়রবা নহাকপু। অমদম লৈকদা লৈথুবা
তারেং শেঙ্গা তিংদুনা। নঙবু করম কংসিবা॥ —অঙাংহল

লঘু ত্রিপদীদা অযাম্বা মতমদা মিত্রাক্ষর ওইবা চরণশিং অমসুং চরণ খুদিংদা পর্ব্ব ৩ লৈ। মাত্রাগী মশক্তি—৬+৬+৯ নত্রগা ৬+৬+৭ ওই। খুদম অনিদং য়েংসি—

(১) ওসিদি পুন্সিগী। আনৌবা ঈতেন্দা। অনৌবা ঈথক্রা হৌরকলে।
রাথলগী ঈপাক্তা। অরাংবা ঈরৈনা। পূকনিংবু থুঙ্গংনা
ক্রারকলে॥ —চাউবা

খুদম অসিদা চৎলিবা মাত্রাগী চাংসি—৬+৬+৯ নি।

(২) লোংদম্ন। বিথ্রিনা। কপনবা শীন্দ্ না। তাইবং মীব্ থারকালে॥
পুন্সিগী ঈপাক্তা। 'রাবগী ঈরদা। এখোয়না ঈরাকনরে।

—চাউবা

খুদম অসিদা চৎলিবা মাত্রাগী মশংনা মাত্রা ৬+৬+৭ নি।

দীর্ঘ ত্রিপদী ছন্দগী মাত্রাগী মশক্তি ৭+৭+৭ নত্রগা ৭+৭+৮ নি। মণিপুরী রাহৈ পোংন্তাক্তা মাত্রা ৭/৭ কী কল্লবা মওং অমা লৈবনা বাংলা ছন্দগী দীর্ঘ ত্রিপদীগী অরেপ্পা মাত্রাগী থোংচৎ ৮+৮+১০ অসি মণিপুরী ছন্দদা লৈতে হায়না লৌবা তাই।

(১) ইমুং শোরা তৈরকালে চাংথ্র ফিদুপ্পা কুল্লকালে
ক্লাক্কী লামবাউনা শীনথরে।
খুনগী লৌরাং শূবনা যম্পোৎ লাক্কোন পান্দ্ না
লৌব্ককী মায়াকৈ তমথরে। - চাউবা

মথক্কী খুদম অসিদা চরণ অমি অসিদা মিত্রাক্ষর লৈ মাত্রাগী চাং—৭+৭+৮ নি অতুগা অয়াম্বা ত্রিপদীগী খুদমশিংদা অহানবা পর্ব্ব অমি অসিদম্ মমৈগী না-পু তাবা মান্নবা (মিত্রাক্ষর) লৈ।

লঘু চৌপদীগী মাত্রাগী মশক্তি ৬+৭+৬+৭ নত্রগা ৭+৭+৭+৭ নি হায়না লৌবা য়াই। বাংলাগী লঘু চৌপদীগী মাত্রাগী মশক ৬+৬+৬+৫ অসিদি মণিপুরী ছন্দদা পঙনা থেংনদে

(১) শজিক এনানৌ কান —৬
হানৌ লেং-লেং হাওবনা—৭
য়ালেম লৈমায় থক্তা —৬
তিকোই পূমথাও লোল্লকালে—৭
—লৈরোন তোংখা শৈহৌ

(২) থাইনগী লৈবাং অন্নষবা — ৭
মলল ঙলল লৈবুংশি — ৭
লৈবাংবিমবা লৈভবনা — ৭
লৈম নিংথৌ য়োদ্রেদো ! ৭ — চাউবা

দীর্ঘ চৌপদী হায়বসি অনৌবা সাহিত্তাদা চঙলকপনি। মাত্রাগী মশক্তি অরেঙ্গা লৈতে: থরা মনীংতন্না চংলি। মাত্রা ৮ অমস্তুং ৯ না খুজিং ওইতুনা অমস্তুং করিগুম্বদা ১০ ফাওবা য়োনা অমস্তুং অতুদগী হেন্না চংলি।

অথাপা মীরবাক্তা লৈদুনা
ব্রহ্মপুত্রগী তোর্বানদা লেপতুনা
পোক্লফম লমদমদা মায় ভনদুনা
চেং থোইদিং কংচরি ইমাগী খুয়াদা।

লোৰীযু ইম্না খুংথেংবনা,
মিংকী পি মরীক মরীক্তা লোয়নবা,
ঈশিং খুজোক থনবা শোক্তুনা
কংচার ইমাগী খুয়া থম্নানদা। —কমল

মথক্কী চরণ অনি অসিদা মমৈ তাবা মান্নবা (মিত্রাক্ষর লৈরি। অদুবু চাউরাক্কা মান্নহনবতনি। কুপশিন্না য়েংলবদি অকোংবগী চরণ অসিদি অনিথোক্লা লৈরি হায়বস্তু য়াই অদুবু চংলিবা ছন্দগী মপুং ওইবা মশক য়েংলুরগদি দীর্ঘ চৌপদী ছন্দগী মশক লৌই। পর্ব্ব খুদিংদা চংলিবা মাত্রাগী চাংস্তু মাত্রা ৯, ১০ অমস্তুং ১১ দা চংলি। অসিনা ঈংনা লেম্না চিংনা হায়দা ছন্দগী মশক অমা নাকোংদা ফাওক্লি। বাংলাগী দীর্ঘ চৌপদীগী অকক্লবা মাত্রা মশীং ৮+৮ : ৮+৭ অদু মণিপুরী ছন্দদা চংলি হায়বা য়াদে।

মণিপুরী ছন্দদা পদ মঙা মঙানা চরণ শাবা থরস্তু চংনরক্লে অমস্তুং হান্নগু লৈবমই। মথোয়সিবু পদ মঙা চংপী (পঞ্চপদী) হায়না মিংগৌবা য়াই অসিগুম্বা পঞ্চপদীদা মাত্রা মশীংগী অকক্লবা অরেপ্পা মঙং লৈতে।

বুম্বিৎ থ্রা অপুন্নবা
নয়াথংং তুংইন্না
মাগী মাগী শিন্থা থৌরিবা
পাঙথিবা কয়াদা
নংনা জয়বু ওইয়ু।
মৈ-ঈশিং-নুংশিংনা,
নয়াথংং পুদুনা,
তেংবানগী নুংঙাইবা শিন্নিবা,
হুন্নাওদি হুন্নাওনা
নংনা জয়বু ওইয়ু। —মীনকেতন

মথক্কী চরণ অনি অসি মিত্রাক্ষরনি– পঞ্চপদীনি। মাত্রা ৬ অমসুং ৭ কী চাংদা তিন্নরি।

হৌজিক্তি মথক্কী অসুম্না অককনবা ছন্দ খরা ইনবত্তু তোক্কনরক্লে। কবি খরদি পয়ার অমসুং ত্রিপদীগী নিয়মচিংবা ঙাক্না চংনবা হোৎনরি। অসিমকপু অয়াম্বা কবিশিংদি মথল মথলগী চরণগী শকক্ম অমসুং চরণশিংগী পূনশিল্লকপা স্নবক্কী তোঙান তোঙানবা মশক পুথোক্লরক্লি। মতমগী লাক্লিবা থম্মোইগী ইহুনবু থায়নগী ছন্দগী মশক খরা অসিনা ফোঙদোকপদা ফাজিন্দুনা থম্বগুম্বগী ভাব অমা য়াওহ্রা হায়না খন্দবা ওমদে। অসিনা খরগা হেন্না বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা ছন্দগী মশক লেপ্পদি মপুং ওইনা পুরিবা মাত্রা মশীংগী মতুং ইন্না চরণশিংগী মশক লেপ্পবা হোৎনবনভুম হেন্না ফিবম অমা তাবা য়াই। অসিনা মাত্রা ৩ অমসুং ৪ গী ছন্দ, ২ অমসুং ৩ ছন্দ, ৬ কী ছন্দ নত্রগা ৭ কী ছন্দ হায়দুনা ছন্দগী মথল থায়বনভুম হেন্না খুদোং চাবা ওইরগনি।

# চরণ

**মাত্রা ৪ অমসুং ৩ গী ছন্দ**

(ক) পর্ব্ব অনিগী / /

মোং ও। চুথারে। = ৩+ ৩ নত্রগা ৪+ ৩

/ /

লাংজিং মতোম। থুমহৎলে। = ৪ ৩

খরগা অমুক্তা মথক্কী স্বরাঘাত (Stress) কী খোঙচৎ অসি অমুক থুজিল্লক্রবদি মাত্রা ২ অমসুং ৩ গী ছন্দ ওইহল্লকপা য়াই

খুদম / / /

তোং। তোং। তোংদ্রুল্লী = ২ + ২ + ৩

/ / /

চক্লুক। নাক্লুক। চরাইবী = ২ + ২ + ৩

মথক্কী খুদম অসিদদি পর্ব অহুমগী ছন্দগী খোঙচৎ ওইরে।

পর্ব তরুক্কী —

/ / / /

হয়ুম য়ানবা। খোদাংকোক। শীং চল্লকউ। হায়রগা।

/ /

ফৌ পুরকপা। য়ানবা॥

/ / / /

নঙনা চাকপু। হায়রগা। ফোগাক চজিক। নমথিবা।

/ /

চাকপ শানা। পীজগে॥

## মাত্রা ৬ কী ছন্দ

পর্ব্ব অনিগী—

(ক) শম্মোকতা পাউদম্মা। নোংয়াইদা মগুলিবা =৬ ৬

(খ) ইরিবাক ইরিবাক। উজড়ি নংগুমবা =৬ ৬

নংগুম্মা চুংশিবা। পুকণিংগী পেমনএ। =৬ ৬

পর্ব্ব অহুমগী—

(ক) নোংদম্মবা বিপ্রনা। কপ্পবা শীন্দুনা তাইবং মীয়ু থারকলে =৬+৬+৭

(খ) গুসিদি পুসিগী। অচোবা ঈচন্দা অচোবা ঈথক্লা হৌরকলে =৬+৬+৯

পর্ব্ব মরিগী—

খজিক এনাবৌ কানু। হাবৌ লেং-লেং হুগুবনা। মালেম লৈমায় থক্লা। ভিজোই পুমথাও লোয়রকলে। =৬+৭+৬+৭

পর্ব্ব মঙাগী—

চুমিং-থা অপূম্বনা =৬
নয়াথং তুংইমনা =৬
মাগী মাগী শিম্থা লোরিবা =৯
পাংলিবা কায়দনা =৬
নংনা জয়রু ওইয়ু =৬

## মাত্রা ৭ কী ছন্দ

পর্ব্ব অনিগী (পয়ার)—

মপু সনা কৈথেল্দা। মিংচং নঙরু থোকপরা॥ =৭+৭
রাঙা-পাদ পুক্কদা। মিংচং নঙনা লৈবরা॥ =৭+৭

পর্ব্ব অহুমগী—

চৌঙদা শাৎপা ইঙৌল্লে। চিননদনা কেনথিবা। কল্লকই দে॥
=৭+৭+৫

য়াকোই খুরুপ থোদুনা। বুংথিল ক্যাল্লোইহননা। নোংচুপ চৗংয়া
তাল্লখারে॥ =৭+৭+৭

পর্ব্ব মরিগী—

থাইনগী লৈরাং অমননা। মল্ল মল্ল লৈবুংশি =৭+৭
লৈরাংবীনবা লৈতবনা। লৈম নিংথৌ য়ৌদ্রেদা =৭+৭

পর্ব্ব মঙাগী—

ইবুং শোরা তৈবদা =৭
চিঙ্খ্র ফিদুপ হুনবদা
পামেল উশাদা ভোংদ্রুনা কবি পুক্লিং থোইরাংব =৭+৭
চেকলা নহাকপু কনানো? =৭

পর্ব্ব তরুকী—

(ক) প্রকৃতি শাননফম। ফজবগী হৌরককম। নিংথিবগী
তুংনফম =৭+৭+৭

ম্রুংঙাইবগী পোকনফম। হায়নখিবা মফম অসিদা। অনিশ্রুদে
মামেমদা= ৭+৮+৭

(খ) শরৎ ঋতু লাকপদা থাবনবা ইপোম হৌবদা। তাম্লবা
লোইবী চৌঙথাঙদা=৭+৭+৭

নোংয়িনগী মতৌ তম্লদা। তাম্লা কৌবা চেকলানা। পক্রম
ম্নবা থাংলিবা=৭+৭+৭

## মাত্রা ৮ কী ছন্দ

পর্ব্ব অনিগী—

চংৎকদবা চংথিসনু   নওদা লৈবিয়ু নাক্তা   =৮+৮

চেকলাগী মুংশিবা কোলোয়।  লেপখ্রিনি য়াচওবদা =৮+৬

—চাউবা

পর্ব্ব অহুমগী—

কোকথক্কী শয়াং লৈপুয়া।  মালেম লৈথক্তা চাইফুনা।

শেয়জরি ভক্তিগী নিংজবা আসন্দো =৮+৮+১২

লেংথংপীয়ু হে লাইনিংথৌ।  তাইবংপান মপু হে পাম্থৌ।

পিবিয়ু থয়বানবা তিল্লবা চরন্দো॥ =৮+৮+১২

—নবদ্বীপচন্দ্র

পর্ব্ব মরিগী—

কনানো শক্লা মমথ্রবা। নোংওান্দবা অহিং মতম মদা

=৮+৮

নতোমতা নপাং য়াওদনা।  সমুদ্র ঈরাং আনবা পাইখিবা॥

=৮+১০

অসিগুম্বা ছন্দগী পর্ব্বগী মাত্রা খোঙচংসি অয়াম্বা মতমদা—৩+২+৩ নি। অসিগুম্বা মাত্রা ৮ গী ছন্দগী খোঙচং অসি থায়নগী মণিপুরী শৈরেংগী অমসুং হৌজিক্কী মণিপুরী কবিতাশিংদা মরক মরক্তা শীজিন্নরি।

## মাত্রা ৯ অমসুং ১০ গী ছন্দ

পর্ব্ব মরিগী—

ইতিহাস নিংথৌরেল খুদিংগী।  য়ারী অকন অথৌশিংগী

=৯+৯

থাবল চোংবী শাবী শানৌগী।  তাজনিংদে তাজম্বিংদ

=৯+৮

পর্ব্ব অহুমগী—

মতম ক্লইরগী তুংদা। লেংশিল্লকলে ইমা মৈতৈ চনু = ৯। ১০

মৈতৈ সাহিত্য মন্দির মথুংদা॥ = ১০

পর্ব্ব অনিগী—

নোনা পোমলকলিবী লৈরাংশা। কনা য়েংদুনা হুরাওবগে? = ৯ + ৯

মাইথোং ফননা লোকলিবীশা। করি থন্দুনা মকারাঙ্গগে? = ৯ ৯

## মাত্রা ১২ গী ছন্দ

পর্ব্ব মরিগী—

পুকনিং লৈরোন্দা শাংপা লৈরাং হেক্তুনা = ১২

লিংজেল মানবগী নংনা লেংদুনা = ১২

থাওবা কনবগী য়েন্দাইদা হাপ্তুনা = ১২

কংলুপিসিনে ইমাগী খুয়াদা = ১২ — কমল

য়েংগদবা— মথক্কী মাত্রা ১২ গী ছন্দগী খুদম অসি অমুক কুপশিন্না য়েংলবদি মাত্র ৬+৬ গী পর্ব্ব ওইনা ওস্তোক্লবসু পঙকায় কায়না উদবা য়াই। পরেংতবু ওইরবদি পর্ব অমা ওইরগনি হায়বা অরেপ্পা নিয়ম লৈতে। মরু ওইনা য়েংগদবদি ছন্দগী লয় অমসুং মসুংগী ইহুন অহনি। অসিনা মথক্কী খুদম অসি মথাগী অদুম্না পুথোকপসু য়াই—

পুকনিং লৈরোন্দা। শাংপা লৈরাং হেক্তুনা = ৫ + ৭

লিংজেল মানবগী। লংনা লেংদুনা = ৬ + ৬

থাওবা কনবগী য়েন্দাইদা হাপ্তুনা = ৬ + ৬

কংলুপিসিনে। ইমাগী খুয়াদা = ৪ + ৬

মথক্কী অসুম হায়না পর্ব্বগী মশক অসি পুথোক্লবদি মাত্রা ৬/৬ কী পর্ব্বগী খুদম অমা ওইনা উৎলে। মসুম অসিনা মণিপুরী ছন্দদা ল্লায়দগী হেন্না য়াম্না চৎনবা পর্ব্বশিংগী মাত্রা মশীংসি ৬, ৭, অমসুং ৮নি হায়না লৌগনি। কুপ্পা য়েংশিল্লবদি মাত্রা ১২ অমসুং অসিদগী হেনবা পর্ব্বশিংগী নিয়ম লৈতে হায়না লৌবা য়াই।

## স্তবক (Stanza)

মণিপুরী ছন্দদা বাংলানচিংবা অতৈ লোন্দা লৈবগুম্না চরণশিংনা পুনশিল্লকপা অকক্লবা স্তবক (stanza) লৈতে। অরিবা সাহিত্যদা অমসুং থায়নগী ঈশৈনচিংবদসু ছন্দগী চাউরাকপা মশক অমা লৈরবসু ভাবকী ইহুল মতুং ইন্না চরণগী পর্ব্ব মশীংসি শাংদোক্লিংবা মওংদা শাংদোকপা য়ারম্বনা চরণ অমুকী স্তবক হায়দুনা অকক্লবা স্তবক মশীং থোইনা লৈ হায়না লৌদ্রুই। শৈরেংশিংগী চাউরাক্লা পরেং মশীং মান্নবা অমসুং চাউরাক্লা পর্ব্বশিংগী মাত্রাগী থোঙচৎ মান্নবা অমবুদি লৈ। অদুবু পরেং ৬ কী ছন্দদা চরণ অনি নত্রগা অহুম্না স্তবক শাবসু য়াই; নত্রগা চরণ অমতনা পরেং ৬ থোকাখদুনা অদুম স্তবকী মশক লৌরকপসু থেংনৈ। মসি মণিপুরী লোনগী অমসুং ছন্দগী তোপ তোপ্পা মনীং তম্বা অমনি হায়না লৌবা য়াই। পর্ব্বশিংগী অকক্লবা মাত্রা থরগী মসুংদা শাংদোক্কে তেনাশনগে নীংতম্না ইবা য়াম্নমক তোয়না থেংনৈ। খুদম অমতং য়েংসি—

নারম্ভা শাৎপা লৈরাংনা<br>
নম্নবীনবা য়াওদনা<br>
        অরেম্নদা ক্রেনবগুম্ন।<br>
ঈয়ায়দা লোৎপা অনিনা<br>
য়েংবীনবা লৈতনা<br>
        অরেম্নবদা শুানবগুম্ন।

চাংনা কোয়না পনশাবা
হাওনা কোয়না পনঙাকপা
মণিপুর সনা লৈবাক্তা
অরেম্বদা ঙাল্লমই
অরেম্বদা শাংলমই
খঙবীনবা লৈতনা ॥

— চাউবা

মথক্কী খুদম অসি দীর্ঘ ত্রিপদীগী পর্ব্বগী খোঙচৎনি—৫/৩ চৎপী চাউরাক্না মাত্রা ৭/৭ কীনি। চরণ অনি অনিদা মিত্রাক্ষরগী লৈগদবা মওংসু ঙাক্নি। অদুবু ভশেংবদি পূন্নমক অসি চরণ অমথক্কনি "খঙবীনবা লৈতনা" হায়বা অরোইবা পরেং অসিদা অর্থগী মপুং ফায়—চরণ অনি অনিদা মিত্রাক্ষর লৈ। অদুগা অমুক না-পু তাবা মান্নবা অসিমসু মণিপুরী ছন্দদদি খরা মনীং তম্মা চথরি। য়াবমখৈ মান্নবা হোৎনবা কৰি খরদি থেংনরবসু খোইনা মায়কৈ অসোমদা য়েংশিন্দবা কয়া অমসু য়াওদবা নত্তে।

## চরণ অনিগী স্তবক

পরীং ওইনা ইথরম্বা থায়নগী পয়ার অমসুং পয়ার জাতি ছন্দ—হায়বদি ত্রিপদী, চৌপদীনচিংবা পূন্নমক অসি চরণ অনিদা অয়াম্বনা মিত্রাক্ষর লৈ। অসিনা মখোয় অসি চরণ অনি অনিনা শাবা স্তবক্নি হায়না লৌগনি। মসিগী খুদমদি মথক্তা নীংথিজনা নৈনদুনা উৎত্রে।

## চরণ মরিগী স্তবক

মণিপুরী ছন্দদা পরেং মরিগী স্তবক অসি য়াম্না চৎনৈ। চরণগী মশাংদি অরেপ্পা লৈত্রবসু পর্ব্বগী খোঙচৎ মতুং ইম্না পোম্নপ্পা চরণ মরিগী

স্তবক্তি হায়ন লৌরবস্থ কায়দে মমৈগী না·পু তাবগী মাহুবগী মওংদি মথল মথলনি—ক—ক—খ—খ, ক—খ—খ—ক, ক—ক—ক—ক অসিনচিংবা। খুদম—

থোংলাম্লো কোকিল | নিলহন্দুবা চোংখুৎসি ॥ =৬+৭
শম্মলাম্লো নিকুঞ্জবন | তম্পাক্সি ॥ =৭+৩
চলহাম্লো ঈচেল কংখুবী চন্দ্রনদীবু ॥ =৩+১০
কৌশিল্লো | উমংসিদা বীনাপানিবু ॥ =৩+৯

চৌপদীগা চরণ মরিগী স্তবক অমসগা থেম্নিবসি শৈরেংগী মশক্তা লেপ্পা তাই। শৈরেং অহুনা চৌপদীগী ছন্দদা চৎলম্নবদি হায়বদি চরণ অমমমদা পদ ৪—৪ লৈরম্বনা মপুং ওইরবদি চৌপদী কৌগনি। অহুগা চরণ কয়াম্বক্তা পরেং ৪ ৪ থোক্তা চৎপনা মপুং ওইরবদি স্তবকনি হায়না খঙনগনি। খুদম অমতং য়েংসি—

অরাবনি | অনকপা চন্দ্রনদীগী দৃশ্যাদি ॥ =৪·১১
তোর্বাবস্থ | নারক ওইখে ॥ =৩+৬
মখুংস্থ | নাপীনা থনখে =৩+৬
তৌইগুম্বস্থং | ইতিহাসকী ঈচেল চেল্লি | লৈরুংদদি ॥
=৫+৮+৪

মথকী খুদম অসি চরণ ৪ গী স্তবক অমনি হায়বদ থোইনা চিংনবা লৈর রাই। —খুদমদি - ক—খ—খ—ক নি।

## চরণ মঙাগী স্তবক

মথক্তা পনখ্রে —মণিপুরী ছন্দদা চরণশিংগী অকরুবা মশীংনা স্তবক শাবা থরা তাঙনা থোকই। অসিনা পরেং ৫গী স্তবকশি দা চরণশিংগী মশীং অসি অরেম্বা লৈতে। চরণ অমতনা কাওবা শাংদোকপা স্তবক য়াওই। অসিমকপু নিয়ম অমগী মতুং ইন্না চরণ মঙাগী স্তবকনি হায়বনা খুদোং চায়।

ৱোৱীমু মরূপ অপাম্বা ঞন্দুনা
 ৱেমগী ঈৱাৱা থাম্মোইগী লৈৱাংলা
ৱাকলবা মতমগী ৱাকলবা খুদোল,
মনম লৈৱৱা পাৱেংসি ওক্তা হুন্তুনা
লেঙ্গগে শীংথানদ্ৰবা পুসি —চাউবা

## চরণ তরুক্নী স্তবক

চরণ তরুক নত্ৰপা ভশেংনা হায়বা তারবদি পরেং তরক্নী স্তবক অসি মণিপুরী ছন্দদা য়ায়মক চংনবী অমা ওইনা লৈ।

ফদি ফৱানা কুপ্তুনা,
উতোং মবুংদা থুপ্তুনা,
লোংথিগদগে চাঁহি কুমজা কয়া ?
কাউগগে করম্মা পুক্লিংগী অৱাবা ?
কদাইদা লৈথেৎ ইমা।
অমুক্তা কোনশিনবিরম্থা নচাশিংবু। —কমল

## চরণ তরাগী স্তবক

চরণ ৯/১০ গী ছন্দ হায়বা কৌবা য়াবা পরেং ৯গী স্তবক অসি য়ায়মক তাওনা শীজিনৈ—মসিনা চংনবী অমা ওইৱকপদি নত্তে।

চিন্দা ফনা ভাওদুনমু
কদৌমনি থাম্মোইবু য়াওদ্ৰবদা—
করি কাননমি ৱাশক!
কদাইদগী তাক্লমি বিশ্ব-প্রেম

কনানা পুরক্কনি এরুতা
করি কাম্নগনি পঞ্চশীলা
কনানা য়ারেন তৌরনি
পুম্নমক অরেম্নবনি অরেম্নবা

চিনবানখোংদা পঞ্চশীলা শান্তি – প্রেম। হায়রিভদা পৃথিবী তুম্নদোরে। —( কায়দোরে পৃথিবী —সুরেন্দ্রজিৎ )

য়েংগদবা — মথক্কী শৈরেং "কায়দোরে পৃথিবী" হায়বা অসিদসু অয়াম্বা স্বরবৃত্ত চরণ নম্রগা পরেং ৯গীনি। অরোইবগী পরেং অসিদ অনি থোকনা লোবা য়াই। অসুম্না কনা কনাগুম্বা কবিশিংনা পামজ্জবা মতুং ইন্না অখোই অহেন নাইবা চরণ ৯ নম্রগা ১০ দগীসু হেন্না অতেনবা কবিতা মচা অমা ইথোকপা য়াওই। থোইদোক্নসু ঈশৈ ( lyrics ) গুম্বা মতেকতা তোয়না থেংনৈ। অদুবু অরম্বা অমসুং অকক্নবা চরণ মশীংদি লৈতে।

## সোনেট ( Sonnet )

পদ ১৪ গী কবিতা হায়না খঙনবা ইউরোপতা য়াম্না চংনরম্বা ইংরাজী বাহৈ—সোনেট হায়বদু বাংলা সাহিত্যদা কবি মধুসূদননা পয়ারগী চরণগী শকক্ম লৌত্তুনা পুশিল্লকই। কবি দরেন্দ্রজিৎনা মণিপুরী সাহিত্যদা মাত্রা ৭/৭ কী পরেংনা শাবা ইংরাজী সোনেটকী rhyme গা নকশিনবা অমা পুশিল্লকবা হোৎনরমই মসিগী মরমদা মথক্কী লামায় ২৬-২৭ তা কুপ্না নৈনরে। দরেন্দ্রজিৎমকসু মহাকী "স্মৃতি" হায়বা শৈরেং অদু নত্তুনা অতৈদদি হোৎনবা উরমদে। অতৈ কবিশিংসু সোনেট ইবদা থোইনা পুকনিং চঙবা থেংনদে।

## ছন্দগী রীতি ( Style )

মথক্তা নৈনয়ে—মণিপুরী ছন্দদা মপুং ওইনা লৈরিবসি স্বরবৃত্ত ছন্দ অমসুং পয়ার জাতিগী ছন্দ অনিনি। অহানবগী অসিনা পর্ববগী অহৌবনচিংবদা স্বরগী শাফু য়ৎওহন্দুনা কৌগু ঈশৈ অমসুং লোক গীতনচিংবা কয়াদা চংনরম্লিবা ছন্দগী রীতি ( style ) অসিবুনি। অকোনবগী অসিনা অচিংবা স্বরনা মপুং ওইদুনা থীর লয়দা চথবা হৌজিক কাওহদা মণিপুরী কবিশিংনা ইনরক্লিবা পয়ার, ত্রিপদী, চৌপদী নচিংবা কয়াগী মশক অসিনি। মযেক্কী খোন্থোক মতু ইন্না উচ্চারণ তৌবা, মপুং ওইনা ময়েক্কী হ্রস্ব দীর্ঘ রূপশিংনা থান্নবা বিলম্বিত লয়না পুবা মাত্রাবৃত্ত ছন্দ হায়না খঙনবা ছন্দগী রীতি অমুদি—মণিপুর্রদদি চংনবা কয়া থোঁংনদে। অসিমকপু হৌজিক্কী মতমগী কবিতাগী খোংচৎ থরদা পয়ার জাতিগী অচিংবা স্বরগী শরুক য়াওদনা ময়েক্কী খোন্থোক্কা মপুং ওইবা ( ধ্বনি প্রধান ) বিলম্বিত লয়দা চংপা ছন্দ থরসু চঙলক্লে। মখোয় অসি অয়াম্বা মুক্তক ছন্দ (Free Verse) অমসুং গদ্য ছন্দ (Prose Verse) দা থেংনৈ।ময়াম থরা অসিমসু পুন্না মণিপুরী কবিতাগী অপুনবা মশক তাকপা তারবদি বংলানচিংবগী লোন্দা চংনরিবা অস্তুম্না মণিপুরী ছন্দদসু ইংইল অহুম—হায়বদি স্বরবৃত্ত, পয়ার জাতিগী ছন্দ অমসুং মাত্রা বৃত্ত ছন্দ হায়না থায়দোকপদা খোইনা কংয়ে। চরণগী লয়গী মতুং ইন্না ছন্দগী মশক লেপই।

(১) থীর লয়গী ছন্দ নত্রগা পয়ার জাতিগী ছন্দ ( তান প্রধান ছন্দ )

মণিপুরী শৈরেংদা খ্বাইদগী হেন্না কুইনা চংনরক্লবা ছন্দগী মথল অমনি। অয়াম্বা মতমদা অক্ষর নত্রগা syllable খুদিংমক্কপু মাত্রা অমমম ওইনা লৌই। করিগুম্বদা দরকারগী মতুং ইন্না মাত্রা অনি ওইনা লৌথিবসু য়াওই। করিগুম্বদসু অক্ষর অনিবু মাত্রা অমগী চাংদা থমখিবসু থেংনৈ—তৌয়না থেংনবদি নত্তে।

পয়ার হায়বসি প্রৌরময়গী ছন্দনি। পয়ার জাতিগী করিগুম্বা শৈরেং অমা পারকপা মতমদা অচিংবা সুর অমা য়াওই। অসিগুম্বা অচিংবা সুর অসি পয়ারগী তোপ তোপ্পা মশক্নি। অসিগুম্বা অচিংবা অসিবু সংস্কৃত বাগৈদা "তান" অমসুং ইংরাজী বাহৈদা Vocal drawl হায়না খংনৈ। অমরোমদা হায়রগা পয়ার জাতিগী ছন্দ অসিদা অচিংবা সুর, ময়ামগী লেপ্পুবা ঈচেল অমা থেংনগনি। অসিগুম্বা ঈচেল অসিগী মথংদা ময়েকী খোম্থোক পুন্নমক চঙখিগনি। অসিগুম্বা অসি ইংরাজীনচিংবা মমারোল ওইবা কাংবুগী নাকোংদা বাংলা লোনগী আবৃত্তি তৌবদা সুর নাইনা পাথবা—Sing Song হায়না খঙনবা অদু হেক্তা থেংনগনি। অসিগুম্বা সুর অসিবু লৌথোকপ্রবদি পয়ার জাতিগী শৈরেংশিং পাবা ওইথোক্কে। অসিনা মপুং ওইবা স্বর খরনা পুদুনা চংপা ছন্দগী মশক্নি। ব্যঞ্জননচিংবা ময়েকী খোম্থোক্না মপুং ওইনা লৈতে। খোম্থোক্তা য়াওরিবা স্বরগী শক্তনা মপুং ওইহন্দুনা লেপ্পুবা অচিংবা সুর অমদা শৈরেং অদুগী পাবগী ঊাইল অদু চথহল্লি।

কদাইদা লৈখ্রে ইমা!
কেতকীগুম্না লৈনম চাউরম্বী!
মংগী পোমশাংনবা মতমদা,
ডাওপ্রংলকপা নচাশিংনা,
শাবনরম্না মনিংমথা তৌনা,
কদাইদা লৈখ্রে ইমা! —কমল

মথক্কী পয়ার জাতিগী শৈরেংগী পরেং খরসি পাবদা সুরগী অচিংবা অমা য়াওই; অসিদা অসিগুম্বা অচিংবা অসিদা ময়েক করাসু অদুম য়াওশিনখি। ময়েকশিংগী হ্রস্ব, দীর্ঘ খায়বগী মওং লৈতে। অসিগুম্বা অচিংবা সুরগী খোঙচং অসিদা মাত্রা ৮ অমসুং ৮ দগী হেনবা পর্ব্ব করাসু য়াওই। অসিনা অসিগুম্বা অচিংবা সুর অমগী ঈচেল অসি য়াওবা

য়াওদবগী মতুং ইন্না শৈরেং অমবু পয়ার জাতিগী ছন্দ ওই ওইদ হায়বহু লেপকনি। চুম্নগী মরেক্কী খোন্থোক্কী মথক্তা খোন্থোক্কী অচিংবা শরুকনা পয়ার জাতিবু খণ্ডনগনি। মাত্রাগী মশীং থীবা ভাক্তনা অসিগুম্বা শৈরেংগী মশক লেপ্পা ঙমদে।

পয়ার জাতিগী শৈরেংগী লয় অসি ধীর (অতপ্পা) ওইবনা বৈদৌষ্টে-দসু ভকিং ভকিংবা জগোইগী খোঙথাংগুম্বা নত্রগা ঈংথনা লেম্না কোম্না লৈথোকখিবা মশক য়াওদে। মওং অমা ওইনা কাজিনবা অমসুং অয়েম্বা (গম্ভীরভাব) অমা য়াওরি। অসিনা অরাংবা থাক্কী শৈরেং অয়াম্বা পয়ার জাতিগী ছন্দদা ইবনা অয়াম্বনি। ঈশৈগী লোন্দাদা হায়রবদি পয়ার জাতিগী লয় মশকসি ক্রুপদজাতিগী শৈশক্নি। নিপা খোবপা ছন্দগী মশক্নি।

মণিপুরী ছন্দগী মমাংঙৈগী শককম অয়াম্বা পয়ার জাতিগী ছন্দগী মশক্নি হায়বা তাই। পয়ার জাতি হায়রগা খঙনরিবসি চুম্নগী পয়ার হায়বা ছন্দগী মশক অহুতবু নত্তে; ত্রিপদী, চৌপদীনচিংবা কয়াদা য়াওরিবা অচিংবা সুর অহুনা অসিগুম্বা ছন্দ মথল পুম্নমকপু পয়ার জাতিগী ছন্দ হায়না খঙনখিবনি। অসিগুম্বা অসি থায়নগী শৈরেং অয়াম্বদ, মাত্রাগী মশীংদি বাংলা লোনগীগুম্না অকক্নবদি লৈতনা চৎনরমই হায়বসি কবি চাউবনসু অরেপ্পা মত শীরমই।

## দ্রুতলয়গী ছন্দ নত্রগা স্বরগী শাফুমা মপুং ওইবা ছন্দ

ছন্দ অসি চাউরাক্না কৌসু ঈশৈগী ছন্দ নত্রগা স্বরবৃত্ত হায়না খঙনবা য়াই। অয়াম্বা মতমদা লোকগীতগী মওংদা, অঙাংশিংনা শান্নদা নত্রগা কৌগুবদা তাল নাইনা থাহুনা শকপা ঈশৈশিংদা হায়রিবা অথুবা লয়গী (দ্রুত) ছন্দ অসি শীজিন্নৈ। নিয়ম অমা ওইনা খোন্থোক (Syllable) অমমমবু মাত্রা অমা ওইনা লৌহুনা শীজিন্নৈ। স্বরগী খোন্থোক মতুং ইন্না মাত্রাগী মশক অয়াম্বা মতমদা লেপ্পা মরম্না ছন্দ

অসিবু স্বরমাত্রিক নত্রগা স্বরবৃত্ত হায়না খঙনরবস্নু য়াই। জতুবু হায়রিবা স্বরগী মপূং ওইবা শরুক অসিমদি পয়ার জাতিগী ছন্দদস্নু য়াওই। অসিনা পয়ার জাতিগী ছন্দগা স্বরবৃত্ত ছন্দগা মপূং ওইনা খেন্নরিবসি কদাইদনো?

অসিগুম্না স্বরগী শাফনা মপূং ওইবা ছন্দগী লয়দি অথুবনি (দ্রুত)॥ চাউরাক্লা পর্ব খুদিংগী অহৌবদা স্বরগী অকনবা শাফ্ন অমা থেংনগনি। অসিগুম্না স্বরগী শাফুদগী ছন্দ অসিগী তেংপ তোপ্পা মশক অমা থোরক্নি। অসিনা অসিগুম্না ছন্দদ পর্বগী মশকশি অয়াম্বনা মামনা চংলি। মাত্রাগী খোঙচংসি ৪ + ৩ নত্রগা কয়ুর-গুম্বদা ২ + ২ + ৩ দা চংলি। পর্বগী অহৌবা শরুক্তা হাংখ্রিবা স্বরগী কন্না হায়জিল্লকপগী শাফ (Stress) অসি শোয়দনা তাই। খুদম—

/ / / /

(ক) ঈশিংদস্নু। চাউদবী॥ থংফ্রানদস্নু। হৌদনী॥
=৪ + ৩ + ৪ + ৩

/ / / /

উদা তাংলে। উতাংবী॥ রাদা তাংলে। রাতাংবী॥
=৪ + ৩ + ৪ + ৩

/ / /

(খ) তোং। তোং। তোংদ্রুম্নী॥ = ২ + ২ + ৩

/ / /

চক্রীক। নাকৃক। চরাইবী॥ = ২ + ২ + ৩

ছন্দ অসিবু চাউরাক্লা ফৌস্নু ঈশৈংগী ছন্দ হায়না খঙনবস্নু য়াই। অথুবা লয়নি; স্বরগী অচিংবা শরুক য়াওদে। শাফু অমুক অমুক পীরকপসিনা চংলিবা খোঙচং অসিগী মনুংদা ময়েক কয় স্নু য়াওশিনখিবা

য়াই ; নত্রগা করিগুম্বদা মাত্রাগী খোঙচৎ কায়দনবা অতেনবা স্বরবৃত্ত শাংনা তিংথোকপা য়াই। মপুং ওইরিবসি চৎলিবা দ্রুতলয়গী মাত্রাগী খোঙচৎ অদুনি। "শক্রেপ্পী থোরক্লো" হায়বসিদা শক্রেপ্পী হায়বসি মাত্রাগী দরকার মতুং ইন্না ৪ ওইগনি ; ৩ ওইরোই। মরমদি শৈরেং মতেক অসিদা চৎলিবা মাত্রাগী চাংসি ৪+৩ ওইগদবনি।

৩। বিলম্বিত লয়গী ছন্দ নত্রগা হৌজিক্কী মাত্রাবৃত্ত ছন্দ

অতপ্পা (বিলম্বিত) লয়গী ছন্দপী শৈরেংশিং অসি মণিপুরীদা য়াম্লনক চৎনবদি নত্তে ; অয়াম্বা শৈরেং পুম্নমক পয়ার জাতিগী ছন্দদা নত্রা। স্বরবৃত্তগী ছন্দদা। ইবা ঙাক্তনি হায়বসি মথক্তা নৈনখ্রে। অদুবু পয়ার জাতিগী ছন্দপী থবায় ওইরিবা হায়দোকপদা অচিংবা স্বর অমত্তু য়াওদনা হায়দোকপা হৌজিক্কী মতমগী শৈরেং থবা অমম্তুং করিগুম্বদা থায়নগীদমক থোরক্লবা মরম্না মখোয়শিং অসি মাত্রাবৃত্ত ছন্দ হায়না কোনশিনবনা অচুম্বা ওইগনি। "মাত্রাবৃত্ত" হায়বা মমিংশিমক থবা পেনকাত্তবা ফাওবা পোক্লবা য়াই। বাংলা লোননচিংবা অমাং ভারতকী প্রাকৃত লোন্দগী হৌরকপা লোনশিংদা অমম্তুং মণিপুরী ফাওবদা চাউরাক্লা মাত্রা থাম্লনা চৎপা পর্ব্বশিং ঙাক্তনি। অদুবু সংস্কৃত লোন্দা চৎনরিবা "মাত্রাবৃত্ত" হায়বা ছন্দগী মওং মতুং ইন্না মণিপুরী ছন্দবুসু কৌবা য়াই। খুদম অমনিদং যেংসি—

১। মমানা চৈ ননদলাল
"লৈতএম্বু নত্তে লুনা লিংলু নফিদো
মীনা নওবু উশিৎলরোই।"
মপালা হায় "তৌজসবু
শেৎপা ঙাক্রনবু মীরা
চাযা ঙাক্রনবু মীরা ?"
—সমরেন্দ্র

(২) নোংবু ভানদরি
শজিক তরং তরং থোকখি
চৌংখ্র মশক উদরি
লাক্তুনা নহাক্তি
শকলরে নহাক্কী ঈশৈ
সুর চায়া থোক্লা। —বেদজিৎ

মাত্রাবৃত্ত ছন্দগী মপুং ওইবা মশক্তি—বিলম্বিতলয়গী ছন্দ ওইবনি। মথক্কী শৈরেং মত্তেক অনিসি পাবদা স্বরগী অচিংবা শরুক্তু ফয়া য়াওদে। চুয়া ঈংনা পাথবা তাই; ময়েক খুদিংবু চুয়া উচ্চারণ তৌবদগী হেন্না খোইদোকপা স্বর ময়েক্কী চিংথুনা হায়বগী শরুক অহু য়ান্না থাংনা য়'ওই। চপচানা বিলম্বিত লয়মক্তা পারবনি হায়বমকসু ওইদে ওইকাওদনি। মরমদি "মাত্রাবৃত্ত ছন্দ" অসি সংস্কৃত অমসুং বাংলা লোন্দা লৈরিবা অসুম্না মণিপুরীদা লৈতে। অসিমকপু পয়ার জাতিগী ছন্দদগী থুন্না তোপ্পা অমসুং স্বর বৃত্ত ছন্দসু নত্তবা স্বরগী অচিংবা পণ্ডয়াও য়াওদনা চুয়া ইংনা তপ্না পাথবা ছন্দবু মাত্রাবৃত্ত হায়না কৌরবান। অসিন অসিগুম্বা ছন্দদদি চিংশিনবগী শরুক য়াওদবনা ময়েকশিং অসি মচা থাযনা পাথোকই; তপ্নবা ময়েক ফাওবা দরকারগী মতুং ইন্না মাত্রা অনি লৌথুনা চখৈ।

মাত্রাবৃত্ত ছন্দ অসিদা পোত্থাবা পাদগী অমসুং লেঙম—শাঙমদবা ছন্দগী খোঙচৎ অমা য়াওই। অসিনা ময়েক ময়ামগী খোমজিন্নবা অমসুং পুথবা ময়েকশিংবু শারজিন্দুনা উচ্চারণ তৌবনচিংবা পয়ার জাতিগী ছন্দদা য়াওরিবথু ছন্দ অসিদদি য়াওদে। অহুগা ছন্দ অসিদা মাত্রা ময়ামনা শাবা পর্ব্ব চংনদে। ময়েক্কী খোম্থোকশিং অসি চুয়া হায়দোকপদা চঙবা মতমগী চপচাবা শরুক্তা মাত্রাবৃত্ত ছন্দগী খোম্থোক্কী শরুক লেপই। স্বরগী অচিংবা স্বর য়াওহন্দে পয়ার জাতিগী ছন্দদা তৌবগুম্না; অহুগা স্বরগী খোম্থোক্কী ফুজিনবা শরুকসু স্বরবৃত্ত ছন্দদা তৌবগুম্না য়াওদে।

পয়ার জাতিগী ছন্দগা চাংদম্নরুবদি মাত্রাবৃত্ত ছন্দ হায়বসিদি তুপীগী ছন্দগী মশক্নি। পয়ার ছন্দনা নিপাগী শক্তম্নি। ঈংনা থোংনা মেওনা চথবা ছন্দ ওইবনা বারী রাতায়নচিংবা শানবগী অঈংবা মশক অমদি ফাওই। ভাবদদি ফনা সুংশি। অদুবু নিপা থোক্না শক্তি য়াওনা—"লৈ থিন্নবগী দমক্তা। মক্তে অথ'প্পা উমংদা চৎকদবা" হায়না অ'চংবা সুরগা কোম্না হায়দোকপগী শক্তিদি লৈতে। অদুগা—

•••• •• ••। ।। •• •• ।।

"জনগণ: মন-অধি। —নায়ক: জয় হে" হায়বগী শক্তিদি লৈ।

মথক্তা নৈনখি্‌বা রীতি (Sty!e) অহুমগী ছন্দগী মশক অসিনা ছন্দগী মশক অহুম্ন তাকপভনি। চপচাবা জাতি অহুমগী শৈরেং লৈ হায়না তাকপা নাত্তে। শৈরেং অমদা কবিগুম্না স্তাইলশিং অসি য়ামশিন্ননা য়াওরবসু য়াই। মণিপুরী ছন্দগী যুক্ষমদি পর্ব্বানি অমসুং পর্ব্ব'গী মশক্তি মাত্রা মশীংনা লেপই। অদুবু মাত্রা মশীং মানববদসু নত্তনা ছন্দগী অতোপ্পা মগুণ থরসু লৈরি—মদুগী মতুং ইননা ছন্দগী রীতি লেপই পর্ব্ব'গী মশক অমসুং মাত্রাগী হিসাবতগী ছন্দগী রীতিগী মশক উংপা য়াই। অমুকসু শৈরেং অমগী মাত্রা মশীংদি কায়হনদনা থম্নগা রীতি অহুমদা তোপনা তোপনা পাবসু য়াই।

———— —

# ছন্দগী মশক তাকপা

## ( ছন্দোলিপি—Scansion )

ছন্দগী নৈনগ্রিবা শরুক খরা অসি খুদম খরনা মশক তাক্লবদি খরগা ময়েকশেংনা উৎপা য়াগনি। মখাদা পীরিবা খুদম ( : ) অসিনা পর্ব্বাঙ্গগী মশক খুদম ( । ) অসিনা পর্ব্বগী অমমুং খুদম ( ॥ ) অসিনা চরণগী অরোইবা মশক খঙনগনি। অসি নত্তবা মাত্রাগী কূপশিনবা মশীং থীবগী মশক্তি হাপত্রে। অদুম চাউরাক্লা পাংদা খঙবা ভমগত্রা হায়না নীংই।

( ১ )

শজিক এননৌ:কান। হানৌ লেং-লেং:হৌবনা। মালেম লৈমায়:থক্তা।
তিংগোই পূমখাংঃ:লাক্লক্লে॥ =(৪+২)+(৪+৩)+(৪+২)+(৪+৫)
এনবীনা খুবোম:শারে। নেত্থীনা শৌজিল:লে'ক্লে। চীংয়া উরৈ:শংবনা।
মালং খোঙদো:হৌরক্লে॥ =(৪+২)+(৪+২)+(৪+৩)+(৪+৩)

পর্ব্ব—মাত্রা ৭ অমমুং ৬কী য়াম্নবা
চরণ—পর্ব্ব মারগী
স্তবক—চরণ আনগী অরোইবদা মিত্রাক্ষর ওইবা
রীতি—পয়ার জাতিগী ছন্দ (তান প্রধান)
লয়—ধীর

( ২ )

শুক্লথা : অহিংগী। চূরবা : থাবল।
নহাক্ত : লাক্লবোই। থৌগলগী : মমক্তা।
=(৩+৩)+(৩+৩)+(৩+৫)+(৩+৩)

পাম্মুবা : থিল্লরে । নুংশিগা : উমরো ।
অমম্বদা : নহাকপু । তাইহুনা : লৈরিবা ।।
=(৩+৩)+(৩+৩)+(৩+৩)+(৩+৩)

গুরুবা : অহিংগী । লুরবা : থাবল ।
নহাক্কি : লাক্লবোই । থোগলগী : দমক্তা ।।

পর্ব্ব—মাত্র ৬ কী
চরণ—পর্ব্ব মরিগী
স্তবক—চরণ অনিগী ১মৈদা ‘মিত্রাক্ষর অমসুং অহানবা চরণ অমুক হন্‌জিনবা

রীতি—পয়ার জাতিগী ছন্দ
লয়—ধীর

( ৩ )

নারক্ক শাংপা : লৈরাংনা । নম্বীনবা : য়াওদনা ।
অরেম্বদা : কেনবগুম । =(৪+৩)+(৪+৩)+(৪+৩)
ঈয়ায়দা লোৎপা : মণিনা । য়েংবিনবা : লৈতনা ।
অরেম্বদা : তামবগুম ।। =(৪+৩)+(৪+৩)+(৪+৩)
চাংনা কোয়না : পনশাবা । হাওনা কোয়না : পনতাকপা ।
মণিপুর সনা : লৈবাক্কা ।। =(৪+৩)+(৪+৩)+(৪+৩)
অরেম্বদা : তাল্লম্মি । অরেম্বদা : শাংলম্মি । খত্তবীনবা : লৈতনা ।
=(৪+৩)+(৪+৩)+(৪+৩)

পর্ব্ব—মাত্রা ৭ কী
চরণ—ত্রিপদীগী ছন্দদা চরণগী চপচাবা লোইশিন্দবনি
স্তবক—চরণ অনি অনিদা মিত্রাক্ষর
রীতি—পয়ার জাতিগী ছন্দ
লয়—ধীর

( ৪ )

অরাবনি। অনকপা। চন্দ্রনদীগী। দৃশ্যদি ॥ = ৪ + ৩ + (৫ + ৩)

তোর্ব্বানসু। নারক। ওইখ্রে। ৩ + (৩ + ২)

মন্নুংসু। নাপীনা। থনথ্রে ॥ ৩ + (৩ + ২)

তৌইগুম্বসুং। ইতিহাসকী: ঈচেল। চেল্লি লৈমুংদদি ॥

= ৫ + (৪ + ২) + (২ + ৪)

মতম: অমদা। মহাক্কী: অকনবা ঈচেন্না। = ৫ + (৩ + ৬)

তোর্ব্বান্দা: হৌবা। উপালরাপাল: ফুক্তোকলমই।। = ৫ + (৪ + ৪)

পর্ব্ব — মাত্রা ৫ না মপুং ওইবা

চরণ — পর্ব্ব অনিগী

স্তবক — চরণ মরিগী মিত্রাক্ষর (ক — খ — খ — ক)

রীতি — ধ্বনি প্রধান ছন্দ

লয় — বিলাম্বিত

( ৫ )

কুংনা পানবা: মহৈ মরোং। চুম্না শাংপা: ফৌগী চরোং ॥

= (৪ + ৪) + (৪ + ৪)

মিৎয়েংগী: লম্বীদা। অঙৈংবা: পীনবী ॥ = (৩ + ৩) + (৩ + ৩)

নচাগী: রাত্তনা। চেংজেন্দি: হল্লিবী ॥ = (৩ + ৩) + (৩ + ৩)

পুকচেল তপ্লবী: নংগুদ্বী। নপারি লুনা তৌজবী।

= (৫ + ৩) + (৫ + ৩)

শমান্নবী: নতারোই। কনাদি: লৈবগে। = (৩ + ৩) + (৩ + ৩)

নংগুদ্বী: ইমাবু কদায়দা: রাওবগে। = (৩ + ৩) + (৩ + ৩)

পর্ব্ব — মাত্রা ৮ অমসুং ৬ কী

চরণ — পর্ব্ব ৬ কী চপচানা লোইশিনদবসু য় ওই।

স্তবক — অহৌবা পর্ব্ব অনি, মরিগুবা অমসুং তরুকশুবদা

মিত্রাক্ষর (ক - ক খ — খ)

রীতি পয়ার জাতিগী ছন্দ

লয় — ধীর

পন্থৌনা থনম্বা : ইংখোলনি। মাইল অহুম্না : কোয়রবা ।।
=(৫+৩)+(৫+৩)
হৌজিক্তি ঐগী : ইরম্নি। পুন্সি চুপ্পগী : ৬ইরবা =(৫+৩)+(৫+৩)
অতুবু থিরুরি : অরাপ্পদা। ঐগী ইংখোল : অপাম্বা ।।
=৩+(৩+৪)+(৪+৩)
পন্থৌনা শারম্বা : দলাননি মখোল অহুম : লোঙলবা ।
=(৫+৩)+(৪+৩)
হৌজিক্তি ঐগী : ইয়ুম্নি । কনাম্সু য়েংলরোইদৌবা ।।=(৫+৩)+(৩+৫)
অতুবু থিকরি লৈফম : অশেংবা। ইয়ুম লৈতে : থনবনা।
=৩+(৫+৩)+(৪+৩)

পর্ব্ব—মাত্রা ৮ অমসুং ৭ কী
চরণ পর্ব্ব অনিগী
স্তবক—চরণ অহুমগী মিত্রাক্ষর
রীতি—পয়ার জাতিগী ছন্দ
লয়—থীর

( ৭ )

নহাক্কী : নিংথিবা। বাঁশীগী : খোঞ্জেল। =(৩+৩)+(৩+৩)
তানরি : তানরি জগৎনা : তত্তনা ।। =(৩+৩)+(৩+৩)
পুন্সিগী : যমুনা। ঈচেলগী : তোর্ব্বান্দা। =(৩+৩)+(৩+৩)
লেঙব্রবা : উপাল। কদমগী : মখোংদা =(৩+৩)+(৩+৩)
নহাক্কী : নিংথিবা বাঁশীগী : খোঞ্জেল।
তানরি : তানরি। জগৎনা : তত্তনা।।

পর্ব্ব—মাত্রা ৬ কী
চরণ—পর্ব্ব মরিগী ( চৌপদী )
স্তবক—চরণ অনি অনিগী
রীতি—পয়ার জাতিগী ছন্দ
লয়—থীর

( ৮ )

তাজমহল । মতম পূম্নমক্তা : নিংথিজরবা ।  =৩+(৬+৫)
নগুগী : নিংথিৰা । মুংঙোগী মুত্তি : অসিনা ।  =(২+৩)+(৫+৩)
ম'ঙবা : লৈত্রবা । মতমগী সভ্যতা : ওইরিবোইদো ।।=(২+৩)+(৬+৪)
অত্তুবু : সম্রাটকীদি । মিংকী পিনা : চামথোক্লবা  =(৫+৪)+(৪+৪)
মপুং : ফানা । শাৎথিদ্রবা : লৈরাং অমদি  =(২+৩)+(৪+৫)
ননশিনগ্রেদো : নঙনা । মতম : নাইদনা ।।  =(৪+৩)+(২+৩)

পর্ব্ব – মাত্রা ৫, ৭ অমসুং ৮ গী
চরণ – পৰ্ব ৬ কী
রীতি – পয়ার জাতিগী ছন্দ
লয় – ধীব

( ৯ )

নি জরম্বা : মতম কুইনা  লংলবা : মৈরাসে  =(৭+৪)+(৩+৩)
চম্লসি : থাল্লসি । লেংলসি : ঙসিদি ।।  =(৩+৩)+(৩+৩)
লায়রবী : ইমাগী  মম্লবা : থাংপোকসে  =(৪+৩)+(৩+৪)
ঙাল্লনি : ঙসিদি ।।  =(৩+৩)
শেমজত্নুনা : শোমজত্নুনা । খিত্নুনা : চাইত্নুনা  =(৪+৪)+(৩+৩)
ছোরক্লে : চাউরক্লে । লৈরাং : শাৎলক্লে ।।  =(৩+৩)+(৩+৩)
থাবসি : লিংলসি : শল্লসি । থোবক্লে : ইমাসু  =(৩+৩+৩)+(৩+৩)
হরাউজরে : ঙসিদি । —(৪+৩)

পৰ্ব–মাত্রা ৬ অমসুং ৭ কী
চরণ –চৌপদী অমসুং ত্রিপদীগী য়ানশিন্নবা মশক
স্তবক—চরণ অনি অনিনা পুনশিল্লগা শাবা অরোইববদা মিত্রাক্ষর
রীতি—পয়ার জাতিগী ছন্দ
লয় — ধীর

( ১০ )

হে পৃথিবী। চহি যুগ : কয়া কয়া। চৎলক্লি : ইতিহাসকী লমায়দা।
=৪+(৩+৪)+(৩+৭)
লাম্থোক্লুই। আটলানতিক : মহাসাগর। ৩+(৩+৪)
পোথারুই। ট্রোয় লমদগী : হেলেনগা লোয়ননা।। =৩+(৪+৬)
কৌক্রু চীংগী:চীংদোম্বা লেপ্লুনা:য়েংলুই। হৌপ্রবা ইতিহাসতা মণিপুরগী॥
=(৪+৩)+(৩+২)+(৭+৫)
কোয়মিন্নরুই : পাখংবগা। গুরুগী : ফাংথোও =(৪+৪)+(৩+৩)
কয়ুই কিয়াম্বা নিংথৌগী : সভাদা। মাঙমিন্নরুই : সন্ধ্যাদা। লাংগোন
লুখোইগা।। ৩+(৬+৩)+(৪+৩)+(৩+৩)
ভংগোয় : শারমই। শিজ : লাইরোইবীগা। নাপদা চঙচুনা : পাউহংলুই।
=(৩+৩)+(৩+৪)+(৬+৩)

পর্ব্ব—মাত্রা ৬, ৭ অমসুং ১০ গী য়ানশিন্নবা
চরণ—পর্ব্ব অনি অমসুং পর্ব্ব অহুমগী
রীতি—পয়ার জাতিগী ছন্দ
লয় — ধীর

( ১১ )

লুহোংবদগী : হল্লকপদা। =(৫+৪)
য়ুমগী : থোঙ্গানমক্তদা। =(৩+৫)
খুদাং পায় : পাখং অমা। =(৩+৫)
"অশেংবা হায়য় : ভাদ মোহন। =(৫+৩)
লুপা চহুম : হনগেরা"।। =(৪+৩)
মখাং মেত্তুনা : পাখং অমবা =(৫+৫)
লেপ্লুনা লৈ : থাপ্নপ্না।। =(৪+৩)
পুকচেল তপ্নবী : য়াইমবী =(৫+৩)
ঈংবা কৌবদা : ফংজদে। =(৫+৩)

পর্ব্ব—মাত্রা ৭ অমসুং ৮ গী
চরণ—পর্ব্ব অনি অমসুং অহুমগী য়ানশিন্নবা
রীতি—ধ্বনিপ্রধান নত্রগা মাত্রাবৃত্ত
লয়—বিলম্বিত

( ১২ )

খিং খিং | লৌজসে | পানা | লৌজসে ||=৪+৩+২+৩

য়াওরেদগী | শগাইনা | মচী কেক্র | থোক্তুরি || =৪+৩+৪+৩

ললচাম্নুংগী | কাকৈনা | মনা হুমাই | শাদরি || =৪+৩+৪+৩

তোকফমদগী | ভমুনা | থোইজু তোলোং | চিন্দরি | =৪+৩+৪+৩

কো'বদগী | ভাখানা | পোল্লাং কানক | লাক্তুরি | =৪+৩+৪+৩

পর্ব্ব—মাত্রা ৪ অমসুং ৩ কী
চরণ—পর্ব্ব মরিগী
রীতি—স্বরবৃত্ত
লয়—দ্রুত

————

# অহুমশুবা শরুক

## ( নৈনবা শরুক থবা )

## মণিপুরী ছন্দগী তোপতোপ্পা মশক

মথক্তা মণিপুরী ছন্দ নৈনবগী মতাংদা এখোয়না নৈনব্রে—মণিপুরী ছন্দগী মপূং ওইবা কায়াংসি পর্ব্বনি। অমস্তুং অমুক হায়দোকপদা খোঙ্হোক্কী ইহুলদা তাইহাক লেপ্পগী দরকার ওইপ্রিবা ফাওবা চৎখ্রিবা অহুনা পর্ব্বগী মশক লেপই। পর্ব্বগী মচেং—পর্ব্বাঙ্গনা পর্ব্ব শাগৎলকই। পর্ব্বদগী চরণ শাগৎলকই। অসিগুম্বা পর্ব্বাশংদা মাত্রা মশীং মাঙ্গনা চৎথবগী মওং অমগা লৈরি। অহুনা অসিগুম্বা পর্ব্বশিং অসি শাগৎলকপদা ময়েক্কী মশাগী লৈজবা হ্রস্ব অমস্তুং দীর্ঘগী মশক্তা মাত্রা মশীং লেপতে—হায়বদি হ্রস্ব স্বরনা মাত্রা অমা দীর্ঘনা মাত্রা অনি ওইগনি হায়বা নিয়ম লৈতে। অক্ষর ( Syllable ) না মপূং ওইনা চৎথবনা খোঙ্হোক অমগা মাত্রা অমগা মাঙ্গনা লৌবা মওং অমনা মপূং ওইনা চৎথরি। করিগুম্বদা দরকারগী মতুং ইন্না চিংথোক-চিংশিন তৌবা থোংনৈ। মহুমনা ছন্দগী শকওং (Pattern) অমস্তুং কোম্বা লয়না লেপকদবনি। অস্তুম্না চাউরাক্লা মাত্রা মশীং মাঙ্গনা চৎথবা হায়বা মশক অমনা মণিপুরগী ছন্দগী মশক তাক্লি। সংস্কৃত লোন্দা স্বরগী হ্রস্ব অমস্তুং দীর্ঘগী আচেংপা নিয়মগী মশক্লা ছন্দগী মশক লেপ্পস্থু—অনার্য্য হায়বদি আর্য জাতি নত্তবা লোনগী শকফম অমস্তুং খোঙ্হোক্লা চৎলকপা হায়রিবা মশক অসি বাংলান-চিংবা সংস্কৃতগী থোকপা লোনশিংদা ফাওবা চৎলকই। মরম অসিনা হায়রিবা মাত্রা মাঙ্গবগী অমস্তুং স্বরগী চিংথোক-চিংশিন্না ছন্দগী মতুপ মতুপ থায়দোরকপসি হান্নগী লৈজরম্বা অনার্য্য জাতিগী মশক্নি হায়না পণ্ডিত-শিংনা মত পীরি। মণিপুরী লোনস্তু হায়রিবা আর্য্য নত্তবা কাংলুপকী লোনগী মস্তুং চনবনা মশানা লৈজরম্বা ছন্দগী নিয়ম থরা অসিনা মপূং ওইরকপদা করিস্তু ওকফম লৈতে। বাংলা লোন ফাওবদা হায়রিবা

নিয়ম অসি চঙলক্লবা মণিপুরী লোন্দদি নিয়ম অসিনা পুনশিল্লকপদা খোইনা হেন্নহুম চুমথম খোকই। হৌজিক বাংলাগী ছন্দগা মণিপুরী ছন্দগা মতাং কদাইদা খেন্নরিবনো হায়বদু য়েংসি।

## বাংলা শব্দগা মাননবা অমসুং খেননবা

অনার্য্য লোনগী খোন্থোক অমসুং খোনকমগী মশক মপু ওইনা চঙলকপা সংস্কৃততগী লোক্লকপা বাংলা লোনগী মথক্কী হায়রিবা মাত্রা মাপ্পনা থবায়গী মশক ওইরকপা হ্রস্বগী দীর্ঘগী তচেংপা নিয়ম ইরক্লবা পর্ব্ব অমসুং পর্ব্বাঙ্গনা ছন্দগী মশক শাগৎপা (Beat and Bar theory) হায়রিবা নিয়ম থরাসি বাংলা লোন্দদু লৈর। সংস্কৃতকা নক্লবনা সংস্কৃত লোনগী ছন্দগী মতৌ মান্নবা হোৎনবা কয়াবু দি লেবা নত্তে; অদুবু কুপাশন্না য়েংশিল্লকপা মতমদা হায়রিবা মথক্কী নিয়মসিদা তারকই। মণিপুরী ছন্দদু থাহনগী লৈরম্বা কাব্যগী শক্তমদা খেন্থেক্কী তাক্কনা পুবা মাত্রা মশীংদদি অদুক য়েংশিল্লমদবা অমা লৈরম্বগী বাংলা লোনগা শমুরকপা মতমদগী পয়ার অমসুং ত্রিপদীনাচংবা কয়াসি তরিবা অমসুং অনৌবা সাহিত্যদা লেংনবা হৌরকই অমসুং মসিনদু মণিপুরী ছন্দগী মশক তাকই হায়না লৌনরি। মতাং অসি বাংলা লোনগী ছন্দগী পুক্লবা নত্তে। হান্নগী লৈজবা ছন্দগী খোঙচত্তো বাংলা ছন্দগী মাং মথা লৌশিনলকপা অমসুং অমতা ওইনা চথমিন্নবা হৌরকপান।

চাউরাক্লা মান্নবা থম্মা অসি লৈরবদু মণিপুরী ছন্দদি বাংলা ছন্দ নত্তে। ময়েক্কী হ্রস্ব দীর্ঘগী মতুংইন্না মাত্রা মশীং চপচব লেপ্পমক্তি নত্রবদু বাংলা ছন্দদা দরকারগী মতুংইন্না মতাং মতাংদা দীর্ঘস্বরগী মাত্র অনি লৌরকপা য়াওরি। খোইদোক্লদু সংস্কৃত ছন্দগা থরা নকশিল্লবা ধ্বনিপ্রধান নত্রগা হৌজিক্কী মাত্রাবৃত্ত ছন্দদা মাত্রা অনিগী মরেকশিং লৈরি অমসুং তপ্পবা মশেক্কী মতাংদা অয়াম্বা মতমদা মাত্রা অনি ওইনা লৌরি। হায়রিবা বিলম্বিত লয়গী ধ্বনিপ্রধান ছন্দদি

হলন্ত (closed) ময়েক মধে মাত্রা অনিনি হায়না চাউরাক্না লৌরি। মণিপুরী ছন্দদদি হৎয়রিবা হ্রস্ব দীর্ঘগী নিয়ম অসি থোইনা ভাকপা থেংনদে। ময়েক খুদিংগী খোন্থোক অমসুং মাত্রাশিং অসি অতুম ইমান মন্নরনা লৌনবি। করিগুম্ব ছন্দগী দরকার লৈবা মতাংদা খোন্থোকী মতুং ইন্না থরা চিংথোকনা হায়বা মতমদা মাত্রা অনি গুরকপা ভাক্তনি। হ্রস্ব দীর্ঘগী ময়েক খুদংমক অতুম ইমান মান্নরনা লৌবা অমা মণিপুরী ছন্দদা চংনরি। তৌবমকসু মণিপুরী বাহৈগী খোন্থোক্তি—হ্রস্ব দীর্ঘনা মপুং নত্তে; লঘু গুরুনা হায়বদি অক্ষর অয়াংগী খোন্থোকনা (tone) মপুংনি—বাংনা হায়বা নেন্না নত্রগা লুন্না হায়বা নত্রগা ময়ায় ওইরপনা করি করিগুম্বদা হায়দোকপা অসিনা মণিপুরী লোনগী খোন্থোক্কী মশক্তি। অসিনা হ্রস্ব দীর্ঘগী নিয়ম অসি মণিপুরী লোনগী ছন্দদদি ইচংপু চংনদে হায়বা য়াই। অসিনা অনার্য্য ওইবা জাতিগী শক্তি প্রভাবনা আর্য্যগী লোন সংস্কৃতগী থোরকপা বাংলা লোন্দা ফনা য়াম্না মপুং ওইনা চঙলক্লবসু ময়েক্কী হ্রস্ব দীর্ঘগী মশক অমদি থরা থরা অতুম মরৈরি। পুম্নাং ম ভবদি নত্তে। দরকারগী মতুং ইন্না দীর্ঘ স্বরগী মাত্রা অনিগী মওং থোরকই। মণিপুরী লোন্দদি ছন্দগী মতুং ইন্না হ্রস্ব নত্রগা দীর্ঘ ওইবা ময়েক অমবু মাত্রা অনি ওইহল্লকপতনি। করিগুম্বা মতমদা লোনগী তোপতোপ্পা চুপশিন্নবগী শক্তি অমনা খোন্থোক অমদা ময়েক কয়ানা চঙশিনখিবা থেংনৈ। অসিগুম্বা ছন্দগী মশক্তা অসিগুম্বা ময়েক্কা মাত্রা অনি ওইনা লৌগনি হায়বা নিয়ম অমা মণিপুরী ছন্দদা লৈতে। পৌরপ তৌনা চংপ খোন্থোক—অক্ষর (Syllable) না ছন্দগী মশক অমা লেপই। হাকম অমনা খোন্থোক খেন্নরকপগী মতুং ইন্না বাংলা ছন্দগী ধ্বনিপ্রধান, পয়ার জাতিগী ওইবা তানপ্রধান অমসুং শ্বাসাঘাত প্রধান হায়না রীতি অহুমদা বৈজ্ঞানিক ওইবা য়ুক্তমদা খায়দোক্লিবা ছন্দ শাস্ত্রগী নিয়ম অসি মণিপুরী ছন্দদ ইন্নসু মশক মান্নবদি নত্তে—লয়গী মশক্তা অতুম থোকনা খায়দোকলিবা অসি বিলম্বিত লয়বুনা

ধ্বনিপ্রধান, ধীর লয়বুনা তানপ্রধান অমসুং দ্রুত লয়বুনা শ্বাসাঘাতপ্রধান হায়না খায়দোক্লিবা অসি মণিপুরী ছন্দদসু য়াওফম থোকই হায়না লৌকপগী য়াদনি। বৈজ্ঞানিক ওইবা মশক অমদা খায়দোকপনিনা মণিপুরী ছন্দদসু নিয়ম অসি মনিংগা কোম্বনা ইনবতনি। বাংলা লোনগী তোপ তোপ্পা খোন্থোক অমসুং অক্ষরগী শকফম অতুদি মণিপুরী লোন্দা লৈবা নত্তে হায়বদি বাংলা ছন্দগী শ্বাসাঘাতপ্রধান ওইবা দ্রুতলয়গী ছন্দগী মশক্কা মণিপুরী ছন্দগী মখল অসিগী মওংপা মায়দে—খোন্থোক্কা, মাত্রাগী চাংচত্তা অমসুং পর্ব পর্বাঙ্গগী মশক্তা।

## সংস্কৃত ছন্দগা থেননবা

বাংলা ছন্দদা কাংবু থরনা সংস্কৃত ছন্দ পুশিল্লকনবা হোৎনৈ। য়াম্মক মহৈ য়ানখিবদি নত্তে-অদুম তোপতোপ্পা ছন্দগী কাংলুপ অনি ওইনা লৈ। মণিপুরী ছন্দদদি হৌজিক ফাওবদা কবি অমত্তনা পুশিল্লকবা হোৎনদ্রি। ছন্দগী মশক তাকপদা সংস্কৃত ছন্দগী পাদম লৌদুনা তাকনবা হোৎনবা থরাদ থেংনরে। অসিগী মপুং ওইনা চাউনা খেন্নবা অনা লৈবনা তাক্লিবা অসি চুমলে হায়না লৌবদা য়াম্মক য়ানা থোকই। সংস্কৃত ছন্দগী মপুং ওইবা য়াফম অমদি হ্রস্ব অমসুং দীর্ঘ স্বরগী শিন্নরকপগী তোপ তোপ্পা শক্লোন কয়ানা পংথোক্লকপদা থোক্লক্কী ঈচেল অনা থোকহল্লি হ্রস্ব অমসুং দীর্ঘ স্বরগী মশক অমসুং মাত্রা মশিং কায়হন্দে; অনি অসিগী শিন্নরকপগী অচেৎপা নিয়মদা ছন্দগী ঈচেল চেন্থহল্লি দীর্ঘ স্বরবুনা চপ চানা মাত্রা অনি লৌহল্লি অমসুং হ্রস্ব দীর্ঘগী কমফাওদুগী মতুং ইন্না মরেক অদুম অদুম্মা গণ (foot) অমমম শাই অমসুং মগণ, নগণ, ভগণ অসিনচিংবা গণ মখল নিপালনা অরিবা সংস্কৃত ছন্দগী মশক লেপই। মথোয়দু বৃত্ত ছন্দ কৌই। তোৌবগাদি সংস্কৃতকীসু মাত্রিক ছন্দ হায়দুনা অমা লৈরি—মদুদা মাত্রাগী চাউরাক্না মায়বা মশকনা ছন্দগী মশক লেপই। অদুবু হ্রস্ব দীর্ঘগী মাত্রা

মশীংদি চপচানা থম্বনা মণিপুরী ছন্দগা মান্নৈ হায়না লৌবা ঙমদে। খুদম অমত্তং য়েংসি—"মমাং লৈকাই থম্বাল শাংলে" হায়বসি মণিপুরী ছন্দদদি মাত্রাগী মশক ২+২+২+২ নি হায়বদি ৮ তনি। সংস্কৃত ছন্দগী মশক লৌত্তুনা মাত্রিক ছন্দদা পুশিল্লকুবা হোৎনরবদি মাত্রা ১৫ গী মশক অসি ওইরকনি—মমাঙ লৈকাই থম্বাল শাংলে। অসিনা কনা য়াম্না মাম্নবা মওং অমা উরবসু মাত্রাগী শকফংদা চাউনা থেংবা অমা লৈবনা সংস্কৃত ছন্দ অমসুং মণিপুরী ছন্দ অনি অসি নকশিন্নৈ হায়বা য়াদে। অক্ষরগী মশীং অমসুং সুরগী শকফম্না মণিপুরী ছন্দদা মপুং ওইদে। মণিপুরী ছন্দদা মপুং ওইরিবদি—পর্ব্ব নত্রগা পর্ব্বাঙ্গ অমমমদা লৈরিবা মাত্রাগী মশীং অসিনি। সংস্কৃত ছন্দদা স্বরগী হ্রস্ব দীর্ঘগী অপুনবা মশক্না তোঙান তোঙানবা ছন্দগী মশক লৈরকই। মণিপুরী ছন্দদা হ্রস্ব দীর্ঘগী খেন্নবা খোইনা লৈতে—অনি অসিগী খাদোকুবা য়াদবা কমকমগী অচেৎপা নিয়ম লৈতে। কবিগুরা মতমদা অনি অসি হাইফেৎনা মাফুকুবা খোক্লবসু ভশেংনদি খেন্নবনি। কনা কনাগুম্বা ছন্দশাস্ত্র নৈনবা কাংবুনা মণিপুরী ছন্দবু সংস্কৃতগী মাত্রিক ছন্দদা পুশিল্লকুবা হোৎনরিবা অসি চুমই হায়না লৌবদা য়াম্নমক রানা থোকই। মপুং ওইনা লোন অনি অসিগী খেন্নবা লৈরিবা অসি য়োৎশিন্না উশিন্দবা মাল্লি। সংস্কৃততি আর্য্য জাতিগী লোননি, অনার্য্য জাতিগী খোঙ্খোক্তা ৎরুমখৈ চিংৎরকপগী রাৎনি। মণিপুরীনা আর্য্য নত্তবা কাৎলুপকী লোন্নি; আর্য্য লোন্দা হাইগৎলকপগী রাকমদি খোইদোকপা লৈতে।

## ইংরাজী ছন্দগা থেন্নবা

হৌজিক কাওবদা কনাগুম্বা মণিপুরী কবি অমতনা ইংরাজী ছন্দদা কবিতা ইনবা হোৎনক্রি। বাংলানচিংবা লোন থরদি হোৎনরমক্তুম থেংনরে। অদুবু লোন অনি অসিগী মপুং ওইনা খেন্নবা অমা লৈবনা ছন্দগী বিচার তৌবদা নকশিন্নবা য়াদে। মথক্তা নৈনখ্রিবা শরুক্কী ঐখোয়না খঙবা ঙমগনি—মতুদি মণিপুরী ছন্দদি মাত্রানা লেপ্পা

(quantitative) মওংনি। মাত্রাশিংনা মশীং হল্লা শাগংলক্পা পর্বশিং চরণ মওং কয়া শেমদুনা ছন্দগী ঈচেল চত্থরি। মাত্রাগী মশক লেপ্লকপদা অক্ষর (Syllable) গী মশকতু দরকার লৈরি। তশেংবদি মণিপুরী ছন্দদদি স্বরগী হ্রস্ব দীর্ঘগী অরেপ্পা নিয়ম অমা ইন্দবনা অক্ষর (Syllable) নত্রগা খোন্থোক্কী চাংনা মাত্রা অমসুং পর্বগী মশক লেপই। মাত্রাগা অক্ষরগা অমতা ওইনা অয়াম্বা মকমদা লোই। মপূং ওইবা বাফমদি মাত্রা মশীংগী অবক্রয় চাং অমনা ছন্দগী মশক লেপ্পসিনি।

ইংরাজী ছন্দগী নিয়ম্না অতোপ্পা অমনি। ছন্দ অসিদনা খোন্থোক (syllable) গী তোপ তোপ্পা মশক অমনা হায়রবনি হায়-দাকপদা খরা কল্লপ তৌনা হায়দোকপা (accent) অক্ষরগী মশকনা অমসুং অসিগুম্বা accented ওইরবা অক্ষর অসিগী মশক্লা ছন্দগী মশক লেপই। মদু হায়রবদা qualitative ওই —মাত্রানা পুবা quantitative হায়বদু ওইদে। অক্ষর মশীংনা ইংরাজীগী ছন্দ শাগংতে। ইংরাজী ছন্দগী কয়াং ওইরিবা মতাং (foot) অমমমদ accented ওইবা অক্ষর অমা অমসুং unaccented ওইবা অক্ষর অমা নত্রগা অমিশী মাওদুং কন্দগী নিয়ম খয়না ছন্দগী তোঙান তোঙনবা মশক লেপই। foot অমদা accented ওইবা অক্ষর অমখক য়াওবা অমসুং accent য়াওদবা অক্ষর য়ামল্লবদা অমা অমসুং অনিদগী হেনবা লৈগদবনি। মরম অসিনা ইংরাজী কবি Coleridge না পাউতাক পীরম্বই—accent মশীং খৌয়ু অক্ষর মশীংদি খোশাক্তনু (Count the accents, ignore the number of Syllables—Coleridge)। মরম অসিনা ইংরাজী ছন্দবু মশক তাকপা মতমদা অক্ষর মশীং খীদে। করম কয়ম্বা অক্ষরদা accent তাবগে হায়বদু পাহুনা য়েংখোকপা তাই অমসুং মতুংদা accented ওইরবা অক্ষরতুগী কমকম য়েংদুনা ছন্দ অদুগী foot শিং খায়দোকপা তাই। অদুগা কৌত্ত ঈশৈনচিংবদা য়াওরিবা স্বরাঘাত ছন্দগী

মশক্কী accent অসিদি ছন্দগী মতুং ইন্না চংজরকপনি। অক্ষর অতুদা মতম পুন্নমক্তা accent অদু য়াওগনি হায়বগী নিয়ম লৈতে। ইংরাজী ছন্দগী accent তি য়াহৈশিং অদু পাথোকপদা মশানা য়াওজরবা খোঙ্ঘোক্কী মশক্নি; খওইনা হাপচিল্লুবা নত্তে। মণিপুরী ছন্দদা য়াওরকপা accent তি দরকারগী মতুং ইন্না মতাং মতাংদা খরা বরূপ তৌনা স্বরগী শাফু পীরকপগী মতাংদা চংজরকপনি। অতোপ্পা মতাং অমদদি accent পুন্নমক অদু মাংখগনি। ইংরাজী হায়বসিদি accented ওইবা লোনগী শাগৈ অমনি।

মতাং অসিদা লৈখিব্রবা পণ্ডিত রাহেংবম য়ুমজাও সিংহনা লোনগী রায়েল হায়বা লাইরিক্তা হায়রম্বা অদু নৈনবা য়াই। পণ্ডিত অসিগী মত মতুং ইন্না ইংরাজী ছন্দগা মণিপুরী ছন্দগা মপুং মাম্নৈ হায়বগুম্বা অমা হায়রমই। মথক্কী লাইরিক অসিগী অনিশুবা শরুক্তা ইরি— "মীতৈ শৈরেংসি বাঙ্গলাগুম্না ময়েক মশাং থীদুনা লেংদে, ইংরাজীগী মতৌগুমই হায়বা য়াই। মদুদি ইংরাজীদি বাহৈ তাংকম (syllable) থীদুনা লেংই। মীতৈরোনসু বাহৈ তাংকম থীদুনা লেংগনি।" পীরিবা মত অসিদা ইংরাজী ছন্দগী মথরাই ওইরিবা accent অসি উশিনহোদবনা লোন অনি অসিগী ছন্দগী খেন্নবা মশক খংদবনি হায়না লৌই। অদুগা বাংলা লোনগীসু ময়েক মশাং থীদুনা শাগৎপা ছন্দগী মশক নত্তে—মাত্রা হায়বসি ময়েক্তা চপ মান্নদে। অক্ষরগা চেন্নদুম নকশিন্নৈ। অসিনা খেন্নবা থরাদ লৈরবসু মণিপুরী ছন্দগা বাংলা ছন্দগ—quantitative ওইবা ছন্দগী মশক তাক্কনি হায়বসিমদি তশেংনা চুম্বা য়াফম্ম। বাংলা অমসুং মণিপুরী ছন্দদা মাত্রাগী মশাংনা ছন্দগী মশক লেপই; ইংরাজী ছন্দদা accent কী মশকনা ছন্দগী মশক তাকই হায়বদি qualitative ওই quantitative ওইদে।

থায়নগী মৈতৈগী হেপলি ছন্দ—পাবোং অমস্তং থাওয়ি ?

মৈতৈ পেনাগী ওঝাশিংনা পেনা শকপদা হেপলি ছন্দ হায়বা অমা হেক হেক পল্লি। মসি চপচাবা থায়নগী কবিতাগী ছন্দগী মশক্কা নত্রগা ঈশৈগী সুরগী রাগ রাগিণীগুম্বা মশক অমরা নত্রগা ছন্দবু হেপলি হায়না খঙনব্রা হায়বত্থু চপচানা লেপ্পা ঙমদ্রি। শৈরেংগী ছন্দগা ঈশৈগী সুরগা খেন্নৈ। শৈরেংগী ছন্দনা শকপা নত্রগা পাবা মতমদা থোকপনি—করিগুম্বদা ঈশৈগুম্না শক্লবনু। ঈশৈগী সুর অমস্তং শৈশক্লা তাল অমস্তং রাগ রাগিণীগুম্বগী মওংদা চথরকপা মশক্কি। পেনাগী ওঝাশিংনা ঈশৈ ওইনা শকপনা হেপ্পলিগী চপচাবা মশক লেপ্পদা খরা কুপ্পাশিন্না য়েংশিনবা অমা চঙলি ;

অসিমকপু লৈখিদ্রবা পণ্ডিত ৱাহেংবম য়ুমজাউ সিংহনা মহাক্কী লোনগী রায়েল অহানবা অমস্তং অনিস্থবা হায়বা লাইরিক অনিদা হেপলিবু কবিতাগী চন্দগী মশক ওইনা পুথোক্লমই। পণ্ডিত অসিগী মত মতুং ইল্লা থায়নগী মণিপুরী ছন্দদা হেপলিবু মশক তাকপদা "ৱাহৈ তাংকক ৭ না মসিগী খোংফম অমা শাই অমস্তং মরিগুবদা পোথাফম ওইরগা তরেংশুবদ, মপূং ফায়" হায়না খঙহল্লি। খুদম—নোংপোকথংবা। ভারত্তা। চীংনা কোয়না। পনশাবা।। অসিনচিংবা। করি করিগুম্বদা ৱাহৈ তাংকক (Syllable) ৫দা পোথায়গা ৮শুবদা লোইশিনবস্থ য়াওই। খুদম—ঙসিগী লাইরেন। নোংজাদা।। অসিনচিংবা। হেপলি হায়বা ছন্দ অসি মণিপুরী শৈরেংদা খ্বায়দগী চংনৈ হায়না পণ্ডিত অসিনা অরেপ্পা মত পীরি।

মথক্কী হেপলিগী মশক অসি লৌরগা ছন্দগী মরমদা খিজিনবা কনাগুম্বনস্থ অস্থুম্না মত পীরি। ৱাহৈ তাংকক ৬ না খোংফম অমা শারগা হেপলি থাংথৈ কোগনি। খুদম—শযোকত্তা পাউরদা। নোংঘাইদা মঙলিবা। হেপলিগা হেপলি থাংথৈগা লেংমিন্নতুনা হেপালি পাবোং শারকই। খুদম—পোকচবদি তম্পামন্নম। চাউখিবনা কোম্নং।। অসিনচিংবা। অস্থুম্না থায়নগী অরিবা অমস্তং অনৌবা শৈরেংগী মশক

তাকপদা হেপলি, হেপলি প্রাংগয় অমসুং হেপলি পাযোৎ অসুম্না মশক অহুম থোক্না খায়দোক্লুনা মণিপুরী ছন্দগী মশক তাক্লি। পেনাগী ওঝাশিংনসু য়াহৈশিং অসিদি শীজিন্নৈ।

মথক্কী মণিপুরী ছন্দগী নৈনখিবা শরুক্তা মাত্রা ৬,৭ অমসুং ৮ গী পর্ব্বশিংনা মণিপুরী ছন্দদা য়ায়মক চংননা শীজিন্নরি হায়বসিদি মওং কয়ামুক্তা পনরে। থায়নগী হেপলি হায়বসিনা চপচানা কবিতাগী ছন্দগী মথল অমনি হায়না লৌরকাওবদা চুম্নতগী পর্ব্বগী মশক্তা ছন্দবু খায়দোকপসি বৈজ্ঞানিক ওইদে। পেনাগী ওঝাশিংগী শৈশক্তা য়ারী লীথরকপদা লেপকমগী অকরুবা অমা থমত্রবসু চপচানা শৈরেংগী ছন্দগী মশক খিরকপদদি অমসুং তাক্লকপদদি পবর্বশিংগী পোথাকম চরণ অমসুং স্তবকনচিংবসি থরগা কুপনা য়েংশিন্দবা য়াদে। য়াকম অসি থায়নগী অশিবা শৈরেংশিং নৈনবদা থোরকই। অতুগা বাংলা সাহিত্যগী প্রভাব চঙসল্লবা মতমদদি চপচানা মথক্তা নৈনখিবা পয়ারনাচিংবগী মশক অসিদি লৈরক্লে। মরম অসিমক্তা কবি খ্বাইরাকপম চাওবনা ছন্দগী মতাংদা থজিক্কং পল্লহৎদা মাত্র'মশীং'দ থোইনা য়েংশিনুত্রবসু থায়নগী মৈতৈ ওঝাশিংগী শৈরেংদা লঘু ত্রিপদী, দীঘ' ত্রিপদীনচিংবসি শিজিন্নরমই হায়না অরেপ্পা মত পীরি। হৌজিক্কী ওইরিবা মণিপুরী শৈরেংদদি পয়ারজাতিগী শৈরেং অসিদি মওং তানা কজনা অয়াম্বনা শীজিন্নরক্লে। অক্ষর (Syllable) ৬, ৭ নত্রগা ৮ গী পূনশিন্নব পবর্বগী শককমনা ছন্দগী মশক তাকপদি মপূং ফাদবা ওইন' লৌগনি। অক্ষরগী খোমজিনবা মশক অমনা কয়িগুম্বা ছন্দবু মশক তাকপা চুমদে। মণিপুরী লোনগীসু পবর্ব, চরণ অমসুং স্তবক হায়না অমসুং ইংরাজীনচিংবা লোনগীসু Foot, Verse অমসুং Stanza হায়না শোংদনা লৈকম থোকই। হায়রিবশিং অসি কয়িগুম্বা ছন্দ অমদা চঙম্বা য়াত্রবা ওাক্লনি। খেন্নরিবদি মশক্লনি।

য়েংশনবা—মৈতৈগী হেপলি নত্রগা হেপলী হায়বসি কয়িনো হায়না পেনাগী লৈখিন্নবা লৈবাক্কী ওঝা অহোংজাউ সিংহদা চঙংনা হংজকই। ওঝানা অসিবু হেপলী কৌই হায়রুনা শৈরোল থম্না

শকপীরকই। মথক্তা পনখ্রিবা হেপলী থাংয়ৈ, হেপলী ভাইবোংনচিংবগী তোপ তোপ্পা মাত্রা মশীংনা লেপ্পা মশক্কী প্রমাণ কংখিদে। অদুগা হেপলী হায়বসিদু খোঙ্গোকী (Syllable) মশীংনা লেপ্পা শৈরেংগী ছন্দ মথল অমনি হায়বসিগী চপচাবা মশকদু কংখিদে। হেপলি হায়বসি চুন্নগী থায়নগী পেনাগী অশৈবাশংগী ঈশৈগী ছন্দশুবা শৈশক ওইনদুম থেংনখি। হেপলি হায়বা অসিমক থায়নগী ঈশৈগী নত্রগা শৈরেংগী শৈশকপু খণ্ডনবগুম্ব: অমা থেংনখি। মতাং অসিদগী পণ্ডিত য়ুমজাও-ন'চংবনা পুথংপীরগা হেপলীগী মশক অসিদা চিংনবা অমা পোকখি। য়াকম অসি লেখকনা ওঝাবু মুন্না খণ্ডহনা তৌরম্বদু য়াই নত্রগা হেপলিগী অর্থদি ছন্দ হায়না খণ্ডনরম্বদু য়াই। লৌখত্রবা ওঝাসিনা চপচানা ওঝাগী মত শীবদম্বদু খন্না লুনা থোক্লে। অসিমকপু য়াহৈ অসি শীজনবা থায়নগী লাইরিক অমখকতং য়েংসি।— "নোংমায় ইশাবী। লাংলেন য়াপীহন। শোফরেন হান্না লৈফাওবা-ও। শাবী মংগী। ওঝা লাইওই-নবা। নোংবান পায়মা ভানবনা। শেম্বীপা য়ারীদগী। ধনঞ্জয় লাইবু নীংববু! হেপলি মপা থি। অশেলিরোঙ, শকপবু। নশানৌ এনা। অপাম পুক্লীং চঙে। শাবী নোংমায় লাংলেনহন-ও। য়াকম্না হেপলী মপা থি। লংসুং চীন্নাই শম্না মুকমৈ নারল শোনবী-ও।" (ধনঞ্জয় লাইবু নীংবা—অহানবা কোঙবা লামায় ১—২)

মথক্কী লাইরিক অসি শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহনা সম্পাদন তৌবা চাউরাক্লা ১৮ শুবা ইং কুমজা শতাব্দীদা ইখি হায়না থাজনবা লাইরিক্নি। মসিদা পুরবা হেপলিগী ভাব অসি চপচানা ছন্দগী অর্থদা লৌবরা হায়না চিংনহল্লি। ঈশৈগী নত্রগা শৈরেংগী ছন্দবু থায়নগী অরিবা লোম্দা হেপলি কৌবরা হায়না থাজহল্লি। লৌখংলিবা মতাং অসিদা অক্ষর ৭ নত্রগা ৮ গী য়াকম থোইনা পুশিল্লক্তে। অদুগা ঈশৈগী রাগ রাগিণীগী মওংদু মান্দে। রাগ রাগিণীগী মতাংদদি শিকপরোল, নাহৈরোলনচিংবা কন্না সিনদুম হেন্না চুশিল্লবা ওইগনি।

মথক্কী নৈনরিবা থরসিদগী তাল্লকপা মওং অমদি—হেপলি হায়বসি ছন্দবু প্রঙৌনে। ছন্দগী মথল অমবু নাত্তে। ছন্দবু থায়নগী অল্লীবা মণিপুরী লোন্দা হেপলি কৌই। হেপলি হায়বা ছন্দ মথল অমা লৈত্তে। অসিগুম্বা থায়নগী ছন্দদা মাত্রা ৪+৩, ৫+৩ নত্রগা ৩+৩ না থরা ভোয়ননা চৎনবদি মণিপুরী লোনগী তোপ ভোপ্পা মশক অমনা ভৌবনি। কমদৌনা মাত্রা ৪ অমসুং ৩ না পূনশিনবা পর্ব্ব অসিনা অমুক য়াম্না চৌন্দগী হায়দোকপদা চুনরমইবনো হায়বা ৱাহংথুদি মণিপুরী লোনগী থায়নদগী চৎথরকইবা লোনগী খোম্থোক অমসুং মশকী মন্নুং ছনজিন্না থগুজিনবদা লৈরে। মসিমক্কসু লোন অতৈদগী খেন্নবা মণিপুরীতগী ওইবা ৱাহৈগী খোম্থোক্কী মতা চানা পূনশিন্নবা মশক অমা চপচানা তাকপা ঙমগনি।

— ———

# মণিপুরী ছন্দগী অশঙ্বা ইতিহাস

মণিপুরী সাহিত্যগী থায়নগী ওইবা শককমগী মথং মনাউ নাইবা অরেপ্পা মশক অমা হৌজিক কাওবা লেপ্পা হৌমল্লিবনা মণিপুরী শৈরেংগী ইহান হানবা শরুক্তু করিনো হায়বদা খুম্বা ফনা লুগনি। সংস্কৃতনচিংবা ভারতকী ওইবা লোন্দগী বাহৈনচিংবদি ফনা য়াম্না লৌশিল্লবস্তু অমসুং বাংলা সাহিত্যগী প্রভাব ফনা য়াম্না মখৈদা তারক্লবস্তু মণিপুরী লোন হায়বসি তশেংবদি আর্যভাষাগী লোন কাওনুপকী মনুংদা চন্দে হায়বসি লোন নৈনবশিংনা মত শীনরি। অসিনা স্বরগী হ্রস্ব দীর্ঘগী মতাংদা অরেপ্পা নিয়ম ইনদগা হায়বা অসিমদি মণিপুরী লোনগী ছন্দদা ময়েক শেংনা য়াওরে। আর্য নত্তবা জাতিগী ওইবা লোনগী খোম্লোকী মশকনি হায়না লৌনরবা—মাত্রা মান্নবা হায়বা অসিনা মণিপুরী ছন্দগী মপুং ওইবা থবাক্নগী মশক ওইরক্লি। হায়রিবা মাত্রা মান্নবা (মাত্রা সমকত্ব) চাবর্সিদি বাংলানচিংবা লোন্দদস্তু নত্তনা সংস্কৃতনচিংবা লোনদা কাওবা থিংজনদনা চত্তশিল্লকই। কবি জয়দেবগী মমিং চংলবা গীতগোবিন্দম্ হায়বস্তু থায়নগী বৃত্ত ছন্দগী মশক ফনা য়াম্না থাদোক্লকুনা মাত্রাগী মশীং মান্নবগী মায়কৈদা চত্তশিল্লকপনি—অশেংবা বৈদিক ছন্দ নত্তে। অসিমকপু লাইরিক অসিদস্তু স্বরগী হ্রস্ব দীর্ঘগী মশক অমদি কায়দনা থমজি। মণিপুরী লোনগী ছন্দদদি মশানা য়াওজদবনা খোনকম (অক্ষর—Syllable) অমনা মাত্রগী চাং ওইরগা মশীং থীজনা পুনশিল্লগা মতুপ-মতুপ পর্ব্বাঙ্গ অমসুং পর্ব্বগী মওংদা তিমজনা চথরকই। মাত্রাগী মশীংসি করি করিগুম্বদা অথোই-অহেন নাইরকই। অসিমকপু গ্রায়দগী হেক্লা মনিপুরী ছন্দদা চনবা মাত্রাগী মশীংদি ২+২+৩ নত্রগা ৩+৪ অমসুং ৩+৩ নি হায়বা তাই। থায়নগী অরিবা লাইরিকশিংদা অরিবা মৈতৈ চেদা বাহৈ পুন্নমক লীশাং শীংনা অয়াম্বা ইথরম্বনা কনাগুম্বনা

য়ারেং ৱাক্তনি হায়না লৌবা য়াওই। মসিদি অয়ানবনি। চে মাঙ-হমীংদুনা থম্না ইয়্যগী য়াদনি। ইয়্যা অদু কুপ্পা য়েংশিন্নবদি ছন্দ নাইনা পাবা য়াবা মাত্রা মশীং চাউরাক্না থীদুনা চংথবা পাবা কয়া থেংনৈ। মথোয় অদু শৈরেং ৱাক্তনি য়ারেং নত্তে। পাম্মোইবী খোম্লুন-নচিংবা লাইরিক ফাওবা থায়নগী শৈরেংগী মশকনি হায়নবা কনাগুম্বা য়াওই। অদুগা লাইরিক কয়ামু ঈশৈ ওইনা ছন্দ নাইনা শক্লুনা থাইনগী মৈতৈ পণ্ডিতশিংনা পানরি।

থায়নগী ছন্দ ই মশক তাকপদা লৈখিত্রবা কবি থ্বাইয়াকপম চাউবনা অরিবা লাইরিকশু মাত্রাগী মশীংদি থরা অথোই-অহেন নাইনা পয়ার অমসুং ত্রিপদীনচিংবা শিজিন্নরমই হায়না মত পীরি। মমিংশিং অসিমক্তি বাংলা ছন্দগী থায়নগী মশক তাকপা মমিংনি। অদুগা বাংলাগী অরিবা ছন্দনা মণিপুরী লোনগা নকনরকপা মতমদা শীজিন্নরকপনি হায়বসিম মশানা তাবনি। বাংলা সাহিত্যগা মণিপুরি সাহিত্যগা নকশিন্নরকপসি য়ামত্রবদা চহি চনিরোমদি ওইরে। অদুগা অচৌবা কাংবু অমসু বাংলা লোম্না ফাওবা থম্মোইগী য়াবা কোংদোকপা অসি কদা কুইনা তৌনরমই—ধর্মগী ওইবা লাইরিক কয়া পানরমই অমসুং পানরি। লাইরিক থীবা-হায়বগী ওঝাশিংনা বাংলাগী অরিবা পয়ারবু ঈশৈ ওইনা শকনরি অমসুং অর্থ তৌনরি পয়ার হায়বা য়াহৈ অসিমকসু বাংলাগী ছন্দবু নৈনবশিংনা পদাকার (পদ+আকার) নত্রগা পদগী মশকুগী থোরকপনি হায়না থাজনৈ। মমাংঙৈদা ঈশৈ অমসুং দোহানচিংবা পুন্নমক মওং অসিদা তৌনরমই। অদুবু বাংলাগী পয়ারগা মণিপুরীগী পয়ারগা মমিং মাম্নরবসু মশক্তি মাম্নত্রি। বাংলাগী পয়ারগী মাত্রা মশীংসি ইতিহাসকী মায়কৈদগী য়েংলুরবদি অহানবা মাত্রাগী মশক ৮+৮, মথংদা ৮+৭ তা অমসুং অকোনবদদি ৮+৬ কী মাত্রাগী শককমদা লেপ্পকই। মণিপুরীগী পয়ারদি মাত্রা ৭+৭ কী মশক্তা হৌজিক

কাওবদা মপুং ওইনা চখরি। পেনাগী অশেবশিংনা শীজিন্নরিবা পয়ারগী শককমস্তু মাত্রা ৭ | ৭ না (পর্ব্বদগী শরুক্তা ৪+৩) মপুং ওইনা চখরি। তশেংবস্তু মণিপুরীশিংগী খোম্থোক্তা মাত্রা ৭ হায়বসি ওম্থোকনা চৎনবা খোংশ্রে। লৈখিত্রবা কবি হিজম অঙাংহলনা মহাকাৌং মমিং চৎলবা পদ লিশিং কৃষ্ণদগী তাত্রবা থম্বা-থোইবী শৈরেং মহাকাব্যবু মাত্রা ৭+৭ কী ছন্দদা পয়ার ওইনা ইখোকপীরমই। থায়নগী অরিবা লাই-রিকশিংদা বারীনচিংবা ঈশৈ ওইনা শকপগী মওংদা চখরকপদা পয়ারগী চপচাবা মশক তাত্রবস্তু মাত্রা ৭ | ৭ কী মাত্রাগী চাং অমদি য়াম্না ভোয়না শীজিন্নবা থেংনৈ। করি করিগুম্বদা মাত্রা ৬ | ৬ সু শীজিন্নবা থেংনৈ। খুদম—শমোকতা পাউদম্বা | নোংম্নাইদা মওলিবা।। হায়বনচিংবা পর্ব্বগী খোংচত্রা। অদুবু মাত্রা ৭ | ৭ ভাক্তনি।

বাংলাগী ছন্দদা মম ওইরদা লাচাড়ি হায়না খংনরম্বা মতুংদা ত্রিপদী হায়না কৌনরিবসি লাচ নত্রগা নাচতগী খোকপনি হায়বসি বাংলা ছন্দবু নৈনবশিংনা মত পীরি। মসিদা জগোইগী অমা, অনি অহুম হায়বা মওং অহুগা মশক ফনা য়াম্না মাম্রবা য়াওরি। জগোই ঈশৈগী তাম্বাদা অহুম চৎলগা সুংঙাইবগুম্বা অমা য়াওবনা ঐখোয়না শক্তরিবা —চৌংদা শাৎপা ইন্ডোল্লে। চিননদনা কেনথিবা। কল্লকই-দে হায়বা অসিদগী হৌরকুনা থায়নগী অরিবা শৈরেং অমসুং ঈশৈনচিংবদা ত্রিপদীগী মশক অসি নীংথিজনা থেংনৈ। খুদম—গুরু খোজান মায়োকনা। খম্নোই লাইদা কংনদি। খুরুমগে সে।। (পাখ্রংবা আংয়েনশৈ), নোং পাখংগী মপারী। নোংদোন কোবৌ হুনববু। খুরুমগে দে।। (কুমদম্ঈশৈ), হয়ুম য়ানব' খোদাংকোক। শীং চম্নকউ হায়রগা। কৌ পুরকপা য়ানবা। নঙনা চাকপু হায়রগা। কৌগাক চজিক নমথীবা। চাকপু শানা পীরগে।। (কৌশ ঈশৈ)। অদুবু বাংলাগী ত্রিপদাগা মণিপুরী ত্রিপদীগা মশক মাম্নদে। বাংলাগী ত্রিপদীনা অহানবা মাত্রাগী

চাং ৮+৮+১২ ওইরম্বদগী মমৈদা ৮+৮+১০ ওইরকই অমসুং দীর্ঘ ত্রিপদীগী মশক লৌরকই। লঘু ত্রিপদীনা মাত্রাগী চাং ৬+৬+৮ দা লেপলি। মণিপুরী ছন্দগী ত্রিপদীনা মমাংঙৈদা মাত্রাগী মশক চাউরাক্রা মাত্রা ৭+৭+৫ দা লৈরম্বদগী হৌজিকী অনৌবা সাহিত্যদদি মাত্রাগী মশক ৭+৭+৭ নত্রগা ৭+৭+৮ না দীর্ঘ ত্রিপদীগী মশক অমসুং লঘু ত্রিপদীনা মাত্রাগী চাং—৬+৬+৭ নত্রগা ৬+৬+৯ দা ওইরকই।

অসিগুম্বা থায়নগী লৈজরম্বা পয়ার জাতিগী ছন্দগী মশক অসিবু মৈতৈগী পেনাগী অশেবশিংনা হেপলি হায়না কৌরম্বা ওইগনি। মাত্রা ৭।৭ তা হায়দোকপা সুংডাইবা অমা পোকপনা কনাগুম্বশিংনসু হেপলিবু মাত্রা ৪।৩গী মশক্তি হায়নখিবা ৱাকমনি। তশেংবদি ছন্দবু মণিপুরী লোন্দা হেপলি হায়না কৌরম্বা য়াই হায়বসি মথক্তা লৈনম্লে। মাত্রা ৭।৭ কী পৱৱশিং অসি শৈশকখেন্না অনি অনি পুৱশিন্নকপদা হেপলি থাংগৈ, হেপলি পাবোং হায়না পেনাগী ওআশিংনা শীজিন্নম্বনি মাত্রা ৭।৭ কী চাং অসি কারিগুম্বা মত্রা ৬ নত্রগা ৮ ওইরকপসু ময়াওরমগনি। শীজিন্নরিবা মথলশিং অসিগী চপচাবা মশক করিনো হায়বদুদি খরগা হেন্না অমুক কূপশিন্না য়েংশিনবগী মরকাব ওইরি। মপূং ওইবা ৱাকমদি হেপলি থাংগৈ অমসুং হেপলি পাবোং হায়রিবা অনি অসি শেশকনা লেপ্পরা নত্রগা তোপ তোপ্পা মাত্রাগী চাংনা লেপ্পবা হায়বদু হৌজিক কাওবদি ময়েক কয়া শেংনা পুথোকনত্রি।

খোঙ্গোকী মাম্নবা খোংচংকা লোয়নন্না মাম্নদবা কয়ানা পুনশিন্নগা ছন্দ হায়বদু ওইরিবনি। মাম্নবনা ছন্দগী মথরাই হাপই; মাম্নদবা অমসুং অনৌ অনৌবা ছন্দগী মশক ওইরকই। মাম্নবগী মওং য়াওম্নবসু ছন্দ ওইদে; অদুবু মাম্নবা ডাক্কনা চথরবসু শকপদা অমসুং তাবদা

মুংঙাইবা ৱাংকনি। ছন্দগী তোঙান তোঙানবা মশক্তা অভাবগী নাকোংদা রস কয়া পোকহনবা ঙমই। কমদৌরগা মায়বা অমসুং খেন্নবগী মশকনা ছন্দদা চঙহল্লগা নীংথিজবা কাউঙমদবা শৈরেং ওইগদগে হায়বচু যুগ যুগ কয়াসি কবিশিংনা খিনরক্নি অমসুং হোৎনরক্নি। মমাংঙৈদনা ঈশৈ ওইনা শকপদা অমসুং পাবদা মায়বা মশকনা নাকোংদা ভাবদা মুংঙাইরমই। হয়া হয়া শৈশক অমদা চথরবসু ৱারীগী নীংথিজবা রস অমা পোকহনবনা অভাবদা চোকথবা পোকহল্লমদে। ঈশৈগী রসতা লুপথিহনা পয়ার ছন্দগী না-পু ভাবা মায়বা কাওবা চেক্শিল্লক্তবা অমসুং চরণ অনি অনিগী মায়বা খোঙচৎ কাওবা খোঁশারক্তহনা ঈশৈ ঈচেনগুম্না চেন্থহনা লেপনিংবা মকনদা লেপ্পা কাওবা কয়া খেংনরি। হৌজিক্কী শৈরে দদি শব্দদগী চেদা ইহনা পুখোকনরক্লবনিনা য়েংবদা ফজবা অমসু দরকার ওইরক্নি। ছন্দগী তোঙান তোঙানবা শক্তোনগী মুংঙাইবা কাওহনবদসু নত্তনা অনৌ অনৌবা মুরগী য়াওলগী ফজবসু হাপ্পবা হোৎনরক্নি। ছন্দগী অনৌবা ইহূল কাওরকপা খুদিংগী কাব্যগী শকফমসু অনৌ অনৌবা মশক লৌরকই। ছন্দ হায়বসি কাব্যগী চুরগী কোঙদোক্তবা অচৎয়া মশক নত্তে; ছন্দ হায়বসি কাব্যবু মুত্তি ওইনা পুখোরকপনি।

কবিনা তোপ তোপ্পা খন্নোইদা কাওরিবা শৈরেংগী ইহূল অহুগা লোয়ননা ছন্দগী ওল্লকপা মশক্তা চথিন্নরি। মুরগী অনৌবা ইহূল কাওবগা লোয়ননা ছন্দগী অনৌবা মশক খোরকই। কবিগী মকমদদি "brains beat into rhythm" হায়নবা—ছন্দগী তোঙান তোঙানবা মশক্তা কবিগী ওল্লকইবা ভাব অমসুং ৱাথলগী ঈহৌ অমমম খোকহল্লি। মরম অসিনা কবিতাগী ইতিহাসতা কবিশিংগী তোঙান তোঙানবা ছন্দগী মশকশিং অৱোই অথম নাইদনা পুখোল্লরক্নি। মণিপুরী ছন্দদসু অসি মঙাই।

কুনগুবা ইংরাজী শতাব্দীগী হৌগৎলকপদা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী য়াওন অমা খোরকই। মতম কুইনা খোঁশাবীরমত্রবা মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যবু ইংরাজী অমসুং বাংলা লোন নৌহৌনা তম্মরকপশিংনা

সাহিত্য অমা ওইননবা অনৌবা মহোৎনা অমদা চংথরকই। থায়নগী সাহিত্যনা মৈতৈ ময়েক খঙবা পণ্ডিতশিংগী ওইরম্ব। ইংরাজী শিক্ষাদা চংথরকপা কাংবুনা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য অমা পুৎথনবা কয়া হোৎন-রকই। মতম অদুদা সাহিত্যগী সেবা তৌখিবা কবিশিংগী শেরেংদা মণিপুরী ছন্দগী মশক অসি মওং তানা থেংনবা হৌরকই। কবি খুমনইরাকপম চাউবা সিংহগী ছন্দদা পয়ার জাতিগী ছন্দশিং হায়বদি পয়ার, লঘু ত্রিপদী অমসুং দীর্ঘ ত্রিপদীনচিংবসি থায়নগী শেংফাত্তনা লৈরম্বা মশক্কগী মওং অমা ওইনা পুথোকপা হৌরকই। ত্রিপদীগী মাত্রা চাউরাক্লা ৭+৭+৫ লৈরম্বদগী মওং অমা পুথোক্লকুনা কয়। ত্রিপদীনা মাত্রা ৬+৬+৭ নত্রগা মাত্রা ৬+৬+৯ নচিংবা ওইরকপা অমসুং দীর্ঘ ত্রিপদীনা মাত্রা ৭+৭+৭ নত্রগা ৭+৭+৮ নচিংবা ওইরকপা অসি কবি অসিগী শেরেং কয়াদা থেংনৈ। অসিদসু নত্তনা মমাংদৈদা কয়া থৌশানরমদবা লোনগী না-পু তাবা মায়বা, চরণ অমসুং স্তবকী মওং তানা পুথোরকপা অসিনচিংবসি কবি অসিগী দাননি। মায়কৈ অসেমদা চীংঙাথম ময়ুরধ্বজ, হুয়াইবম নবদ্বীপচন্দ্র, ছিজম অঙাংহল, অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ, অশাংবম মীনকেতননচিংবা কবি কয়াসু ছন্দগী মাত্রাগী য়ানশিন্নবা মওং কয়া অমসুং হায়নগী হৈনজবা মাত্রা ৭/৭ কী ছন্দগী খোঙচৎ অসি থাদোক্তুনা মাত্রা ৮/৮ অমসুং করিগুম্বদা মাত্রা ৮ নত্রগা ১০ ফাওবা য়েনা য়ানশিন্নবা মওংগী ছন্দ পুথোক্লরকই। কবি চাউবমকসু লোইরমদাই শেরেং খরদা অসিগুম্বা মহোৎন অসি তৌরমই। কবি নবদ্বীপচন্দ্রগী "কোকথক্কী শম্লাং লৈপুম্লা। মালেম লৈথক্তা চাইতুনা শেমজরি ভক্তিগী নিংজবা আসন্দা।" (আবাহন) হায়রকপদা মাত্রা ৮+৮+২ গী অনৌবা ছন্দগী ইহুল অমা থোরকহল্লি। নবদ্বীপচন্দ্রনা বা লাগী কবি মাইকেল মধুসূদন দত্তগী অমিত্রাক্ষর ছন্দগী মতৌ তমদুনা মেঘনাদ বধ কাব্য মণিপুরীদা অনুবাদ তৌই, অদুবু অমিত্রাক্ষরগী তশেংবা ঈহুলদি পীবা ঙমদে। দরেন্দ্রজিৎনা ইংরাজী কবিতাগী Sonnet কী মতৌ তমদুনা শেরেং অমা অনি ইরমই। অদুসু চপচানা মণিপুরী সাহিত্যদ চঙশিন্নকপা ঙমদে।

অসিগুম্বা অনৌবা ছন্দগী ঈহৌ অসিদ। খুাইদগী শীংথানবা য়াবা কবিদি কমল সিংছনি। মহাক্কী শৈরেং খরনা ইংরাজী কুমজা ১৯১৯দা লৈ পাম্লেং হায়না মিংথোল্লহনা থোরকপা মতমদা মণিপুর ছন্দগী ভোপ ভোপ্পা কজবা মশক অমা পুশিল্লকই। মহাক্না "মতম কুইনগী তুংদা। লেংশিল্লক্লে ইমা-মৈতৈ চমু। মৈতৈ সাহিত্য-মন্দির-মনুংদা। য়েন্দাই থম্না লৈ হাপ্লনা। কংলুসি ইমাগী থুয়াদা।" (মৈতৈ চনু) হায়নুনা ইবা থৌরকপদা পয়ার ছন্দগী থোংশ্রবা, লেমঙবা অমসুং অচিংবা সুর অমা নাকোংদা ময়েক শেংনা ফাওহল্লকই। মাত্রা ৭/৭ কী ছন্দদা হৈনরম্বা মণিপুরী নাকোংদা মাত্রা ৮, ৯ অমসুং ১০ গী ছন্দ ফাওবনা চঙশিল্লকপদা তশেংনা মুংঙাইবা অমা ফাওহল্লি। অসিগুম্বা কমলগী নীংতম্না শান্নরকপা ছন্দগী মশক অসিদা চরণশিংগী না-পু তাবা মান্নহনবা (মিত্রাক্ষর) অমসুং স্তবকশিংগী মশক্লোমদা কয়া কুপ্না য়েংশিনদব১অমা থেংনরবসু অচেৎপা নিয়ম থরনদি ছন্দগী মশক তাক্লি। তশেংবমক্তি কমলদি মণিপুরী ছন্দদা হান্নগী কাজিল্লম্বা কয়াবু থদৎতুনা মুক্তিগী লম্বেল খিখিবা কবিনি। তোঙান তোঙানবা ভাবকী ফোঙদোকপগী ইহলদা ছন্দগী মওং কয়া কয় পুশিল্লবা হোৎনরমই। মথক্তা পনখ্রিবা ছন্দগী নিয়ম খরা অসিদা হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্যগী কবি কয়ানা শৈরেং কয়া ইনরক্লি।

অদুবু মতমগী কবি খরদা থোইদোকসু নহারোল কবিশিংদা নীংতম্না ছন্দবু ঈশিং ঈচেলগুম্না হৈথবদৌনা তৌবা মওং অমা থেংনরক্লি। মায়কৈ অসোমদা কবি লাইশ্রম সমরেন্দ্র সিংহগী মিং পনবা য়াই ত্রিপদী, চৌপদীনচিংবগী নিয়ম পুম্নমক থদৎতুনা অমসুং পল্লেংশিংগী না-পু তাবা মান্নবনচিংবা পুম্নমক থুগায়হনা মুক্তবন্ধ ছন্দ ( Free verse ) গী মশক লৌরকই। অসিগুম্বা ছন্দগী শকফমসিনা কয়া য়াম্না কুইনা মণিপুরী শৈরেংগী ইহল পীবা ওমগে হায়বহ য়েংখিবা তারি। অদুবু যুগকী লাক্লিবা রাখল থরদি নীংথিজনা ছন্দ অসিদা কোংদোক্লি। হায়রিবা

ছন্দ অসিদা মরকারগী মতুংইন্না মতাং অমদা। বারী শাবগী মওং মতাং অমদা মতেক মতেক ওইব ছন্দ শাইবা রাহেশিং, মতাং অমদনা শাংনা চিংনা হায়দোকখিবা কয়া—নীংঙক নীংঙকপা ভাবকী থোকউ থোকউবা ছন্দগী ঈচেলদা চেঙ্বা অমা থেংনরি। চুমগী বারী বাতাই শাবনচিংবগী মওংনা মপুং ওইনা চথরকলুনা ছন্দগী মাত্রা মশীংগী মায়বনচিংবা থোইনা য়েংশিনলক্লবদি মতুং গদ্যছন্দ ( prose verse ) গী মশক লৌরকই। হৌজিকী মণিপুরী শৈরেং কয়াদা, থোইদোকপা নহারোল কবিশিংগী শৈরেংশিংদা হায়রিবা মুক্তবন্ধ ছন্দ নত্রগা মুক্তক ছন্দ (free verse) মমপুং গদ্য ছন্দ অসি ফনা য়াম্না নীংথিজনা থেংনরে।

লোইরবা

